ফংফম্ থোক্পা
হুক্শিং অকোঙ্বগী।

১। অহানবা খুৎনম — ইং ১৯৬৭ লাইরিক্ মশীং ১১০০
২। অনীশুবা খুৎনম — ইং ১৯৭২ ,, ,, ১০০০
৩। অহুমশুবা খুৎনম — ইং ১৯৮৬ ,, ,, ২০২৫০




লাইরিক্ ফংফমশিং—
ও, কে, ষ্টোর্, ইম্ফাল,
অমসুং
ইম্ফালগী ষ্টোরশিং অয়াম্বদা ফংবীগনি।

মমল্ লুপা ১৫.০০

# খুরুম্‌জরি

খুজিল্‌-থৌরাঙ্‌ চাউরিবা তাইবঙ্‌-ও !
নাপন্না ময়ায়্‌ কারীবা
রাখল্‌ মীৎয়েঙ্‌দি উরুদা,
মাঙ্‌লী তুংলিসু খঙ্‌লদ্রা,
রাখল্‌ লীশাঙ্‌ থা ,
ফংনিংবা অপাম্বা চাম্বনা,
লৌনিং ঈথৌ লাংদ-থু
তাগনি অরাবগী ঈপাক্তদ্রা ।
পুন্সিগী তাঙ্‌লবা মীওয়্‌'পোক্‌
তেল্লবা পুন্সি তাইবঙ্‌সিদা
অরেপ্পা ঈথৌদি থাদোক্‌
লেপ্তবা থবক্‌শিং তৌরু'দি
রাখল্‌ মৈশা তুংদা লাং,
রাংলৈ য়ুথক্‌ম্‌ 'ঙাওব-তা,
তাগনি অরা মপৈ ঈপাক্তা
কেম্‌খিনি পুন্সিবু খঙ্‌দনা ।
তাইবঙ্‌গী রারবা মৈচাক্‌খোল্লা
ঙাক্‌লো লম্বী'মা উদ্রবা
লম্দ্রুরবা রাখল্‌গী 'মম্ববু
খোয়থুম্নবা লাইনিং 'হল্‌শিংগী
কোলোয়্‌ ময়াথং 'চুম্বনা
অথৌবা থাঙ্‌লেল্‌'মা ওইরগা
তরঙ্‌গী ঈপাক্‌পু কক্‌শিন্নুনা।
লান্নরি অরাবা ঈপাক্‌পু ।
রাখল্‌গী লংলা-লংজীন্‌ ফংখিরবা
লৌশিং মৈরা থাল্লবা,
পদ্রুরীংগী অমম্বা কোক্লবা,
অমম্বা তাইবঙ্‌শিংবু লমজীংবীবা,
শিদবা মপাল্‌ থাদ্রনা
লেঙ্‌দবা উরোং খিল্লবা,
লাইনিং অহল্‌শিংবু কাউদনা
খুরুম্‌জরি ঈথা-নুংদা কোন্‌দ্রনা ।

এন, মনিজাও

শ্রীমান মনিজাওন সম্পাদন তৌব “পোন্‌বী-লাং” মকোক্তগি মতোন্‌ ফাওব মুন্‌ন পাজরে। লাইরিক অসী মীওইবন পলেম, পীপ্‌কৃস্নুংদ লৈব অসী করম্‌ তৌন গুরু সনা মহাক্‌শাংদগি লম্‌-হওরক্লপ পলেম্‌ পন্‌থৌ অনীদ শিন্‌নব, পলেম্‌ লিন্‌গোইস্নুংদ করম্‌ন লৈন্‌খিব, থা তরানিথোইগি মমিং করম্‌ন ওইখিব, অহুগ করম্‌ব মওঙ্‌দ নাউয়োক্তু্‌ন মীওইবন মী ওইরকপ, লাইনিঙ্‌ লম্‌বেল্‌ করম্‌বদ চংলগ গুরু সনা মখোঙ্‌থাদ য়োগদগে হায়বনচিংব ফজন তাক্‌প লাইরিক্‌নি। লাইরিক্‌ মওঙ্‌দা পীক্‌চরবস্থু মগুণ লৈব লাইরিক্‌ অমনি। মাসীগি মরম্‌দ য়াম্‌ন হায়রুব অরেম্বনি; মীওইবন মী অম ওইন তাইবঙ্‌ ঈপাক্‌ লাল্‌গে হায়রবদি পোম্বী-লাং অমুক্‌তদি পাবিব পাম্‌ই।

শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ
পণ্ডিত অচৌব, রিসার্চ স্কোলার।
৯।১১।৬৭ ইং

"পোম্বী-লাং" মৈতৈগী নীংথিবা লাইরিক্কি। লাইরিক্কিদা মঙাংগুরু পুন্সিবনা লূরাং খুম্বিবগী মফমদা তাকপীখিবা "মীওইবগী পোকপা, শিবা অমদি শিরবা মতুংগী খোঙকম"গী অথুপ্পা মরোল খর ইরি। থায়নবৈদা মৈতৈ লাই ওইবশিংনা লাইনিং পরৈ চেৎনা নীংজমল কংজখিবা মঙাল, মঙাল্দুগী মশেক খরা তরং তরংন লাইরিক্কিদা তারি। মশেক অসিগী মকোয়দা মৈতৈ জাতিগী অরাঙ্‌ব থাককী রাথক্লুংখন্দ লৈরম্ব ফম্ফম অদু অপাবা মীপূম খুদিংন মশা মশাগী জ্ঞানগী থাক্ত, লৈবা ফম্ফম মতুং ইন্ন য়াম্নবু ওইরবস্নু খরদংদবু ওইরবস্নু উজবা ফংদুনা অচোবা জাতিদা পোকচমন মুঁঙাইজবা, হৌজিক মতম্ন তুরৈ-ইরৈ খরদং চনখিদুনা জাতিনা মমায় ফিরুক্ খুম্বিবসি হাংনবা রাথল্স্ লোয়ন-লোয়ননা মথম্মোইদা পোককনি। শম্ন, মসি মৈতৈগী বেদনি ; বেদনা নারোল নাথাংয়ৈনা শ্রুতি মিংথোল লৌদুনা লাকপগুম লাক্লবনি ; পুক্লোন পুকথাং য়ৈনা স্মৃতি কৌদুনা হিঁঙকপগুম হিঁঙক্লবনি। ঙসি শ্রীনিংথোম্ব মনিজাও সিংহনা তাঁঙবা লাইরিক অসি রানা ওজা গুরুশিংগী মফমদা চঙজদুনা গুরু পুন্সিবগী চিঙ্গোয়দগী শিম্বরকপা খোইরেল খোইহিগী মতম থুম্মবা অথুপ্পা তাঁঙবা ময়াথংদা নত্তনা নীংথিবা ফজবা মরোলগা কৌন্নব লাইরিক অসি পুথোক্তুনা মশাগী মশক অমদি ফম্ফম তাকচবদ : নত্তনা জাতিগী সেবাদা অচোবা শরুক অমা য়াজরি। অসিগুম্বা মণিগী মশক ওইরবা জাতিগী লাইরিক অতৈম্নু অরিবা লনগৈ থুম-গাইদুনা লাম্বোকপা ঙম্বা ওইসনু। মতম্ন ওয়-ওইনদুনা তাঙজ ফিরুক খুম্বিবা জাতি মহাককুম্ব অফবা মচাগী মহাকথং ফিরুক হাংজবা ওইসনু।

নজাতি নুংশিবা ইবুঙো ইবেম্মশিং, মজাতি নুংশিজবা, নিংথোম্ব শ্রীমনিজাও সিংহগী নীংথিবা খুদোল মাঙদা থা, মীওইবগী জাতিগী অপূনবা সমাজদা নশাগী খুদা য়াবিসি ! ইতি

শ্রীমীনকেতন সিংহ

(পোথারবা) প্রোফেসার য়াও হেড অরাদি

ডিপার্টমেণ্ট অব মণিপুরী।

ধনমঞ্জুরী কলেজ, ইম্ফাল ( মণিপুর )

ইম্ফাল

তাং ১৩। ১১। ৬৭

# তেংবাংবীরকপশিং

"পোম্বী-লাং" কৌবা লাইরিক অসি হান্না অহানবা অমদি অনীশুবা ফোঙখিবদগী খরা হেন্না চাউথোকহন্দুনা অহ্নক শুবা খুৎনম ফোঙদোকচনবা ছোৎনরকপদা অচঙ্মল্ শেনফম্গী মতাঙ্দা মতাঙ্ অমদগী অপন্বা খরা লম্নক্লবা থোক্লরববু, ঐগী ইরায়বক ফবনা মতাঙ্ চানা থোইদোকনা মমল য়াম্লবা ইকায় খুম্নফম ওইরবা ওজা "ময়াংলম্বম চিত্তমনি" স্কুল্ ইন্সপেক্টর জোন্ রান্ শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা লৈরিবা; অমদি খাগেমপল্লি পম্বক্তা লৈরিবা ইয়াম্বা "য়াইখোম নিপামচা," অমদি ইব্ঙ্ঙো "লৌরেম্বম মঙ্গী," অম্বুগা থাংমৈবন্দা লৈরিবা ঐগী মরূপ "লৈশুংবম তোম্বা ( শৈজাং তোম্বা );" লোয়ননা ককরা লাইক্রাকপম লৈকায়দা লৈরিবা ইচাশিং শক্লবা "শৌক্রাকপম মধুচন্দ্র," অমদি কোম্নুংগী চীঙ্খৈ অঙোম লৈকায়দা লৈরিবা ইচা থোক্লবা "নিংঙোম্বম চীঙ্লেল্থোম্বা" অম্বুগা শীংজমৈ থোকচোম লৈকায়দা লৈবা "চোংথাম ইবোমচা" এস ও; লোয়ননা ঐগী ইমাক নীপা "লাইশ্রম তেজমনি ( ইবোমচা )" ব্রহ্মপুর নহাবম; 'সিনচিংবদা লাইরিকসিবু নম্লনবা শেনফম খর-খরদং মতেং পাংবীনবা হায়জরুবদা, পুকচেল্, চাউনা হরাও হরাওনা মমল য়াম্লবা শেনফম্শিং ফজ-ফজনা পীবীরকখিবদগী অমদি শন্নুংফমদা লৈরিবা মুংশিজরবা ইব্ঙ্ঙো "শমচেংশাবম কোন্দুম" কৌবদগী "শিবগী" মরমদস্ল মতেং ওইনবা হায়জরুবদা লাইরিক অমা হরাও-হরাওনা পীবীহুনা য়েংহনবীবদগী খ্বাইগী মতেঙ্না ঙসি ঈরায়-লায়না ফোঙ্দোকচবা ঙমজরে। অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা, শিংবা ঙম্লরোইদবা অচৌবা লম্মল অমা মখক্তা পঙ্গরিবা মীওইশিং খাসিগী মফমদা তোলশিল্লে। ঐনা খ্বাইগী মফমদা তৌবীমল খঙ্বা অমা ওইনা খরদঙ্ ফোঙ্দোকচরি।

এস. মনিজাও

# ৱাহৌদোক

"পোম্বী-লাং" কৌবা লাইরিক্ অসি হান্নদগী খন্না হেন্না চাউ-থোকহন্দুনা কোংদোক্চরক্লিবসি হন্দকদি অহ্ন্মক্ শুরবা খ্ংনম্নি। লাইরিকসিগী মন্নুংদা হান্নদগী হন্দক্লা অনৌবা তোঙান্-তোঙান্বা হাপ্‌-চিন্দুনা য়াওরিবা লাইরিক্‌শিংদি :— ১। তাইবঙ্, লাংব্ম শেন্বা, ২। নোংলোল্, পথ্প্, ৱাচেৎলোল্, ৩। শীংকুম, শীংথারোল্, ৪ শকোক্ লম্লেল্ অহানবা, অসিনি। অসিদসু নত্তনা "কুরু মকক্পা" কৌবদগী অমদি "পাখঙ্বা লায়োল্" কৌবা লাইরিকশীসু মতাঙ্ য়েংহনা খরা খরা হাপচিলজবনি।

লাইরিকসিগী মমিং "পোম্বী-লাং" কৌরিবদি (পোম্বী হায়রগা 'থন্নায়"বু খঙনৈ; লাং হায়রগনা থন্নায়বু ফাজীন্দুনা হায়বদি কোনশিন্দুনা থম্লিবা "শমু হুকচাং") "থন্নায়গা হুক্চাং"গা অনীমক্পু হায়রিবনি। লাইরিকসিদা ইহান হান্না পল্লম্লিবদি তেংবানবসি করিগুম্বা অনীগুনা লৈতরিদৈদা ইহান-হান্না নোংদম্বা মপ্না মালেম তেংবানবা অসিবু মতৌ কমদৌনা পুথোরক্নুনা লৈশেম-নোংশেম্লক্লিবা হায়বত্থু তাক্লি। লোয়ননা মথংদা থন্নায়না ইহান্ হান্না পোক্লিদৈগী মমাংদা মকম কদায়দগী হৌরক্নুনা তাইবঙ্ শমু হুক্চাং ওইববু মথং মথং শাওলক্নুনা ওইরক্লিবা অমদি লোইদাম থাব্ম্, তন্না-নীথোয়না মমিং-মথা থোন্দুনা মিংগৌ·থাগৌরক্লিবা, তাইবঙ্ মীওই মপোক্ অথোয় চঙখোনবা অমা ওইহনা পোক্লক্লিববু পন্নিং লিখুল চুম্না থিন্দুনা তাক্লিবত্থু লাইরিকসিদা শেংনা য়াওরি। পোম্বী·লাং লাইরিকসিদা তাইবঙ্ শমু হুকচাং শেমগৎ-লকপগী অহৌবদা পল্লেমসী পিবুক-মুংদা লৈবা অহানবা থাজ শজিবু হায়না পল্লিবসি নৌনা পোক্লক্লিবা তাইবঙ্(মী)শিং মাগী মরু হুনবা থা অহৌবদগী হৌহনা 'শজিবু থা' হায়গনি পল্লিবনি। অত্তগা মপান-লাংগী মীওইবনা চৎনরিবা শজিবু থাশীংদগী হৌখিবদি নত্তে। মসিবু মাগী হৌরক্-শাৎলকক্ম্ খঙ্জরবা মীহুদি "মহাক্পু মহাক্লা মশক্ খঙ্বা

লাইনিংবা থাক অরাঙ্বনি" হায়না লাইরিকসিগী অহানবগী থংনব-মক্তদা মঙাং লাইনিংহন্না ল্ব্রাং কুরুম, লৈকোয়বগী মফমদা চ্ম্শীন্না তাকপি-রম্বব্ য়াওরি। অমদি লৈরিবা প্ন্নমক্তগী মীওইবনা খঙ্বদা খ্বাইদগী থোইদোক্লা কান্নরিবদি "মশাব্ মশানা মশক্ মুন্না খঙ্জবা" হায়বা অসিদনি, অতৈ অমা লৈতে।

অনীশুবদা :— মীওইবনা পোক্লক্তি্রৈগী মমাংদা ভাইবঙ্ হক্চাংসি হান্না লৈরম্দে। অতুগা শিরবগী তুংদস্মু অমুক্ লৈররোইদৌবা, কায়খি-মাঙ্খিগদবা ওাক্তনি। অতুগা হৌজিক্ মাঙ্দা শেম্গৎ-শাগৎতুনা চাউর-চাউরবা খ্দম্শিং কয়ামা থেংনরিবা অচৎপা চত্তবা, লেঙ্লি-পাল্লিবা লৈরিবা পোং খ্দীংমক্ মুন্না খম্বতুনা কূপনা য়েংলবদি অচ্খ্বা অওইবা হায়বদি হোংদবা পোৎশকশিং অমতা লৈতে। লৈরিবা পুন্নমকসি মতম মানা শেম্লি, মতন্না অমুকস্মু হন্না মাঙহল্-তাক্হল্লি। হৌখিবা মাঙ্দা অচৌ-অচৌবা ফ্রা দলান্নচিংবা খ্দমশিং কয়া অমা, নিংথৌ-রেন্নচিংবা লৈরম্মী, পাল্লম্মী; মতু রারী শীংবুল্ ওইনা নাথাঙ্ য়ৈরকপদসী, ইরম্বদগী—ঙসিস্মু তা-উ-থেংনরি। অস্মুম তৌতুনা মতম্ শাংনা লৈরম্বা, শাংলম্দবা অসিগুন্না প্ন্নমক্ লেপ্পা লৈতনা হোংবা নাইবা, লোইনা মাঙ্খিগদবশিং ওাক্তনি। অস্মুম্ তৌতুনা মীৎকুপ্ খ্দীং লৈরিবা খ্দীংমক লেপ্পা অমতা লৈতনা হোংদোক্-হোংজিন তৌতুনা অস্ম ওন্দুনা চৎথরি। উহৌরিবা মতম অসিস্মু অস্ম্, অস্ম্ লোন্ন-লোন্না খঙ্হল্-উহন্দনা চৎখি। অসিগুম্বা মতম্ মানা কনা অমদস্মু হায়রম্-তাক্লম্বা, খঙ্হল্লম্বস্মু লৈতে; অমুক্ হন্নস্মু লাক্লরোই। মতন্না কনাবু লেপ্তুনা ওাইবীরম্বা অমতা লৈতে, লেপ্তুনা চেম্বরিবা ঈচৌল্গুম্ মীওইবগী প্লিস্মু ঙরাংদগী ঙসি হায়রক্লে; ঙসিদগীনা হয়েংনি, রাংলেল, মীৎকুপ্ অমতা লেপ্পা লৈতনা নোংমা অমদগী নোংমা-নোংমা হায়দুনা লোইদাম, থাবুম্ তরা-নীথোয় মথং-মথং লাল্শীন্নক্, থাজ কুম্জা কয়ামা খঙ্হৌদনা হৌজল্লক্লী। মতম্ শাংনা রানা তাল্লক্লবা লল্-থুম্ লৈরিবশিং,

প়ুক্লীংনা পাম্না খোয়দারবা মুংশি-মুংশিরবশিং, ফজ-ফজরবা পাম্মুরবা; অদুগা ঐগী ঈপা ইমানচিংলবা লৈরিবা কয়া লেপ্তুবনিনা মসিস্থু লোইনমক মতম্না শেংন-খাইনখিগদবা, মাঙখিগদবা ভাক্তনি। কনাবুস্থু মরূপ, ওইদে; কনাবুনা য়েক্নবা অমতা নত্তে। শিংলবা, কল্লবা মীওই কয়ামা মতম্না হৌগৎলক্লী, ভাওথৎলক্লী; কয়া অমস্থু মতম্নবু লোইরবদা ভাওরম্মদগী হম্থরে, শিথরে। ওরাংদা লৈরম্বশিংনা ওসিদি উদবা, ওসি উদবনা হয়েংদি লৈরকপা, অমুক উবা অমুক্না মাঙখিবা লেপ্পা লৈতনা প়ুম্নমক্ চৎথরি। অশেংব-মক্তি তেংবান্‌বা অসিদা লৈরিবা অসিদগী করিগুম্বা পোৎশক্ অমতস্থু হম্থখিবা, মাঙখিবা, ময়েং তাখিবা অমতা লৈতে; সুপনতগী মশক, মমিং, মচু-মমেল ওম্বোক-ওনশীন তৌবদনি। মতম কুইর-শাংলবা অরীবা লৈরিবশিংসিস্থু মপ়ুঙ ফাবা করিগুম্বা পোৎশক্ অমতা নত্তে। মপ়ুঙ ফারবা পোত্তুদি অরেপ্পা হোংদবা অচুম্বা ওইহ্নুনা লৈগদবনি। মরম অসিনা "পোনবী-লাং" "নোংলোল্ পথ়ুপ রাচেৎলোল্" অমদি "তাইবঙ লাংবুম, শেম্বা" অদুগা "শকোক লম,লেল" হায়রিবা লাইরিক্লিং-শিগী মমুংদস্থু মপ়ুঙ ওইনা খঙহল্লিবদি তেংবান,বা হায়বসি তেংবানবগী অরেপ্পা মপ় নোংদম্বনা ইহান-হান্না শেম্বীরকলিবনি। মহাক্কী খ়ুৎশেমগী মমুংদা 'থরায়' হায়বসি থাইদোরক্লী। তেংবানবগী কুম্মৈবু য়েংনবগী-দমক্তা থরায়গী লাং ওইরিবা শমু হৰচাংগা লৈমিন্নরিঙৈদা অহীংবা হায়বহু ওইরম্মী। তাইবঙগী অহীংবনা থম্নবা, প়ুন্সি চেঙজেল লোম্নবদা নহাল নোংদা লাকপা লমদাঙ, লম্বী য়েংহ্নুনা থরায় মাবুদি হৌরকফম, মপ় মাগী মঙালদা তিনখিনি অমদি মাবু তানফংনবা লম্বী লীখুল চুম্না থ়ুপলবশিং লাইরিক্লিদা শেংনা শেংনা পল্লি। অস্তুম্না তাইবঙ মীওইবগী থরায়বু তাইবঙ ঈপাক্তা লাম্বোক-লানশীন তৌহ্নুনা শম,জিন্নরি। অসিগুম্বা তাইবঙ মীওইবগী মপোক্তা পোক্তুমদনা পোকচরগা খোইয়ুম, অথোয়বা, অরেপ্পা লাই কনাবু নীংজ-তাঞ্জগদৌরিবনো? চংকদবা লম্বী লমদাঙ, অমদি মাবু ফংজনবা তানগদৌরিবনা কনানো, করম্বনো হায়বহু মী অফবা,

মীথোয় মীহেনবনা ঐ অসিবু মকম কদায়দগী হৌরক্-শাংলক্লিবনো হায়না ভেংবানবা মপ্ মহাক্পু মশক্ খঙ্জনবা অহিং-মুংথিল্ অনীমক্তা অকাউ পরৈ লৈতনা কোয়থী-থিনরিবা অসিবু লোশিংনা রাখনা থম্মোয় মৈরা থাজংতুনা থিনরি। মরম অসিবুস্থু লাইরিক্লিদা চংকদবা লাইনিং লীচংকা কোন্নহনা শেংনা থিন্দুনস্থু তাক্লী।

অহ্ম্ শুবদা; পোম্বী-লাংনা মখা তানা হায়রিবদি— তাইবঙ্ মীওইবনা শিরবগা "মথৌ য়াংথোকপা" হায়বহ্ অমাইবনা তীল্লম্-লাইরম্ খায়না হৌনবী মথৌ মঙম্ মুমিং অস্থুক্তী শুবদা অস্থুন্না তৌগদবনি হায়বা; তাইবঙ্ মশাদা লৈবা লাই (থরায়) দি মপ্ মাগী মরীক্ মঙাল্ অরেঙ্বনি। নহাল্ নোংদা লাক্পা লমদাঙ্ লম্বী থিহ্না কোরৌ থক্তা লাই মহাক্পু মশক্ খঙ্না কায়দনা অমাইবনা থিনগংকনি; মসিবু "মুমিংকি মথৌ খম্য়াংবা" কৌই। অহ্ুগা "ফিরোয়" কৌবদি অসিবু কৌই ; "লৈতায়-নোংদাইবনা" অসি কৌই। ঐগী লাক্লীবা লম্বী অহ্দা অমুক হন্না শিরগা হনথিগদবনি হায়বা অসিগী মরম্স্থু (পোম্বী-লাংদা) য়াওরি।

মরীশুবদা হায়রিবদিঃ— মুংশিগদবদি "থরায়দনি"; ঐগী থরায়দগী হেন্না মুংশিগদবা অমা লৈরম্দরে। পাম্মুনা লুনা চেক্শীন্না তৌগদবনা "হক্চাংনি।" থোইদোক্লা কল্লকদবদি "মতম মাবুতনি।" "থরায়, হক্চাং, মতম" অহ্ম অসিবু নত্তনা তাইবঙ্-পান্সিদা অহেন্বা কনা অমা লৈররোই, লৈবস্থু লৈতে। অহ্ম্ অসিবু "হিংলিবা পুন্সি" কৌই। মরম অহ্না মুংশিরবা থরায়নবু মাঙলবা, থরায় য়াওদ্রবা হায়বদি লৈবা য়ারক্দ্রবা; অহ্ুগা পাম্মুরবা শমু হক্চাংনবু শীজীন্নবা য়াশিল্লক্দ্রবা, ফংচিল্লক্দবদা; পুন্সিগী তাঙলবা. থোইদোক্লা কল্লক্রবা মতম্নবু লৈরক্দ্রবদা পাঙথোক্লীংলুবা মথৌশিং পুন্নমক অরেম্বা লোইনা কান্নদবমক্তা ওইরক্ই। অহ্ম অসিবু নীংথিনা মশক্ খঙ্না শীজীন্নহনা মথৌ পাঙথোক্লিবা মীওইশিংহবু "মশাবু মশানা মশক্ খঙবা হায়বদি মথৌ খঙবা অথোয়বা

মী" কৌই। মরম অসিনা পোন্বী-লাং লাইরিক্ অসিগী লোইরম্-দাইদা শেংনা থিন্দুনা তাক্লীবা, য়াওরম্লিবদি "প্ন্সিগী অহান্বা খ্বাইদগী মরূ ওইরিবদি "লম্চৎ"নি। লমচৎনা মরূ ওইরিবা প্ন্সিগী য়ূম্ফম্নী। পুন্সি হায়বসিমক্ লমচত্নি। ঐখোয়গী পুন্সিগী অফবা ফত্তবা ওইগদৌরিবা লাইরক্ হায়বসি কনা অমদগী নত্তনা ঐগী লম্চত্তা, ইথ্ৎমক্তদা লোইনা লৈরিবনি। মহু লাইরিক্সিদা শেংনা মরীক্ চম্না তাক্লম্মী। ঐনা তোয়না তৌরিবা অমদি তিন্নরুবদগী ইশাদা চ্শীল্হোই, মহুনা ইশাগী হৈনবী খ্ৎলোয়বী অমা শোয়দনা লাক্ই; হৈনবী অহু মীহুগী লমচৎনি, ফত্তবহুনা শাজৎ ওইরক্লিবনি। মীওইবদি মা-মাগী মরৌশিং অহুতনা হিংলিবনি। মাগী মরৌশিংহুগী মতুং ইন্না মশাবু মশানা শেমজবা, নত্রগনা মাঙ্হন্জবা ওইখিবনি। ফত্তবা অরানবা তৌরুবদি ফত্তবা মহইশিং ফংলকই; অফবা তৌবহুনা ফৈ হায়রি।

অসিগা লোয়ননা লাইরিক্সিগী লোইশিল্লকপদা শেংনা পল্লম্লিবদি থরায় মিরেল, হাম্ফোইদনবা শমু হকচাং কয়াৎ-মুংদা চেৎন-চান্না মিকোল্-থাগোনহুনা পুন্সি লৈরাংবু অসিনি হায়বা মশক্ খঙ্না, মচা খায়না কয়ামুক্ থোক্লা শৈরেং-শৈথারগা কোন্শিন্দুনা লোইশিল্লি। শম্না পুন্সি হায়বহুঁসিবুনি হায়না লাইরিকসিদা শেংনা থিন্দুনা তাক্লম্মী হায়জনীংই।

লাইরিক অসিদা অরাল অহুই, চিথ্-নাম্থহোবশিং য়াওরম্বা থোক্লবমু অহল লমল, ইবুঙো-ইবেম্মশিংনা তাকপীরক্লবদি হরাও হরাওনা লোশীগনুনা অদোম্ থাগৎচগনি। মতুংগী খূৎনমদা চুমথোকপা য়াবমখৈ চুমথোকচরকে।

মনিজাও

তাং ২২। ১০। ৮৬ ইং

# পোম্বী-লাং

—ঃ (*) ঃ—

ওঁ হুঙ, হুঙ, অতিংকোক্ কোপরু, শী মরী, চক্ কারসি, চক, কূম্পঙ,, মালেম্, তেংপান্বা, মালং, লাইচা, থাম্পী, কোরৌ, মালেম্ অঙাঙ্ঙা, ব্রাঙ্মনা, লম্না-খু, থাপী, থাপা, সনা মকোয়, বূখু, বু'ফাং, ঙা, শারোয়, মালেম্ ।।১।।

হন্দোক্পা ঃ—

মঙাং লাইনীঙ্ হন্বগী মফম্দা লূরাং কুরুম্ লইকোয়্বনা পোক্লক্-শাংলক্পা, নীঙ্বা, শিবগী চংনা লম্দাঙ মরম্বু খুৎফাঙ্ চাংজো চেপ্না :লালনা ব্রাহোম্জরক্য়ে। অত্তুদা পন্থৌ শক্পা মঙাং লাইনীঙ্ হন্বনা হায়রক্য়ে;- অতিংকোক্ শিদবা তেংপান্বা মপূনা কোপরু শী মরী হায়বদী চীঙ্ঙু (১) মহাক্কী কোক্ লেল্ফ্দগী থোক্লক্পা

---

(১) চীঙ্ঙু=লাই, খোইয়ুম [ লাইবু চীঙঙু হায়্না শীংথানরুবদি অব্রাঙ্বা চীঙ্দোলদা হওবা উপাল্-ব্রাপাল-নচিংবশিংবু অনেম্বা মখাদগী মীনা য়েংখৎলক্প' মতমদা য়াম্না ব্রাংখৎনা উবা অদুগুম্ হুনা ব্রাংবদগীনু থোইনা হেন্না ব্রাংলবা হায়না হন্দোক্তুনা-লওগনী। লাইশিংগুম্না ফংনা (য়োনা) ব্রাংত্রিবশিংবু "চীঙ্খোঙ" হায়না কৌই। নিংথৌবুনা "চীঙ্ঙু" হায়নরী; মত্তুদিঃ— চইথাবগী শোন্বা মরোল্দা ( অঙোম নিংথৌ খাক্পা পুরৈরোম্বগা, মৈতিংঙু নোংদা লাইরেল্ পাখঙ্বগা মচীন্ মনাও অনীবু ) "চীঙঙু অনীমাগী লোইদাম্ মকুম্ শাবু"

য়ীশাগী লৌশিংবু মরী রোইনা লাকৃতুনা হে লূব্রাং! মঙাল্, অদূনা মা-লেম অসীবু শীন্‌বা থুংনা ঙাল্‌হল লগে হায়্‌না নীঙ্‌লকৃতুনা মহী সনাগী মঙাল্ অদূনা 'মঙাং" মঙাল্ হায়্‌না লূনা রাংনা থুনা মম্‌না থঙ্‌-হন্‌দূনা মালেম্‌দা ফাওরক্‌লেদো। খোইয়ুম্, মহাককী অমংতা রোইবা হুক্‌চাং অদূনা অনী খোক্‌না খায়্‌দোক্‌লদূনা হুমিং, থা ছায়্‌না খোরক্‌লে। কোরৌ হুমিংনা লাইয়্রিংথৌ শিদবা মহাক্ রোইরে। লোইদাম্, থাজনা মালেম্, লইমরেল্ শিদবী রোইরে। খোইয়ুম্ অনীমক্‌কী সনা হুক্‌চাং লেল্‌দগী সনা মহী, পাখঙ্‌বা শজীক্ থাবা থরাল্‌মিচাক্. রোক্‌পুরোয়, তাউহুইরেং শারোয়্‌ঙারোয়্, অয়াম্‌বা খৈবিক্‌পু খোরক্‌লে। কোরৌ অঙান্‌বা হুমিংপু মংাং কৌবদি- অরঙ্‌বা 'মঙাল্ অদূবু য়ীঙাঙ্-ঙাঙ্‌না খোরকৃই হায়বগী মমিংবু "মঙাং" কৌয়ে। হে- লুব্রাং কুরুম্ লইকোয়্‌বা! কোরৌ হুমিংকী নীঙ্‌থীজবা, ফজবা মঙাল্‌বু থক্‌তা রাংনা হাইগংলক্‌লে 'লুব্রাং" কৌয়ে। হুমিংকী নীঙ্‌থীজবা মঙাল্ অদূবু মালেম্ লইদা লইথ-হাইথরক্‌তুনা থুম্‌না মম্‌না হায়্‌বদী "মংাং, লুব্রাং, থুমন্". কৌয়ে। অসীবু তেংবান্‌বা মপূগী মতম্ অহুম্ কৌয়ে। অঙাঙ্‌ঙা মহীদগী মহীরেল্‌গী মঙাল্‌না মকোয়্ রোইনা য়ীকোয়্, কোয়্‌শীন্‌দূনা

---

অয়িনচিংবা অহৌবমক্তদা শেংনা পল্লি। অদুগা নিংথৌনা লোবা লুসী য়ীবেম্‌মাশিংগী মপাম্ য়ুম্‌বু "তম্‌পাক্ য়ুম্" হায়নম্লু খঙ্‌নরি। সিদা মখজনা নিংথৌ খনবা, কোমুং মমুংগী থবক তৌবশিং অমদি পণ্ডিতনচিংবশিংনা ময়ুম কুম্‌ববুমু "তম্‌পাক্ য়ুমদা কুমবা" হায়নৈ। মথঙ্ খনবা (যুবরাজ)বু "চীঙখোঙ্" কৌনরম্‌লিবনি। ময়ামবুং নিংথৌনা মনাওবু মিংকৌবদা "ইশানৌ চীঙখোঙ য়ায়মাবা" অমুমনমু তেঙ্গানরি।]

ভাতিয়াদা তরং-তরংনা ঙাল্লিবা অসী মালেম্ পূম্নামক্ অসিব্ ঐতনা শেম্বীরি ঐতনা পোক্পিরি, পূম্নামক্, লৈরিবা মী, লাই, অচৎপা-চংতবা, অৱেঙ্বা-লেঙ্দবা শা-ঙা, তীন্-কাঙ্, লৈরিবা খৈবিক্কী হওরক্-শাৎলক্‌ফম্ ৱোইব মপূনে হায়না তাক্পিরী। মঙাং মুমিং পূঙ্কোয়্ মহুম-মুং ( ১ ) অসীদা তেংপান্বা মপূ মহাক্না মতম খুদীঙ্দা য়েংতুনা লৈরি হায়বগী "হয়েং" কৌয়ে। হয়েং হায়বদি ঐগী য়ীশাবু হয়েং কৌয়ে। অস্ূম্না ঐহাক্না য়েংগদৌরিবা কুম্মই অদূবু "ঐগী চেংলৌ শক্তম অসিগী মঙঙ্-মতৌ লঙদূনা মালেম্দা পুখোক্তুনা শানগে; অদূগ ঐবু শক্ খঙ্হনগে" হায়না তেং-পান্বা মপূনা মুমিং পূঙ কোয়্ মহুম্ মুংদা 'হূঙ হূঙ্, হূঙ্," হায়না

---

* * * মিংশিগঞ্জরিবা অমা : লাইরিক অসিবু পাবীরকপদা ৱাহৈ খোন্থোক্‌শিং অক্লম্-অয়াঙ্ ( ৱাংখৎপা নেম থব। গী মতাঙ্দদি খরা মান্নদবশিং চাদা খরবোন্ বনান্' চইতপ্নচিংবদা য়াওরম্বা থেংনবীরক-কনি খন্জৈ। শম্না ময়েক্ অমদি চাদা খরবোন্ ( বনান্ হায়বা অসি ৱাহৈ খোন্থোকতুগী অক্লম-অয়াঙবু ফা-ননবা অশেংবা খুৎলায় মখল অমনি হায়জনীংই। মরমদি ৱাহৈ খোন্থোক্কী অক্লম-অয়াঙ্, ঙাংন-শানরিবা লোল্‌শিংবু নীংখিন। ( চপ্চানা ) ফাব ( ইশন্ব ) বু ঙমজ্রবদি, শীজন্নবা য়াত্রবদি খোন্থোক্ অদুবু ফারিব ময়েকশিং, চইতপ্, অদুগী অশেংবা কানবগী মরম লৈতে। লোল্ ৱাহৈশিংবু পাবীবদা করম্বা ময়েকনা চম্বনো, করম্বনা চম্‌গদবনো, অমদি করি চইতপ্শিং তপ্পা ) হাপ্‌কদবনো হায়বা খঙ্‌ববু ঙমজ্রবদি, লেপ্‌ত্রবদি মহৎসু কানবা লৈতে। মালেম্ অসিদা কাঙ্লূপ্, তোঙান্-তোঙান্না লৈনরিবা মমা লোল্ খুদিংমক্ পথাপ্ নাইবা লোল্গী ৱায়েল্ অমগী মখাদা লৈতুনা লেপ্নরিবনি। ময়েক খোন্থোক্ অমসুং লোল্গী ৱায়েল্দি

---

(১) পূঙকোয় মহুম-মুং = পূমকোয় কোয়শীন্বা মমুং।

অহুম্‌লক্‌ ইন্‌না য়াৱা খোন্‌থাংবু ঙংলদুনা নীঙ্‌খল্‌খিয়ে (১)। চীঙ্‌ঙ্‌ মহাক্‌না খল্‌লক্‌লবদা– মালং, লাইজ, খাম্‌পী, মতম্‌ অহুম্‌, মচু অহুম্‌ ৱোইবা মই, য়ীশিং মুংশিং কোরৌ, মালেম্‌ লইশা, মঙা অসীবু হান্‌না লেপ্‌তনদি ৱোইবা য়ারোই খল্‌লদুনা মঙামক্‌ অসীবু হান্‌না লপ্‌খরে। অহুম্‌না লেপ্‌লববু লোইরবদা– তেং-পান্‌বা মপ্‌ মহাক্‌কী তৌ-ঙম্‌বা মতীক্‌-ময়াম্‌, মহী সনারেল্‌না ঙাল্‌ন-লংনা লৈরিবা অদুদগী মরাক্‌ খরদঙ লওথোক্‌তুনা মই, য়ীশিং, মুংশিং, লইপাক্‌, অতিংঙা, মিগা থানা তরুক্‌মক্‌ লেপ্‌তুনা মুমিং মমিং মথা নাইনা লোইদাম থাদা থারক্‌লে, পিরক্‌লে হায়্‌বগী মরননাই (খরত) গী ওইফম্‌ থোক্‌তে। মৈতৈ লোল্‌বু ইমা লোল্‌নি হায়না খঙ্‌নরিবা ঐখোয় খুদিংমক্কী ইরল্‌নি। "ময়েক্‌না তাজরবা" হায়না পাউরৌনরিবা অসিমক্‌নস্থ ঐখোয়না য়েংনবা লৈতনা খঙ্‌হল্‌লি। মতুদি শেম্‌দোক্‌-শাদোক্‌পা য়াররোইদবা মহৌশাগী ওইবা ৱায়েল্‌ পথাপ্‌কি মথা পোন্‌বা ৱাফম্‌বু খঙ্‌নহললি।

মাগী মাগী মমালোল্‌বু মাগী মাগী লৈজবা ময়েক্‌না ইজবনা চপ্‌ চাবা মাগী মাগী লোলশিং অহুবু নাক্‌-পু তানা, খোনথোক্‌ ৱাহৈ-ৱাতা চুমবা অচুম্‌বা ফংবা ঙম্‌গনি! "হৌজিক অনৌবা অমা চৎননবা পুথোরক্‌লিবা মীতৈ ময়েক্‌, চইতপ, অসিদদি মৈতৈলোলগী ৱাহৈ খোনথোক্‌শিং কুপ না ফাবা ঙমবা উবা ফংদ্রি।"

মথককি হায়রিবা অসি নৎতবা, হান্‌নদগী লৈজরক্‌লবা অরীবা মৈতৈ চে, আগর উপাক, তেংনা মনানচিংবদা মৈতৈগী লৈরম্‌বা পুয়ানচিংবদা মৈতৈ ময়েক্‌না ইরম্‌লিবশিংদদি মৈতৈগী অশেংবা খোন্‌-থোক্‌ ৱাহৈ-ৱাতা অরূম-অয়াঙ, অচুম্‌বা ফজবশিংহু তশেং-তশেংনা উবা ফংনরি।

---

(১) নীঙখলখিয়ে=বীঙশিংলিবহু অফ-ফৎতা খনখিয়ে।

"থা" কৌয়ে। খোইয়ুম্ শিদবনা হায়রক্‌ই; "হে—লোইদাম্ থাজ! নহাক্‌তি মালেম্ লইশা রোইরিবনী নঙ্‌ঙোন্‌দা থারিবা মরু চারী (১) অসে নহাক্‌না থাশীং, চহী পুন্‌সি হুংশাংনা লেপপীরগা অঙাই তাইবঙ্ পান্‌ব (২)বু রোইবা য়ানবা লেপপীরগা পিথখো। অস্নুম্ হায়না তেংপান্‌বা মপূ মহাক্‌কী ময়াথংবু তাকপিরবদা, থা রোইবী লইমরেল্, শিদবীনা হায়রক্‌ই; "হে—মপূ শিদবা-ও! নহাক্ য়োদনা করম্‌না য়োবা য়াগদগে?" হায়না হংজরবদা। তেংপান্‌বা মপূনা হায়রক্‌ই; "হে থা! লইমরেল্, নঙ্‌ঙোন্‌দা পিরিবা মহীরেল, মরীক্ মঙাল্, তদূগী মনূঙ্‌দা ঐহাক কুম্‌বা অমা য়াওবনে" ॥১॥

হূঙ্, লূম্, শাচৎ বীঙ্‌নাকে, সনা মাকোয়্, হায় সনা মকোয়্, য়ীরেল্, লূনা নাঙ্‌নাকে। তেম্‌পী সনা মকোয়্, হূচোং সনা মকোয়্, অনাচি শিতপা ॥২॥

হন্‌দোকপা :—

তেংপানবা মপূ শিদবনা "হে—লইমরেল্! ঐনা নীঙ্‌লিবা তাইবঙ্ কুম্‌মই শান্‌নগে; কুম্‌মই অদুবু য়েংলগা ঐনা পেন্‌বা, হরাউ-হুংঙাইবদো নঙ্‌না নৎতনদি কনা অমনা ঙম্‌লরোইনে। হে—লইমরেল! নহাক্‌তি তাইবঙ্ পানবা পূম্‌নামককী পললেম্,

(১) চারী=থাননবা লীশন্‌দূনা থম্‌বা চারা।

(২) অঙাই তাইবঙ্ পান্‌বা=মহাকতবু ঙাইহূনা (হিংহূনা পানব) লৈবা; শিবা মতম ঙাইহূনা পানবা [মীরোইবগী পূক্লীঙ্ রাখলদি মা-মানা খললুরিবা পামলূরিবা অদূতবু ফংনীঙলূবনা নোংমা নক্রগা নোংমদি ঐগীসু মতম অদু অম্‌কতি লাক্‌হিগনি, থোরকপা য়াই অস্নুমনা পূক্লীঙগী রাখল অদু চাদূনা (আশা চাবা) হিংহনা তাইবঙদা পাল্‌লিবা]।

মমা অপোক্‌পিনী। নঙ্‌না অপোক্‌পি মমা য়োইবীদুনা অঙাই তাইবঙ্‌, পান্‌বদা লৈরগদবা প্‌ম্‌নাক্‌পু পোক্‌পিনী। অসুম্‌ হায়না "তেংপান্‌বা মপ্‌ মহাক্‌না অমুক্‌ হন্‌না নোংদম্‌-ও" হায়না লোইদাম থাদা মরু চারী থাবীরে। তেংপান্‌বা মপ্‌গী চীন্‌গোয় ময়াথং নীঙ্‌থীজববু তারবদা, মালেম্‌, মমা লইমরেল, য়োইবী থানা থাশীং থাবান্‌, ঙম্‌না শেম্‌লগা কোল্‌লদুনা থম্‌লক্‌লে। অসুম্‌না কোল্‌লক্‌পা থাশীং কুমশীং শুরবদা লোইদাম্‌, থানা থাবাদা শিন্‌নরে; "হে—থাবা! নঙ্‌না থাশীং পান্‌নরো। অদুগা তাইবঙ্‌ য়োইববু য়ানবা মরম্‌গীদমক্‌ অমুক্‌ হন্‌না পুথখো" হায়না শিন্‌নবীরে। থাবানা অমুক হন্‌না থাশীং কুম্‌শীং পান্‌নরে। অসুম্‌না পানবা লোইরবদা থাবানা শজীক্‌তা শিন্‌নরক্‌লে; "হে-শজীক্‌! নঙ্‌না অঙাই তাইবঙ্‌ পান্‌বা অসীবু তেংপান্‌বা মপ্‌গী থোদ; ময়াপং অসী কায়দনবগীদমক্‌ নহাক্‌না শজীক্‌ য়েন্‌নৌ হুন্‌বীদুনা মহাক্‌পু হিংননব থোশীল্‌লো" হায়না শিন্‌নবীরে।

শজীক্‌ কৌবদি তাইবঙ্‌ মহাক্‌পু হিংননবগীদমক্‌ শজীক্‌ য়েন্‌নৌ হায়বগী শজীক্‌ কোয়ে। অসুম্‌না শজীক্‌ হুন্‌বীদুনা লৈরবদা, শজীক্‌ কৌবমা হিংলগনি হায়বা খঙ্‌লদুনা অমুক 'য়োক্‌প্‌রোয়্‌' দা শিন্‌নরে। য়োক-প্‌রোয়্‌না য়োক্‌চদুনা লঙজরে। শজীক্‌না হায়রক্‌ই; "হে-য়োক্‌প্‌রোয়্‌! নঙ্‌না য়োক্‌ঙমলিবা তাইবং, মরু চারী অদো তেংবান্‌বা মপ্‌গী ময়াথংনে; নঙ্‌না পুথোক্‌খো-ও" হায়না তাকপিরে। য়োক্‌প্‌-রোয়্‌না "তাউহুইরেং" দা অমুক্‌ শিন্‌নরে; 'হে—তাউহুইরেং! তাইবঙ্‌ মপ্‌না পীরকপা অঙাই তাইবঙ্‌ অসে নঙ্‌না অমুক্‌ পুথখো" হায়না শিন্‌নবীরে। তাউহুইরেংনা লেংন-কৈনা য়াজরে। তাউহুই-রেংনা মপ্‌গী থোদাখোন্‌, কায়্‌দনবা হায়না মথঙ্‌, মথঙ্‌, লেংথরক্‌তুনা তাইবঙ্‌গী মপা পন্‌থোদা নঙ্‌না লোইদাম্‌, থাব্‌ম্‌, অনীবু পানা পন্‌নৌ-ও" অসুম্‌ হায়না শিননরক্‌লে। তেংপান্‌বা মপ্‌গী

হীরেম্ অদ্বু পানৈ, পন্নৈ হায়বগী "য়ীপন, পন্থৌ" হায়না কৌয়ে ॥২॥

**নীংনকে অসী লাকা শালোং, হৈওা মীনুংঙা, অঙাল মীশা চুনা, হে চক্ কারসি হে চক্ কুম্পঙ্, মালেম্ তেং-পাম্বা ॥৩॥**

হন্দোক্পা ঃ—

ল্রাং কুরুনম্ লইকোয়বা, মালেম্ খোঙ্কাও কন্বা, লীক্থা য়াইথা থোবা কুরুম্ লইচাওবনা মঙাং চেংলৌ শক্হেন্বা শরাং মেলৈবা লাইনীঙ্হন্গী মফম্দা হুংজরক্ই; "হে-পন্থৌ অপোক্পা ওনহাকতি অঙাই তাংবঙ্পান, অসীগী রোইরিবা অমদি হওরক্পা মউ খঙ্-লবা চীঙ্ঙ্ লাইগী নোংদমখোল্বু খঙ-উরবা পন্থৌনি। নচা রোইবা ঐঙোনদা মথঙ্ শীংনা, অথাক্পবু লৈতনা তাক্পিও" হায়না রাহোম্জরক্য়ে। পন্থৌ মপাদা পনদুনা লৈরিবা "য়ী" অদুনা কদায়দা অমুক্ চংখিবগে, হে-পন্থৌ ?"

ল্রাং চীল্গোয়্ মপাউখোল্ তাবদা, চক্ কুম্বঙ্ (১), মঙাং লাইনীঙ্হন্না হায়রক্ই; ঙশাইগী পন্থৌ মপাদা পানাতুনা লৈখিবা "য়ী" অদুবু মপানা থাব্ম্ অনী চুপ্না নাউপুরগা থাশীং মশীং অদু শুরগা, পন্থৌ মপানা পল্লেম্ মমাদা শিন্নবীরে। "হে—থংলেল্ য়ীরুম্বী-ও! নহাক্না অমুক তেংপান্বা মপ্গী সনা য়ী অসে নঙ্না লোইদাম্ থাবুম্ তরাবু লুম্নৌ-ও" হায়না শিন্নবীরে। নীঙ্থীনা ল্-হেল্লবা য়ী অদুবু লোইদাম্ থাব্ম্ তরা চুপ্না লুম্নৈয়ে হায়বগী "থংলেল্ য়ীরুম্বী" হায়না কৌইদো, হে—লুরাং ॥৩॥

---

(১) চক কুমবঙ্,—তুংদা রোইরক্কদবা লাক্কদবা মতম।

থাজনা, থাজলেং, থানুংশি, থানোত্তোন্‌, থায়ায়্‌লেল, কুপ, সনা, কুপ্‌তরেং, থানোত্তোন্‌ থানুংয়ায়্‌, লৈথম্‌পা, লইসুঙ্‌-য়ায়্‌, য়াইথুত্তোল্‌, শাবোল্‌, লেংনা কোয়না সনা ভ্বাল্‌লে ॥৪॥

হুম দোক্‌পা :—

মপন্‌ পন্‌থৌ মপানা লোইদাম, থাবম্‌, অনী চঙ্‌না য়ী অদ্‌ পুরগা মহীদগী মহীরেল্‌, অদুবু পল্‌লেম্‌ মমাগী খোয়জী খাগী ফুহীঙ্‌-মুংদাং চিথহুনা হইরাঙ্‌ মমী তম্‌, তাউজিং মরুপন্‌ তাঙ্‌জ-মরু তাখিরববু (১) অহাঙ্‌বা অতিয়াদা পাইহুনা লৈরিবা লৈচিল্‌, শেন্‌থ্রাগুম্‌, নোংফাইগুম্‌না মঙ্‌ঙ্‌, মমি তম্‌দনা য়ীফা-ফানা, য়ীচায় চাইনা তাহুনা লৈ; অদ্‌বু "তরঙ্‌" হায়না তেংথানৈয়ে। অমদি থম্‌খিবা সনা য়ী অদ্‌বু তাইবঙ্‌ শমু হক্‌চাং ব্রোইননবা থম্‌খিবা অহান্‌বা থাজ অদ্‌গী মমিংবু "শজিফু" হায়না কৌয়ে। লোইদাম্‌, থাজ অদ্‌গী কোলোয়্‌ মমিংখোন্‌বু শজীফ করিগী কৌরিবনো? হায়রবদি তেংপান্‌বা মপ্‌গী নোংদম্‌, খৌদাখোল্‌, মতুঙ্‌, য়িন্‌না য়াম্‌না রানা মতম্‌ চঙ্‌না থৌশীল্‌, থৌরাঙ্‌দ্‌না শেম্‌গৎলকই, শা-গৎলক্‌ই হায়বগী শামু হক্‌চাংবু "শা" কৌয়ে। শা মহাক্‌পু ব্রোইন-নবা মহীরেল্‌ অরুবা লীক্‌লাবু পল্‌লেম্‌গী মুংচেং লাইজ কোন্‌ফু-মুংদা চিথহুনা (২) থম্‌মি হায়বগী কোলোয়্‌ মমিংবু "শজীফু"

(১) খোয়জী-খাগী ফুহীঙ্‌-মুংদা হইরাঙ মমী তম, তাউজিং মরু তাখিববু= অঙাং মীরোল্‌খিববু [অঙাংনা মীরোল্‌খিরবদি খোয়জী হায়বদি খোয়্‌দৌগী মচী মখাদা খুদোল্‌, অনী মখায়দং লইথরগা অনৌবা মিহুল্‌ অমা খুদোল্‌না নম্‌বদা (খুংনা থম্‌বদা) থেংনবা ফংগনি; অদুবু "খোয়জী-খাগী মিহুল্‌ তমবা" কৌয়ে]।

(২) চিথহুনা=হুইথহুনা, হুইজনহুনা।

হায়না তেংথানৈয়ে। তাইবঙ্‌ পল্‌লেম, মমা ৱোইবীগী লাইজ কোনফু-ফুংদা লৈরিবা অদ্‌গুম্‌বা মহীরেল্‌ লীকুলা অদূবু তাইবঙ্‌ মপুনা থৌশিন্‌-থৌরাঙ্‌হুনা লাইজ য়ীশিংনা লইমী ৱোই (১), খাম্‌বী মইনা কোন্‌ফু ওইরা মালং ফুংশিং অয়াঙ্‌বনা হুম্‌বীহুনা মহী সনাবু অগুম্‌ অগুম্‌ নঙ্‌শল্‌লক্‌তুনা ফম্‌জীল্‌লক্‌লবদা, নোংল্‌ম্‌ (২)গী মতৌগুম, তুম্‌পক্‌ তুম্‌বা অমা ৱোইরহুনা তাশিল্‌লক্‌লে। থোম্‌জিল্‌লক্‌বদা ৱোইরিবা মওঙ্‌-মতৌবু কায়্‌নীঙ্‌, কায়নীঙ্‌, তৌনা লৈরক্‌য়ে, অদূবু "লক্‌লি" হায়না তেংথানৈয়ে। তুম্‌পক্‌ তুম্‌না লৈরিবা মতম অদূবু পাক্‌না য়ইথোক্‌লগা তরঙ্‌ কিদূপ, অহুম, সেম্‌লে। কা তরা-নীথোয়, য়াংলে হায়বদি খোঙ্‌, থুংনচিংবা মথঙ্‌ মথঙ্‌ ঙম্‌না শেম্‌লে;

........................................................................................

(১)

পোন্বী-লাং লাইরিক অসি নংতবা "তাইবং লাংবুম শেম্‌বা" কৌবা লাইরিক্‌ অমদা তাইবঙ্‌মী অসি লাইয়িংথৌ অশীব ( সনামহি ) দা তেংবানবা মপু হয়ি লাই মরু শিদবগী চীঙ্‌ঙ্‌ থৌদাখোনদগী শেম্‌খিবসু থেংনজে। মতু খরদং মখাদা পীজরি।

ওঁ হয়ি লাই মরু শিদবনা মপারী অশীববু কৌহুনা য়াহোম্‌খি: "হে পারী অশীবা নঙ্‌না মলেম্‌দি সেমলে। লৈহন্‌নবা তাইবঙ্‌ মীবু সেমলো" হায়রৈদা। খোইয়ুম্‌ লাইকোক্‌ অহন্‌বনা হয়ি শিদ-বদা য়াহোম্‌লক্‌য়ে "চীঙঙ্‌ সিদবা! নপারী তাইবঙ্‌ সেম্‌লুখিগে" হায়রম্‌লগা. পুচ্‌রুক্‌ লাংচ্‌রুক-লক্‌তা য়াংগোইরক্‌লে। নমু তাইবঙ্‌ সেম-লম্‌দাইদা. তাইবঙ্‌মী খঙ্‌দবগী ফুংবংলে। "ঐবু তাইবঙ্‌ করম্‌না সেম্‌সিবা। তাইবঙ্‌ মশক্‌তি হয়ি শিদবদা হংলক্‌তে, খঙ্‌দেদা।

---

(১) লইমী ৱোই—লৈগদৌরিবা অহুগী মরোঙ মমী ৱোই।

(২) নোংল্‌ম্‌—নোংগী মরীক্‌কুম্‌।

অদূবু কয়াং কারেল, মাপন, য়াংলে হায়বগী লোইদাম, থাজ অদূগী কোলোয়, মমিংবু "কালেল," হায়না কৌয়ে। পারী ল্‌ব্রাং কুরুম, লইকোয়বা! অদূগুম্‌বা তরু-তরুরবা মহীরেল, লীক্‌লা অদূবু করম্‌বা মশক্‌নো হায়বদি তেংবান্‌বা মপূগী অথোয়বা সনা য়ীনে। অদূগুম্‌বা য়ীর্নীক, অদূনা কোরৌ নোংম-নোংমগী মথও, মনাউ নাইনা অগুম, অগুম, সেম্‌গৎলকই, শাগৎলক্‌ই হায়বগী লোইদাম, থাজ অদূগী কোলোয়, মমিংবু "য়ীঙা" হায়না কৌয়ে। অথোয়্‌বা মহীরেল, লীক্‌লা অদূনা শাগৎলক্‌পা য়ীনী, মশক, অদূ ঙাল্‌লদূনা

(২)

তৌইকিদি সেম্‌লুগে" নীংখন্‌দনা মিতম, অমা শারে। অহুগা য়াং-গোইরকৃতুনা হয়ি শিদবদা মিতম্‌ কৎলরে। মিতম, অহু উবদা, হয়ি শিদবদি পায়মা খোয়্‌জঙ্‌দে, তিল্‌লাং খোয়্‌দাদেয়ে। হয়ি শিদবনা কোলোয় ব্রাহোম্‌লক্‌লে; "হে পারী অশীবা-ও! নঙ্‌না সেম্‌বা মিতম্‌সিদি মালেম, পুবা ঙম্‌লোইয়ে। মিতম, অসিগী কো-লোয়দি 'লেম্‌লৈ' হায়না কৌঙম্‌লগে। হে পারী! অসিনা তাইবঙ, অহন্‌নে। নহাগা অহন্‌গা য়েংনৌঙদি অহন্‌না নহাগী অরাবা শিল্‌ঙৈনে। মখাদা সেম্‌বা তাইবঙ্‌গী কুম্‌শীং ফৎতা নোংদা অহন, মা-নবু পুঙৈনে, চৈহক, মথৌ পুহন্‌সে" হায়বদা। অশীবনা লাইজ ঈরোল-মুংদা মিতম, সেম্‌ফম্‌দা পুরক্‌লে। লোয়রেল, খুন্‌বীলোক্‌কী লাইজ ঈরোল-মুংদা মিতম, মাবু থাদোক্‌লরে। লেম্‌লৈদে য়াংগোইদে, ইতিং-তিংনা লৈঙম্‌লে। অহু নোংদ অশীবনা মিতম, মতৌ উবদা মুংবংনা হল্‌ব্রাইরক্‌লে। মপূগী মখোঙ-খাদা অশীবা মুংবংননা লৈর-ববু হয়িনা উবদা, ব্রাহোম্‌লে; "হে পারী! মিতম্‌দো কম্‌দোব্রে" হংঙৈদা। অশীবনা ব্রাহোম্‌জখিয়ে,—"হে ইয়ু শিদবা-ও! মিতম, অসিদি লেঙ্‌দে, য়াংগোইদে কদোনোংগীনো" হায়না ব্রাহোম্‌বদা। তৌইকিদি

নীঙ্‌থীজরে, ফজরক্‌লে, য়ীঙাল্‌ ঙাল্‌লক্‌লে হায়বগী লোইদাম্‌ থাজ অদূগী কালোয়্‌ মমিংবু "য়ীঙেল্‌" হায়না তেংথানৈয়ে। তাইবঙ্‌ মপ্‌ শিদবনা তাইবঙ্‌ ব্রোইবা অদ্‌বু ব্রোইনবগী থোনা য়াঙ্‌না, য়াম্‌না ব্রানা শেমগৎ-শাগৎলক্‌লে হায়বগী লোইদাম্‌ থাজ অদ্‌গী কোলোয়্‌ মমিংবু "থৌব্রান্‌" হায়না তেংথানৈয়ে।

হে—পারী লব্রাং লইকোয়্‌বা! অস্থম্‌না তেংপান্‌বা মপূনা থৌচৎ থৌয়াঙ্‌ য়াম্‌না ব্রানা শেম্‌বীরক্‌পা তাইবঙ্‌ ব্রোইবা অদ্‌বু লাং প্‌ম্বা ঙম্‌না লোইশিল্‌লে হায়বগী লোইদাম্‌ থাজ অদ্‌গী কোয়্‌-লোয় মিংবু লাংপুম্‌ লাংজবা "লাংবন্‌" হায়না কৌয়ে। তেংপান্‌বা মপ্‌না ................................

(৩)

মিতম্‌ অত্থ উবদা, হয়িনা ব্রাহোম্‌বীরে,—"হে পারী, লেম্‌লৈ অসে ব্রাহোম্‌গে। ব্রাশক্‌ পিরসে। নপন গী থৌত্থ ন্‌ঙ্‌ঙৌ অনীসে লূফম্‌দা চল্‌লুরো, য়াংগোয়রগনি" হায়ৈদা। অশীবনা লেম্‌লৈগী ল্‌ফম্‌দা চল্‌লুরে। অত্থ নোংদগী লেম্‌লৈ য়াংগোইখিয়ে। অত্থ নোংদগী মপাব্রী ব্রাপিহন্‌না মিতম্‌ অমা শেম্‌লে। অমরক্‌ য়াংগোইরক্‌তুনা মিতম্‌দো হয়ি লাই মরু শিদবদা কৎলরে। হয়ি শিদবনা য়াঙম্‌দে; "হে পারী অসিস্থ মদোম্‌দেয়ে, অশায়ৈগী মতৌগুম্‌ লৈকু লৈরায়দা থৌশিখিও; মাগী কোলোয় মমিংদি মোরিয়া ফম্‌বালচা. হংঙোই কোন্‌দে নূরাবী কৌঙম্‌শে; লোইদাম্‌ ইঙাদা কুম দম্‌বা. ইঙেন্‌দা কুম্‌খায়বা, ফাইরেল্‌দা কুম্‌হোনসে" হায়ৈদা। লাইয়্যিংথৌ অশীবনা লৈকু লৈরায়দা পুরক্‌তুন থাদোক্‌লরে অত্থ নোংদগী মিতম্‌ অমা শারে। হয়ি শিদবদা পুরক্‌তুনা কৎলরে, অত্থস্থ উবদা খোয়দাদেয়ে। "লোইবী চীঙ্‌দা থাদোক্‌খিও হে পারী। মসিগী কোলোয়্‌ মমিংদি চোংথু য়োং কৌরসে। পামেল্‌ উহৈ চা, কক্‌য়ি চীঙ্‌জুম

ঐনা লাঙ্‌জবা তাইবঙ্‌ কুম্‌মই শান্‌নগে হায়না নীঙ্‌লীবা অসীবু নীঙ্‌থীরে, খাম্‌বী মইরাগুম্‌ ভাল্‌লকলে হায়বগী লোইদাম্‌ থাজ অদূগী কোলোয়্‌ মিংলেল্‌বু মইরা "মেরা" হায়না তেংথানৈয়ে। অদুগুম্‌বা ময়েক্‌ লারবা অদুবু লূ-য়াঙ ঙম্‌নঃ পান্‌বীরে। মহাক্কী অরেপ্‌পবু কদায়্‌দা লেপ্‌লশিগে হায়্‌না মপূ মহাক্‌না পায়্‌মা রূল্‌-গোয়্‌-মুংদা (১) নীঙ্‌খললক্লবদা, 'ঐগী শাল্‌বা লম্‌ হিথাং য়াঙ্‌না হয়েং নঙ্‌না তাইবঙ্‌ পান্‌ববু ফাওরবদা অস্মুম্‌না নরেপ্‌ ভাল্‌লকতুনা রাংঙো' হায়্‌না শাল্‌বা হিথা য়াঙ্‌না তম্‌বীরক্‌ই হায়্‌বগী হিয়াংথা হিয়াংকৈ হায়না লোইদাম্‌ থাজ অদূগী মমিংথোল্‌বু হিয়াঙ্‌কক্‌ "হিয়াঙ্‌-কৈ" হায়না কোলোয় মিংগৌনৈয়ে। অস্মুম্‌না কক্‌পিবা লোইরবদা

(৪)

থক্‌হন্‌সে। হৈবোঙ্‌ কাংগ্রৌ চানা লোইদাম্‌ কুম্‌ লেল্‌হল্‌লসে, লোইবী চীঙ্‌দা পুদুনা থাখোক্‌খিও, পারীও।" অদু নোংদগী তেং-বান্‌বা মপূ উংলৌ য়াইবীরেল্‌ শিদবনা মপারী অশীবা রাপিহন্‌দা হন্‌না রাহোম্‌লক্‌য়ে, "হে পারী অপঙ্‌বা! নঙ্‌না তাইবঙ্‌ শেম্‌বা ঙম্‌লোইয়ে; নপন্‌ ঐনা থৌতিক্‌পিগে, পারী রাপীহল্‌ তারো। নপন্‌ ঐগী পিপুক্‌-মুংদা খোঙ্‌শান্‌খি-ও; পারী. নঙ্‌না মীৎয়েং শান্‌থৈরুও"। হায়না হয়ি শিদবনা থোশীরক্‌লে।

হয়ি কৌবা লাইদি ময়া কাথোক্‌লে। অশীবনা লিন্‌থূপ্‌তা হুরিয়াগুম্‌ হুন্‌জিন্‌খিরে। হয়িগী পিপুক্‌-মুং অসিদি লম্‌দম্‌ তাম্‌-খিয়ে। অশীবনা শাংনা য়াংগোইরক্লে। খরা য়াংগোই নোংদা কুরুম্‌ চীঙ্‌ অমা লৈঙম্‌লে। লম্‌লেল্‌ কুরুম্‌ চীঙ্‌ অসিদি শিদবগী খোয়দৌ লকানে। কুরুম্‌ চীঙ্‌গী থোঙ্‌নাং পাংবদা খোং অমা

(১) পায়্‌মা রূল্‌গোয়্‌-মুংদা = রাথল্‌ পূক্‌নীঙদা, থমমোয়-মুংদা।

নাউব্রা অংগো অদূনা হয়াউ তয়ামনা পললেম মমাগী পিবুক-হুংদা পোইদনা. লংদনা য়ারোনদূনা মশা অদূবু লেঙ্লকলে হায়বগী পোইরে পোয়নূ অস্থূম হায়না লোইদাম, থাজ অহুগী কোলোয় মমিংথোনবু "পোয়্নূ" হায়না তেংথানৈয়ে। পললেম, পিবূক-হুংদা পোইদন: লংদনা লৈরমবদগী তেংপানবা মপূনা নাউব্রা অঙাংবু তাহলবীরে অদূবূ "নাহূং-নারেং তমবা" কৌয়ে। তেংপানবা মপূনা নাউব্রা অঙাংদা শিদবা কোলোয় মিংলেল-মিংথৈ অথোয়ববু শোললো। নঙ্গী অথোয়বা পুনসিগী লোয়নগদবা নরন্রে। "হুংঙা" হায়বা মিংলেল, অসীবু কাউগন্থু হায়না তাক্পিরে। অদূগা নাউব্রা নঙ্না চংকদবা লমবীদী মালেম নমা লইমগী মতম্পাক্তা রায়থূঙ্লূগদবনে। নাউব্রা নঙনা হৌজিক

.. .. . ..... ... ..... ........................................................................................ ... ... ........... ......................

(৫)

লৈঙম্লে। লাইজ ঈশিং কোম, অনৌবঙম্‌য়ে চাংচৌ চোন্না লৈয়ে। খোং অহুগী মপান্দা সনাগী ফান্তেং অনী লৈঙম্‌য়ে। সনা ফান্তেং মথক্তা হয়ি হয়া অনীমা লৈঙম্লে। লাইজ ঈরোল্-হুংদা হয়ি হয়াগী মমি অনীমা তাহুনা লৈয়ে। হয়ি হয়া অনীবু উব্বদা লাইয়িংথৌ অশীবা লাইনা নীংখল্লক্লে। "হয়ি হয়া অনীশু লৈঙম্লে। থৌরম, করম্বনো পুরুম্লগে" হায়হুনা চঙ্শীন, নোংদা হয়ি শিদবনা কোলোয় রাহোম্লক্‌য়ে; "হে পারী ঙম্বল্লো। নঙ্না পুরুম্ নোং নংতে। কোলোয় রাহোম্গে তাও। তাইবঙ্-সিদি হন্দোক্-হন্জিন্ তৌগদনে। নঙ্না শীংকুম্লগা তাইবঙ, হল্-রাই নোংদদি পারী নঙ্না শাংকদনে। নঙ্না শীংকুম, এনদি শাংকদনে। পারী নঙ্না পুরুম্ফরোই তাও। য়াইবী থরায় অসিদি মাগী মাগী শাগৈদা হন্গদনে। মপাল্-লাংগী হয়ি হয়াসিদি পুরুম, খাজংবা য়াই। মুংগীসিদি পুরুম্কদেয়ে. ঙম্বন্রো। থৌরম অমস্থুং রাহোম্গে; হয়েং নোংদা তাইবঙ, মুংজানা মপারী শীংকুম্ নোংদা

লৈরিবা অদ্‌দী অৱাং কোরৌ অৱাঙ্‌বদা লৈরিয়ে। অদ্‌দী নঙ্‌না চংকদবা লমবী নংতে; কোকপী লুরেল অদ্‌না ৱাবা লমবীরোমদা চিংথহ্নুনা নাউৱা নঙ্‌বু লুনাউ ৱোনথখিরো' হায়না তাকপিরবদা। নাউৱা অংগো অদ্‌না কোক্‌পী লুরেল্‌না ৱাবা লমবীদা চিংথখিহ্নুনা ওন্‌থরক্‌লে, চিংথরকলে হায়বগী লোইদাম, থাজ অদ্‌গী কোলোয় মিলেল্‌বু ৱাবা "ৱাক্‌চিং" হায়না তেংথানৈয়ে। নাউৱা অংগোনা লুনাউ ৱোইরক্‌লবদা, তেংপানবা মপ্‌না. "হে—নাউৱা অংগো-ও! মালেম মথোঙজীনদা লোইদাম থাবুম অমা চ্‌প্‌না "হুংঙা" মিংলেল্‌ অথোয়ববু শোল্‌লহ্নুনা ফাইহ্নুনা লৈগদবনে" হায়না নাউৱা অহ্নুনা লেলখিবা লোইদাম্‌ থাজ অহ্নুগী কোলোয় মমিংবু ফাইরে "ফাইরেল্‌" হায়না কৌয়ে।

(৬)

ঈপল্‌ অরীবগী লাংওল্‌নে হায়বগী পারী হায়না তেংথা মিকপ্‌ নোংনে। নুপী শীংকুম্‌লাগদি পল্‌লেম্‌ ইমানা হল্‌ৱায় নোংনে হায়বগী ইমোম্‌বু হায়না তেংথা মিকপ্‌ নোংনে পারী ঙম্‌পল্‌লো। হে পারী অশীবা! নপন্‌ ঐনা থৌতিক্‌পিগে, নপুক্‌ লেপ্‌না তাও-ও। নপন্‌ ঐনা পল্‌লেম্‌গা অনীগী ইমি লাইজ-মুংদা তারিবসে শক্‌তম্‌ মতৌ য়েংলগা তাইবঙ্‌ নমু পোংওইববু শারো কায়হন্‌গনে।" হায়না [illegible] থৌতিক্‌ নোংদা। অশীবনা লাইজ ঈরোল্‌-মুংদগী মমি অহ্নুবু য়েংহ্নুনা নমু তাইবঙ্‌ অনী শেম্‌লে। তাইবঙ্‌দো অশীবা লাইনা থোক্‌লসে হায়না থেম্‌ববুদি (অনীদো) হোয়য়ান্দেয়ে। অহ্নু নোংদা অশীবদা ৱাহোম্‌লে; "হে পারী লাইমিংনা তাইবঙ্‌ পুকাদনে; নপন্‌ লাইমিং তাক্‌পিগে, লাইমিংনা হোয়য়ে" হায়না শিদবনা লাইমিং তাক্‌লে। হোইরৌ তৱক্‌ তাক্‌লে। অশীবনা হোইরৌ লাউরক্‌লে। তাইবঙ্‌ অনীদো য়াংগোইশে হায়বা য়াওম্‌দরে। অহ্নু নোংদা হয়ি শিদবনা ৱাহোম্‌লক্‌য়ে; "হে পারী অশীবা! তারো; তাইবঙ্‌ অনী

ফাইহুনা লৈরুবা অদ্না লোইাম থাবুম অদ্মা শুরবদা তেংপান্বা মপ্না "হে—নাউরা অংগো! নগুদী লোইদাম থাব্ম শ্রমতা মগুায়রে" হায়না তাক্পীরে। অসীবু হে—পারী ল্রাং কুরুম লইকোয়বা! অস্মনা পল্লেম্ মমাগী পিপ্ক-মুংদা লোইদাম্ থাব্ম খুদীঙ্গী তেংবানবা মপ্না ঙাচক্কী মশক্ মতৌ রোই, হঙোই তাংশাংগী মশক্কুম্, য়োংগী মশক রোইনা অস্মনা শেমবী শাবীরকতুনা থাজ তরা মপ্ঙ্ ফারবদা তাইবঙ্, শকতম্ রোয়রক্পা অসীবু শারোল তরা হায়ন কোয়ে ॥৪॥

(৭)

অসিদি কেথোক্পনে, য়ারা খোন্থাং হাপ্না নাইনা লাউ ও" হায়ডৈদা। অশাইডৈগী হোইরৌ তরুক্তো শৈহো-শৈথা নাইনা লাউরক্লে। "অহোই রৌনা হোইরৌ হোইরৌনা, হোইরৌ হোইরৌ হে নগেদা, লাইয়িংথৌ হোইরৌনে হয়ুম।" অসি লাউবদা লৈমরেল্না মপান্দা হয়া খুম্খরে। আ হয়ানা, হয়া হয়ানা, হয়াহে নগেদা। য়োইপুপি হয়ানে সেসম্॥" অশুম্না অশীবনা হোইরৌ লাউহদা অনী থোরক্লে। অহু নোংদা মপান্দা লৈমরেল্না হয়া খুম্লক্লে। অশুম্ তৌঙম্ নোংদা তাইবঙ্ অনীহু খোঙ্শাল্লে। মিতম্ অনীসি অশীবনা পুহনা হয়ি শিদবদা কৎলে। তাইবঙ অনী অদো শাবী শানৌ ওইহল্লে হয়িনা। অসিদগী থরায় নিংশাপাল্লিবা মথং মথং লথা মরীফু মরী শেম্লে। শেম্বা লোইহনা মা-মাগী পুন্সি পীগে নীংলে। হয়িনা অশীবদা রাহোম্লে, "পারী অশীবা তাও, হয়েং নোংশীং অমদি খোইয়ুম্, লাইয়ামশিং পাউজেল-ও! হিংলি পাল্লিবা খৈবীক্সুং পাউ-তাক্-ও, পুনসি চেঙ্জেল, পীরসে। অশীবনা লাইপাউ চেল লে, পাউতাক্লে। অহু নোংদগী লোইবী সনা পালং চীঙ্দা ঙম্না তিল্-লরে। তালা অংন্বা, পামেল্ চাউথোইবা মখোঙ্-খাদা খোইয়ুম্ লাইয়াম্ তিল্লে। হয়িনা সনাগী কান্তেংদা ফম্লগা লৈরিবা

হয়ি কোললোয়্‌বী. নাউব্রা বূরা বূকোং য়াঙ্‌না পল্‌লেম্‌ থরই কূম্‌পা। নাউব্রা থিঙেল্‌ য়ানম্‌খায়্‌, হে তেংপান্‌বা মপূ হিংচা য়াইতম্‌বা. ঙা শরোয়্‌ মালেম্‌ চা মকোয়্‌ ॥৫॥

হন্‌দোক্‌পা :—

"পারী কুরুম্‌ লইকোয়বা, হে—নাউব্রা ! নাউব্রা অঙাং অদ্‌না লোই-দাম্‌ থাবূম্‌ তরা অদ্‌না শুব্রবদা, তেংপানবা মপূগী কোলোয় মপাউথোলবু নাউব্রা অংগোদা পাউমেললক্‌ই ; "হে—নাউব্রা অংগো-ও ! হৌজিক্‌তি [illegible] থাবূম মশীং শুরকলেদো, তাইবঙ মালেম অঙালবদা [illegible] অসীবূ কাওখরো। নাউব্রা নঙনা কাওব্রবদি পললেম নমা পোকমাবী অসীবূ

(৮)

থৈবীক্‌পু কৌঙম্‌লে। মানা মানা পাম্‌বা কুমশীং নিহল্‌লে। য়েন্‌বীরে। হয়ি শিদবা লাইনা পীবা পুন্‌সি ফংনরবদা. ওম্‌না মরাল্‌-য়ায়দা ওন্‌দেনরক্‌লে। য়াংলৌ লম্‌ম-খাঙ্‌দা পামেল্‌ তালা অঙন্‌বগী মখোঙ-খাদা তেরৌদনা কোলোয় পাউহংনরে। তাইবঙ, মীনা হংলে, "তাঙ্‌জ লিলাথি নঙ্‌গী নিরক্‌পা কুমশীংদি কয়া নিরক্‌পনো ? য়াহোম্‌বদা। হে পারী ও ! তাঙ্‌জ লিলাথিনা য়াহোম্‌লে. "ঐগী কুমশীংদি লৈতে, খোইয়ুম্‌ মখূবাক্‌তা নোংমল্‌ লৈতে তাও-ও। অহল্‌ ওইরগা ঈউল্‌ হুদোক্‌-হুদোক্‌ লৈগনি; নোংমল্‌ লৈতেয়ে। তৌইকিদি হয়ি শিদবনা য়াহোম্‌লক্‌পগীদি তাঙ্‌জ লিন্‌ নঙ্‌গী লায়নাদি শিরগা'না. তৌইকিতি নঙ্‌শে নমু

---

মথক্‌কিসি নংতবা মী শেম্‌বগী লাইরিক অমদা অশীবা সনামহিনা তাইবঙ, মী শেম্‌বা অহানবসি মী তরেং হান্‌না শেমদুনা পুথোকখি হায়না ইরম্‌বম্‌ থেংনজরি।

অমল্ থরই কুমলগনীয়ে (১) নঙ, থোক্লো, চংলো" হায়রবদা। নাউরা অংগোনা হীক্না হীক্না কপ্লদ্না হায়রকই; "হে—মপু শিদবা-ও! তাইবঙ মালেমদা থোকলো, চংলো হায়রিবা অসীবু হিংচা য়াইতম্বা, শারোয় ঙারোয় ফংতবা য়াম্না লৈ হায়না তায়য়ে। নাউরা রোইবা ঐদী থোকপা ঙমলোইয়ে' অস্ম হায়রবদা। তেংপানবা মপ্না "হে—নাউরা অংগো! নঙদী থোক্তবদি য়াদেয়ে। অদুবু করি তৌরগা কিরোইদগে, ঐঙোন্দা হায়য়ু" অস্ম্না তাক্পিরবদা। নাউরা অংগো অদুনা হায়রকই; "হে মপু শিদবা ও! নাউরা ঐনা মালেম, অকোয়বা অসীদা হন্না য়েংবদা অশুম খল্লুবদা য়ীবুঙগো নহাক্পু নংতনা ঐগী হায়বা করা হন্না লৈতেয়ে। য়ীবুঙগো

..................................................................................................................

(১)

তাইবঙশিংনা চৈপী তেমথেং নোংদা নোংমললো" হায়ঔদা। ঐনা কদৌ ফাংনদে হায়না হোয়য়ারিয়ে" হায়ঔদা।

অমরক্ তাইবঙনা য়াংগোই শামুদা রাহোমলক্য়ে;—"য়াংগোই শামু নঙদি পুন্সি কয়া নিরক্পনো" হায়না হংলক্লে। শামুনা রাহোম্লে,—"হে তাইবঙ! ঐগী কুম্শীংদি ১০০ (চাম্মা) পুন্-সিগে নিরক্য়ে" হায়না পাউখুম্লে। অদু নোংদগী য়োংদা তাই-বঙ্না অমুক্ হংলক্লে, "চোংখু য়োং নঙ দি চহী পুন্সি কুম্শীং কয়া নিরক্পনো" হংলে। য়োংনা খুম্লে,—"ঐস্থু চাম্মা" খুম্-লক্য়ে। অদু নোংদা খল্লুরগা তাইবঙ্দো য়াম্দবগী "ঐগীদি পুন্সি কুম্শীং ৫০ (য়াঙখৈ) দনি য়াম্মন্দে" হায়রনা মালেম, লৈদা ওন-থোইহনা তাইবঙ, তেংথা মীকপ্লক্লে। থরায় পল্লিবা খৈবীক্না নরাল, ঈরায়-য়ায়দা ওন্দেরসিদা হায়না থেম্ববু য়াদরে।

(১) অমল, থরই কুম্লগনীয়ে=শিরগনিরে।

মহাক্কা লোয়নন্না অঙাই তাইবঙ অহুদা থোক্‌লবদা নাউরা ঐদী কিরবোইয়ে" অস্‌ুম্‌ হায়না হায়জরবদা। মপ্‌ শিদবনা হায়রকই; "হে-নাউরা! করে অহুদী মঙ্‌গী শমু খুৎজেঙ্‌, পায়হুনা ঐনা মাঙ্‌ থগপা মাংলৌ লমজীঙ্‌বীগে, লাউ. চৎলশী; থোক্‌লশী' হায়নহুনা ভেংপানবা মপুনা নাউরা অংগোগী শমু খুৎজেঙ, লাক্‌না পায়্‌ননা খুথোক্‌শিরক লে। মালেম্‌ অঙালবদা ফাওরক্‌লবদা; তাইবঙ মপ্‌ শিদবদি মী, লাই ব্‌বা মাদবনা পোংথ্‌ অংগোগী শমু হক্‌চাং মুংদা ফিহুপ অহুম্‌মাদা থুপ না, তাশীননা লৈখবে। নাউরা অংগো অহুনা য়েংলকপদা অশায় মথইদী ব্‌রমমি, হৌজিকতি ব্‌খিদরে হায়হুনা লহান্‌ নোংদা ভেংপানবা মপ্‌ শিদবনা তাকপিরকপা কোলোয় "হুঙা" মিংলেল্‌ব্‌ তৎতনা শোল্‌লহুনা কৌনা কপ্‌লক্‌লে ॥৫॥

(১০)

ঙন্‌ন-থোইনা কপ্‌লে, কোরৌ নোংনা খোংবগুম্‌ মীকপ্‌লবদা। শাম্‌, য়োং অনীমক্‌না তাইবঙগী মতৌবু উবদা পায়মা মুংঙন্‌খিহুনা হ্রাহোম লক্‌য়ে, "হে তাইবঙ, মী অপঙবা' নরৌশিং লৈতনা কবি-মুংগী মীকপ্‌পনো, মীকপ্‌ চৈবংলোদা; ঐখোয় তাবদা মুংঙল্‌লে। ঐখোয় অনীসি নপুক্‌ তাও-ও। কুম্‌শীং ২৫/২৫ খাইবীরম্‌লগে" হায়দনা থেম্‌লে। শাম্‌না কুমশীং খাইরম দাইদা খল্‌লক্‌লে। তাই বঙদি চেংলৌ শক্‌ হেল্‌লী। ঐদি ইনম্‌ পোল লি। মাদি নীংঙু-নীংথি; কুম্‌শীংগু য়াম্‌বা খাইরগে নীংদনা, শাম্‌না হ্রাহোম্‌লে, —"হে তাইবঙ, মী তারো, শাম্‌ ঐ অসে ঈনম্‌ পোল্‌লে, চেং-লোম্ন থীমল্‌লে। নঙ্‌দি চেংলৌ নশক্‌ হেল্‌লে। নঙ্‌গা ঐগা মানুনা নোংদি তাও; ঐমু হুয়ায় শেংগোই নিক্‌পা ফবঙৈনে (১)

---

(১) হুয়ায় শেংগোই নিক্‌পা ফরঙৈনে—ঈকায়বা ফরগনিয়ে।

**মালেম্‌ চা মকোয়্‌, চাঙ্‌ঙু কোলোয়্‌ শারা শঙল; খমন্না য়াংঙ্‌না লইনা মম্‌, হয়ি য়ারেল্‌ লৃথং। মীঙ্‌নাকে লৈরেল্‌, শেরেল্‌, নায়োং নেলেল্‌, হয়ি লু শরী ॥৬॥**

হন্‌দোক্‌পা :—

"মালেম্‌ অকোয়্‌বা অসীদা চীঙ্‌ঙু নয়াথংনা চংলসি, থোক্‌লসি লাউ হায়্‌বীদুনা ঐগী খুৎজেঙ্‌ পায়্‌দুনা, নাউব্রা ঐগী য়ীমাঙ্‌ থানা লমজীঙ্‌বীরক্‌পা নংতবরা ? ঐ লৈয়ে, নঙ্‌বু ঐনা শেম্‌বীগনী। হে—নাউব্রা ! ব্রাগন্‌; হয়ি মিংলেল্‌ অথোয়্‌বা শরী ব্রাশক্‌ মশক্‌ খঙ্‌না চংলো হায়না তাক্‌পিরগা; হৌজিক্‌তি কদায়্‌দা মাঙ্‌থোক্‌খরে;

(১১)

চানন্‌শে। নঙ্‌গী কুম্‌শীংদগী অমা হেল্‌লক্‌পা ৫১ ( য়াঙ্‌থৈ মাথোই ) শুবদগী হৌনা নখ্বাঙ্‌ নাদনা ঐগী কুম্‌শীং ২৫ ( কুম্‌গা-মঙা ) সে ননম্‌ পোল্‌লো। নঙ্‌শু নম্‌ পোল্‌লো। ঐস্থু কুম্‌শীং খাইবীরগে" হায়ঙৈদা। তাইবঙ্‌ নমুনা খল্‌লে, "কুমশীং পুন্‌সিবু ফংলবদি পোল্‌লগে" নীংথুনা, হায়রক্‌য়ে;—"হে শাম্‌-ও ! ঐদি শমু ঈনম্‌, পোল্‌লগে, পুন্‌সি কুম্‌শীং খাইবীরো" হায়রে। শাম্‌না কুম্‌শীং ২৫ (কুন্‌গামঙা) খাইবীরে তাইবঙ্‌ মীদা।

অহু নোংদা য়োংশু তাইবঙ্‌দা ব্রাহোন্‌লক্‌লে;—"হে তাইবঙ্‌ মী ! তারো; শাম্‌গী কুম্‌শীংনা লোম্‌লক্‌পা, ঐগী কুম্‌শীং হেক্‌ চঙ্‌লক্‌পা মতম্‌দগী হৌদুনা ঐগুম্‌না নউন, থুইবা, চেংলৌ শক্‌থীবা ওইবসি কম্‌দোই। য়ারবদি ঐস্থু নঙ্‌ঙোন্‌দা পুন্‌সি খাইবীগে হায়্‌ৰৈদা, তাইবঙ্‌ মীনা য়াহুনা চহী কুমশীং ২৫ (কুন্‌গামঙা) খাইবীরে। অশুম্‌ তৌবসিবু চয়িনা উরদনা য়াংগোইরক্‌লে।

কদায়, !" হায়না নাউরা অংগো অদুনা খূদুম্ শীঙ,না মপ,গী খুৎজেঙ, পায়,বগুম্ নাউরা থম্মোয়, থীৎনা কপ,লক্লে। হে—নাউরা লই-কোয়,বা! অস্মনা তাইবঙ, মপ, শিদবদি শমু হক্চাং-মুংদা লৈখিয়ে। মরম্ অসীদগী লোইদাম, থাজ অদুগী কোলোয়, মমিংবু লম্দা তারে "লম,তা" হায়না তেংথানৈয়ে। মরম্ অসুম,না হওরক্তুনা পোক্পা হায়বা অসীবু তেংপান্বা মপ, মহাক্না কয়া রানা, মতম, চঙ,না শেম,বীরক্পনো ? ঐগী হওরকফম, শাৎফন্ খঙ,দবা মীদি মী কোদে; কাউরেল্ যণগী মমইগা পান্দম,নৈয়ে। মী অফবা, মী অথোয়্ মীহেন,বনা ঐ অসীবু কদায়,দগী হওরক-শাৎলক্লিবনো হায়না তেংপান্বা মপ মহাক,পু মশক, খঙ,নবা অহীঙ, মুংথিল, অনীমক,তা অকাওবা লৈত্তনা

(১২)

অহু নোংদা হয়িনা রাহোম,লে,—"হে তাইবঙ, তাও-ও! লানদা নোংদি কুম,শীং ২০ (কুন,) হাপ,পীরগে তাও। ঐগী কুম,শীং ফং-লক্পদা নাউরাগুম্ লোনদৈও, পেং চোইও" হায়না কুম,শীং ২০ (কুন,) খাইবীরক,লে। অহু নোংদগী মখোয় মখোয় ভম,না য়াং-গোইরক্লে। অসি তাবদি লঙ,জরম,বা কোক্য়ে। নোংমল, নোংদা খোইয়ুম, লাইগী লৈপাক্তা হয়ি হয়া অনীমক্না পুবীগদবনে। মখোয়, ভম,না মাগী মাগী মরাল,য়ায়দা ওন,দেরক্লে। কুমশীং অমা পাল,-লবদা চাউখৎতে। অহু নোংদগী চীঙ,ভু, হাল,লেল, হন,বনা রাহোম,-লক্লে; মপারী অতিয়া খোঙ,হৌ অহান,বদা; "হে পারী ও লাও, নঙ,দি হাওরৈ খা পাংবা পালং থোইখোয়বা রাংমদা অমম,বা খোং-লেল, মপান,দা পাল,লম,লু-ও পারী-ও। অমম,বদা রায়েল,-ও, অঙাল, বদা। থোদারু ও। কম,পোং খারম, পাৎতা রাতেম,-ও, থাঙ,কা লাইরম, পাংপু রাহল,লুও; থরায় পান,বশিংগী কইফ,ম ওয়য়ো, লোক্সিললো

থিনরিয়ে। মরম্ অসীবু লাইনীঙ্বা থাক্ অরাঙ্বা হায়্বা অদু অসীবু কৌবনে। অসীবু লৌশিংনা, রাখন্না থম্মোয়্, মইরা থাংগৎতুনা লৌশিংবা কাঙ্বূশিংনা মরম্ পূম্নামক্তা থিনরিয়ে ॥৬॥

**নীঙনাকে, হে চক্ কারসি, মালৎ, লাইচা, থাম্পী, অতিংকোক্, অতিংথম্, অতিয়া, শনু লইনা থম্না সনা ঙাল্লে চা মকোয়্ ॥৭॥**

হন্দোক্পা :—

**"পারী কুরুম্ লইকোয়্বা!** নূরাং নহাক্না খোইয়ুম্ লাইবু নীঙ্বা হায়্না হংলিবদো, হাক্কা মান্ননা খোইয়ুম্ অথোয়্বা লাইবু থিজবদি মালেম্ অসীদা কনাবু লৈরম্গবনো? পারী নঙ্গী নমিংবু

(১৩)

কোলোয় মিংবু থোঙ্ঙারেল্ রায়েল্বা কৌরগে। তাইবঙ্সে অঙল্-অথেং য়েংনা লোক্-ও হায়না শিন্নরে। অনেম্-অরাং য়েংও, কো-লোয়্ মিংবু রাংরেন্ কৌঙম্লুপে। মালেম্গী সেক্নীংদা লৈফু রেল্ নঙ্না থরায়্ পান্বশিংগী কইফম্ ফম্বী মরু পীরো, ফৌদি পেক্ফম্ ওইরো" শিন্নরে।

"কোঙ্য়াং রাপিহল্ নঙ্না কইফম্দগী মরু হোল্লো। অথেং অঙল্ য়েংনা থরায় মরু হুল্লো। পারী নঙ্না মালেম্ লৈথা নুংদগী পুরক্লগা লোইদাম্দা শিন্নৌ-ও। লোইদাম্ নঙ্না থরাল্মিচাক্তা শিন্নৌও' রাহোম্লে। অদু নোংদগী মহী সনা-রেল্দো মালেম্গী সেক্নীংদা ইন্দান্থিরে; লৈফুরেল্ শিদবীগী মনাক্তা চঙ্থিয়ে। লৈফুরেল্দা কোঙ্য়াঙ্ চৈনা মালেম্ লৈদা পক্না তাবগুম্ অশীবনা পুরুম্লবগা লৈমরেল্ শিদবীগী কোলোয়্ ময়াথং ঙাইদনা লৈঙম্লে! অদু নোংদা লৈমরেল্ শিদবীনা মপারীদা

মালেম, কোয়,না খোইয়ুম, লাইবু খিজেয়ে হায়বগী "কুরুম, লাইকোয়বা" কৌবনে। লাইনীঙ পরই চেংচবা ঙম,মি হায়বগী "মালেম, খোঙ,গাও" কন্‌বা হায়না কৌবনে। অদুবু পারী নঙ,না মালেম, অহাঙ,বা অতিংকোক, অতিংখম, য়ীকোক, কোক,পা, য়ীখম, খম,বা, অতিয়া য়ীহাঙ, হাঙ,বা অসীদা করি লৈবগে য়েংও, হে—লুরাং ?"

মঙাং লাইনীঙ,হন্‌বগী মরা তাবদা লুরাংনা হায়জরকই; "হে—পন্‌থৌ! অসীদী য়ীকোক, কোক,ই, য়ীখম, খম,মি য়ীহাঙ, হাঙ,ই করিস্থু রাবা ফংদে।

মঙাংনা হায়রক,ই—"য়ীঙাঙ, ঙাঙ,না, য়ীঙাল, ঙাল্‌না কোরৌ থক,তা থোক,লিবা মালেম, অকোয়বা অসীবু ঙাল্‌হল্‌লিব মুমিং পৃঙ,-কোয়, অসীদী রুবরা ?"

...........................................................................

(১৪)

রাহোম,লে;—"হে পারী! নঙ,বু কদৌ নোংগী খোঙ,শাল,লক্‌পনো ?" অদু নোংদা মহাঁরেল,না রাহোম,লক্‌য়ে, "হে পল,লেম,-ও! নপারীদি তাইবঙ, মরু লৌজগে লাক্‌পনে" হায়ৈদা। লৈফুরেল শিদবীনা চনীং লৈখৈদগী মরু চারীদো হংগাম, মরু মরম,দং লৌথোরক,তনা শিন,নরে।

অশীবনা তাইবঙ, মরু চারীবু পুঙম,হুনা লোইদাম, থাদা থমলুরে। লোইদাম,না মাগী-মাগী পোক,কদবা থরান,মিচাক,শিংদা অমুক শিন,নরে। থরানমিচাক্‌না খোংজোম,নুবীদা শিন,নরে। খোংজোমনুবীনা ওকপুরোইদা শিন,নরে। ওক্‌পুরোইনা তাউহুইরেংদা শিন,নরে। তাউহুইরেংনা মহৈ মশিন, তাক্‌পিরে। লহাল, মপোক্‌কী মহৈ হৈবদি অসিনে থঙ,ও। তাউহুই-রেংনা মশিন, তাক,পিবসিনা লাংলম, তরেংতা শিন,নরে। লাংলম, তরেং অসিনা শজীক,তা শিন,নরে। শজীক্‌না থাবাদা মরু চারীবু পিদনা

ৱায়্‌থূঙ্‌ ফম্‌বী(১) খঙ্‌দবনা নোংমন্‌খিবনে(২)। পল্‌লেম্‌ মমাগী য়ীনূঙ্‌ শীন্‌য়োম্‌-মুংদগী(৩) তাইবঙ্‌ মপূনা নাউৱা খোয়খাউলীদগী হৌনা কোলোয়্‌ মিংলেল, অথোয়্‌ববু পল্‌লেম্‌ পন্‌থৌ মশক্‌ খঙ্‌-ও; অথোয়বা নর্‌লনে হায়্‌না পাউতাক্‌পিরক্‌পনে। অদুবু সনা লল্‌থোই তান্‌গে হায়ড়ুনা ৱাক্‌য়ৈ হিপোং শেম্‌না(৪) তাইবঙ্‌ লল্‌ৱোল্‌ হৈত্তবনা

(২৩)

শাংপা ইয়েল্‌লৈ চিল্‌নাদনা কেন্‌গদবা পামুইদা। মালংবনা খোঙ্‌দোয় হুন্‌খিবনা লৈরাং লৈমল্‌ চল্‌হৌরেদো ; লৈহৌরোকো মুংশিবা হক্‌চাং। ঐ না লৈরিঙৈ, মতম্‌দদি শাবী-শানৌ পল্‌লেম্‌-পন্‌থৌ মুংশিনরম্‌মি। হক্‌চাং নঙ্‌গী পোলাংদগী ঐনা থোক্‌খিবা মতমদা, মুংশিবা মমী শাম্‌খ্রনি, অকী-তুজুং-নহৌরনিদো। শাবী-শানৌ পল্‌লেম্‌-পন্‌থৌ অরেম্‌বা মালং ঙাক্‌তনি। লৈহৌরোকো মুংশিবা হক্‌চাং ঐদি মপূ নাক্‌তা য়ৌথ্রগে" অসুম্‌না তেংবান্‌বা মপূনা তাইবঙ্‌ হক্‌চাং পোলাংবু শোল্‌লক্‌পা মতম অসিদা, তাইবঙ্‌ হক্‌চাং পোলাংনা খোইয়ুম্‌ মহাক্‌পু ৱাংলেল্‌ ঙাইহাক্‌তং উজবা ফংই, হে পারী লৈকোয়বা। মতাঙ্‌ অসি য়ৌরক্‌পদা তাইবঙ্‌ হক্‌চাং অহুনা থক্‌তা লৈরিবা পনম্‌ য়াই-বীরেল্‌বু কোরৌ থক্‌তা ওন্‌থংলহুনা য়েংজরক্‌ই। মসিদা অমাইবনা মীংয়েং সোয়রে হায়; মীংলাং সেম্‌হৈদে পারী লূৱাং।

মপাল্‌-লাংদা তাইবঙ্‌ শমু হক্‌চাংবু পুথোরক্‌পনা নাক্‌থা য়ৌরে। ইচুম্‌ তাবী য়ৌরে। অহুদা থরায়গা, হক্‌চাং পোলাংগা কায়্‌নরে। তাইবঙ্‌ ফাওরবদা নোংলৈ মুংশিং অমা লাক্‌তনা লাইবক্‌

(১) ৱায়্‌থুঙ্‌ফম্‌বী = পন্‌থুংফম্‌। (২) নোংমন্‌খিয়ে=মুমিং অহুদা মম্‌খিয়ে, শিখিয়ে।

(৩) য়ীনূঙ্‌ শীন্‌-য়োম্‌-মুংদগী=নাউয়োম্‌-মুংদগী।

(৪) ৱাক্‌য়ৈ হিপোং শেম্‌না=হিপোং ফানবা শেম্‌না।

পাথৌ মরূপ, তিন্দা, অহন্-লমন্, মনাক্ ফম্দনা হিজন্-হিরাউ হৈরুদবনা(২) লইকু-লইরায়্দা খম্খেং য়াম্বনা রাকয়্রে হি রূপ্নচুনা মতোম্ মাঙ্জৈয়ে। চীঙ্ঙ্ লাইরীক্ হৈতবা মীদি মাঙ্লী-তুংলি মপা মপ্ খঙ্লুদে। হইরাঙ্ য়াম্না পান্বনা মালেম্দা মরু লুক্পনে। লৈরাং য়াম্না শাংপনা খোইমু য়াম্না খিল্বনে। অদুবু

(২৪)

খেল্লাই খোঙ্দা লৈঙম্বা পনম্ য়াইবীরেল্দি কোরৌদা পুখংখিরে। হয়ি লাই মরুদা তিন্খরে। অদু নোংদগী খোয়দৌ মখা খ্দোল, অনী মখাদা লাইজ ঈদা লিন্তাউরেল্গী শয়াঙ্-থক্তা য়াতাবা কাং তোংলক্পা লাইয়িংথৌ হন্বদি মহি সনারেল্দা তিন্খরে। য়েংকি পাম্বোম্ মরু নম্শা থাফম্দা পুবা মুরা নিংথৌদি স সিদবা মালাংদা তিন্খরে। ওয়গী পামবোম্ মরুদা নম্শা থাফমদ্দা পুবা য়াইবী থংজিং নিংথৌ অপালবদি হো সিদবা খামপিদা তিন্খরে। মিহুল, প্মনামক্তি মাগী মাগী থোক্লক্পা লাইদা ঙম্না তিন্খরে। য়াইবীগা মীহক্কা খাইদোক্নাবদি "নাক্থানে", "লাক্থবু" কৌয়ে। লাবা নিংথৌ কৌবা খোঙ্গী খুজেং-খাদা পুবা মালেম্দগী য়াইবী অদুদি হক্তা লৈরিয়ে; মাতা মঙায়হৌরে। অম্মুম্না থরায়গা হক্চাংগা খাইনা-ফম্দো অশুম, মাঙ্য়ে হায়বগী মফম অদো "শুমাঙ্' কৌনায়ে খঙ্ও। মীহক্ (হক্চাং) অসি অশীথোঙ্ হায়বা নাক্থা অসোম্দা পুরক্পদা চোক্থ-নোংগী চীঙ্খৈ পাংবা চিথেক্তা চরৈ নান্থবা সেম্লে। অদু নোংগী চরৈ ঈন্শীল্লে হায়বগী "ঈন্খান্ফম্," হায়না কৌন-খিয়ে। অমদি "থেল্লোং"সু কৌনৈয়ে। তাইবঙ্ হক্চাং অশীববু থেন্দনা থম্লে,লোংনা থম্লে হায়বগী "থেল্লোং" হায়নসু কৌনৈয়ে। হাওরৈ খা পাংলক্লে। শুমাঙ্গী মৈরম্ পাংবা চিথেক্ য়োরক্লে।

---

(২) হিজন্-হিরাউ হৈরুদবনা=হিনাউ শাবা হৈতবনা।

লৈরাং লৈশক্ হোংদবনে। হইরাঙ, হইশক, হোংদবনে। নমু তাইবঙ, রোইবশিংদি পায়্মা প্ক্নীঙ্ রোন্বনে। লাংগোয়্ শগোল, লিংজেল, চুম্দববু কোক্চীন, চীন্বুলীনা(১) লাংগোয়্ শগোল, মরও চুম্খিবনে। মান্বী চীন্নয়ে কন্বা কাওরেল(২) মাবু পোংপু লেংলম, থোংনা খাল্লৈ লৌরাঙ, খোইরগা কাওরেল মপ্ক্ তেরক্পনে। নমু তাইবঙ,

(২৫)

শঙ্গী মন্ঙ্দা থম্লে। শুমাঙ, অতুদা সনা খ্দোপ, খ্ল্লে, শঙ্হুদা তম্ফানা থাম্বাগুম্লে হায়বগী "থান্ফম্" কৌয়ে। শঙ্দগী লোল্লোই(*) থংবা খরা চংথোক্পদো "খুনু মিশা চাম্বা মিরেল্ ল্ব্রাক্ চীঙ্" কৌয়ে। মফম্ অতুদা তাইবঙ, হক্চাংবু ঈরু-শাংদেঙ্লে।

পারী ল্বাং লৈকোয়বা! অসুম্না তাইবঙ, হক্চাং অসি লহান্-নোং চীঙ্ঙ্ অরুম্বা, খোইয়ুম, অঙাইবনা ফাঙৈদা হেদো নাহে চল্লক্পা চাদা থক্তা নোংগী চোক্থা-হুইথরক্পা অতুদগী হৌনা "খম্নুং কিকোই লৌওন্বী" না থেম্লক্লে। "তাউজিং চাও, শীঙ্ঙেল, চিল লো" হায়না থেম্লক্পবু ওমদবগী ইন্নারক্পনা শঙ্ ফাওবা ইননারক্লে। মীহক্ অতু পুরক্পনা শঙ্ য়োহনা থম্বদা 'লাবা নিংথৌ' থরায়দো মীহক্তগী থোরক্লে। পারী লৈকোয়বা! অসি ফাওবদা কিকোই লৌওন্বীনা থেম্লি। মতাঙ্ অসি য়োরক্পদা কোংবা লময়েংহনা লৈয়ে।

---

(১) কোকচীন্ চীন্বু লীনা = মকোক্কা মচীগদা পুল্লিবা চীল্বুল্না
(২) মান্বী চীনয়ে কন্বা কাওরেল্না = ষণ রাইগন্বা অঙাওবনা।

(*) লোল্লোই = খা সন্থোঙ্লোম্ (মোইরাং লাইহুি) থংবা মায়কৈ (লাইরেল্ শজীকৃতগী ইরেংবম্ ফাওবা, তোংজৈ মরীন্ সোরোক্কি ননীং মখৈবুসু "লোল্লোই" হায়না খঙনৈ)।

মীদী ব্লাচ্‌ম্ অনোন্‌বনা মচি লল্ মরু তান্‌ফংজবনে(১)। থক্‌কী য়েংনা ব্লারক্‌পা, খাগী য়েংনা ব্লাতেম্‌বা, য়াথং নীঙ্‌থীবনা ব্লা হায়নবা, ব্লুন্‌বী পৃক্‌নীঙ্ তপ্‌পা মীদী পুন্‌সি চেঙ্‌জেল্ লোম্‌না ফম্‌লেল্, লুতিন্‌দা মফঙ্‌জৈয়ে। চীঙ্‌ঙৃ লাইরীক্ হৈবনা খোইয়ুম্ লাইগী মমিং খঙ্‌নীঙ্‌বা, শমু মখোঙ্ তেক্‌পনা য়াংলৌ (২) লম্‌জেল্,

(২৬)

মতাঙ অসিদা মঙাং লাইনিংহন্‌বগী কোলোয় মপাউ অচেৎপশিং তাবদা, ল্‌ব্লাং কুরুম লৈকোয়বদি পায়মা ঈরৈ চল্‌লক্‌লে। মীৎস্না লাকা অনীমা লাইজ পিরাং ঈহৌরক্, থুংফাং অনী লোল্‌ননা মঙাং লাইনিং হনবগী মফমদা কোলোয় মপাউ হংজরক্‌ই; "হে পনথৌ-ও! ললহাম্-পৃঙ্ কৌরিবদি কদৌ নোংগী লৈবনো, মচা খায়না তাকৃপী ও।" ল্‌ব্লাং মপাউ তাবদা মঙাং লাইনিং হনবনা হায়রক্‌য়ে;—"ললহাম্‌পৃঙ্ চীঙ্ কৌবদি মপৃ লৈতবা শঙ্ অহুগা, থব্লায় য়াওদবা মীহক্‌কা(*) তিন্‌নাবা মচি লল্ পৃমনামক্‌পু হাম্‌লে হায়বগী "লল্‌হাম্‌পৃঙ্" কৌয়ে। শঙ্‌গী লুখুম্‌দা পৃঙ্ অমা থোন্‌হুনা লৈবদো শীংকুমবগী "লল্‌হাম্‌পৃঙ্ কৈথেল্" কৌবনে। অহুগী মনাক্‌তা কোম্ অমা তৌদুনা লাইজ ঈহৈবদো 'ললহাম্‌পাং" লাইজনে শীংকুম্‌বগীনে। অসিবু "নোংদম্ খোং' সু কৌনৈয়ে। শঙ্ য়ৌবদা মীহক্‌তগী য়াইবীনা থোক্‌লক্‌পদা খম্‌মুং কিকোই লাইরেম্‌বী চঙ্‌লক্‌তানা থেম্‌লারে মী-মী অহুগী য়ানানাবা থিহুনা মশক্ মশক্ শানা শাওল্‌লগা থেম্‌লক্‌ই। তাউজিং হৈরাঙ্ অহুবু নাউরাঙৈগী লিন্‌পি হৈনে হায়বগী—

* মীহক্‌কা=হক্‌চাং পোলাংগা।

(১) মচি লল্ মরু তান্‌ফংজবনে—মচি ওইরবা লল্ মরু ব্রোইবশিংবু তান্ ফংজবনে।

(২) য়াংলৌ=লমবী, শোরোক্।

চেননীঙ্‌বনে। চেক্‌লা শহুম্‌, পিক্‌পনা খোয়্‌মা লাংদোল্‌, পক্‌না পাইবনে। পোন্‌বী লাংলম্‌, খঙ্‌দবনা চেক্‌লা পোল্‌মুংদা লৈবগুম্‌ মান্নপ্‌পনে। পারী ল্‌রাং লইকোয়বা ! মই, য়ীশিং মুংশিং, লইপাক্‌, অতিংঙা মঙাবু লৈবনা তাইবঙ্‌না পান্‌বা ঙম্‌জবনে। অচ্‌ম্‌-অরাল্‌ খৈবীক্‌পু চীঙ্‌ঙ্‌ মঙামক্‌না মখঙ্‌লিয়ে ॥।১৪॥

(২৭)

"নাউরা পিরেল্‌, হৈ" ‡ কৌবনে তঙায় ফরোইদবনে ! মুজা ওইবীনা তনবা নীপা শাই। তন্‌বা নীপাদনা মুজা শানা থেমমি। নাউরাদনা পল্‌লেম্‌-পন্‌থৌ শানা থেম্‌লক্‌লে। শীঙ্‌ঙেল্‌, হমুরৈনা মতম তাউজিং শারে। লল্‌হাম্‌, প্‌ঙ্‌ কৈথেল্‌দা চাহল্‌-চিল্‌হল্‌লে। রাল্‌দেং শিংজু চারে। রাল্‌দেং শিংজুদি হৈশোয়নে।

তাও পারী লৈকোয়বা ! রালদেং শিংজু হায়না কৌবদি অমল্‌, শীংকুম্‌-নোংদা তাইবঙ্‌না হৌনবী মথৌ য়াংগেন্‌বদা(*) শঙ্‌গী লুখুম্‌দা কৎপা হৈশোয়বু 'রাল্‌তেং শিংজু' কৌবনে। অস্থুম্‌না খম্‌মুং পাউ-তাক্‌, ফংলবদা থরায়না লাক্‌পদা খম্‌মুং কিকোইনা থেম্‌লক্‌পদি মুংওল্‌লে। পারী ল্‌রাং লৈকোয়বা ! নাউরাগী রাহোম্‌গে। নাউরাশিং পল্‌লেম্‌, মমা শাত্নুনা খম্‌মুং কিকোইনা থেম্‌লক্‌লে; "পারী ইব্‌ঙ্‌ঙো, ইমোম্‌ লাংলেল্‌ ইবেম্‌মা-ও" হায়না নাউরা খ্‌জেঙ্‌ পায়না তাউ-জিং নীংথিবা পী; শীঙ্‌ঙেল্‌ লৈরাং চ্‌নাববু চিল্‌লো, চারো" হায়না থেম্‌লে। অদুবু চাদ-চিন্‌দা নোংদি তাইবঙদা হন্‌বা য়াগদবনে। অদুবু চারু-চিল্‌লুরবদি খম মুং পাউখোল্‌ ফংলদুনা তাইবঙ্‌দো শুম্‌-হৎলে। অদু নোংগী কিকোইনা নাউরা খ্‌ংজেঙ্‌ পায়ররে। 'পারী ইব্‌ঙ্‌ঙো নঙ্‌বু, ইমোম্‌ লাংলেল্‌, নঙ্‌বু লাও, পল্‌লেম্‌ ইমাগা

‡ নাউরা পিরেল্‌, হৈ = অশী হৈবোঙ্‌।

* মথৌ য়াংগেন্‌বদা = পোৎলোয়বদা।

**হে চক্ কান্নসি, ঙাঙোই হইনা শারা শংঙল্ হয়ি কোলোর, লৈখোং, নোংখোং চা মকোয়,, কোরৌ অনাচি শিতবা, থাপী, থাপা, ব্‌খ্ ব্ফোং, মালেম,, শারা শংঙল্ ॥১৫॥**

হন্দোক্পা :—

হে—ল্‌রাং লইকোয়্বা ! অসীগী মত্‌ঙ্দা মঙাং নঙ্না হায়্গদবদি কোরৌ অনাচি হয়ি শিদবা মহাক্কী নোংদম্খোল্না কোরৌ মালেম্

(২৮)

তারা চাদ-নোং লাইজ থক্তাবগী পায়মা নপ্ক্ লাম্লারিগনি। ইমাগা তারা চাশি, লাইজ থকুউ; শীঙ্ঙেল্ নীংথিবা লৈরে। তাউজিং ফজবা চাও" হায়দনা নাউরা নাউথেম্লক্পদা; নাউরানা লহান্-নোং হৈরাঙ্ নাহে চল্ঙৈ, তৌরাঙ্ ফক্চা-নরক্লাবদা তারা চাদা, লাইজ থক্-লক্তাবগী অরাম্-খৌরাংবনা খম্নুংনি হায়বা খঙ্খিত্রদুনা তাইবঙ্ পল্লেম্ ওইরবোই নীংদূনা চান্ন-চিল্লুরে।

অসুম্না খম্নুং পাউখোল্ ফংলবা মতমদা কিকোইনা 'ইমাগী ইব্ঙ্ঙো ! লম্দম্ তাম্লবা অসিদবু কদৌনোংগী য়াংগোইরক্পনো ? ইচাবু রাররিগনি; ইমাগা মোংবা ঈরাল্-য়ায়দা চংলসি লাউ" অসি হায়না নাউরাগী খ্জেঙ্ পায়না থেম্না থেম্না পুরক্লে। অসুম্না তাইবঙ্গী থরায় ফাবদি 'লল্হাম্প্ঙ্' দা ফায়রে। তাইবঙ্ থরায় অসি ফারে, হন্বা য়াররোই হায়বা খঙ্লবা মতম্দা লাইরেম্বীনা শিরিবা থরায় প্ম্নামক্কি মফম্দা রাহোম্লক্লে; "হে তাইবঙ্শা ! ঐসিদি তাইবঙ্গী নশানৌ নংতে। নথংলেল্ নমান্ নংতে। পল্লেম্ নংতে; পন্থৌ নংতে; শাবী-শানৌ নংতেয়ে। ঐদি খম্নুং কিকোই লৌওন্বী হায়বা লাই অদুনে। নখোয় অসে অমল্ শীকুম্লাবনে। তাইবঙ্-পান্দা হন্বা য়াররোইয়ে। হে নাউরা ! ঐদি চংলগে লৈহোরো,

অনীমক্পু রোইনা লৈরিয়ে। মুমিং লাইয়িংথৌ, থা লইমরেল্ শিদবী থরাল্মিচাক্. শজিক্. থাবা রোক্পুরোয়্. তাউহুইরেং অসীগা লোয়্ন-হুনা লেঙ্‌ব্রবা. মাঙ্‌ব্রবা, শিদবা রোইরহুনা কোরৌ থক্তা পাল্না লৈরিয়ে। চুমদবা, নৎতবা থৌরম্দি তৌফরোইয়ে; খোইয়ুম লাইনা য়াদে;

.....................................................................................

(২৯)

তাইবঙ্. পান্গী নমা নৎতে; পল্লেম্ নমা থিহৌরো” হায়দুনা পাউমেল্লক্যে। অসুম্না নাউরাশিংনা খমহুং কিকোইগী ব্রা তাবদা অকী প্ক্নীং চঙ্না কোয়না কোয়না য়েংলক্পদি তাইবঙ্ মীয়াম্ শীংকুম্লক্পব্ উঙম্লে, পারী লূরাং লৈকোয়বা।

অতু নোংদা নাউরাশিংনা অহন্শিংদা কোলোয় রাহোম্লক্য়ে; “হে পল্লেম্ মান্বীখোয় ! ঐব্ পোক্পী পল্লেম্ব্ য়াওরিবরা ? য়াওদ-নোংদি পল্লেম্গী লৈফম্ তাক্পীগুগবা ?” অতু নোংদা অহল্-শিংনা নাউরা খোনজেল্ তাবদা মীৎয়েং শানখৈরে। নাউরাশিং অসিদি নহাল্-নোং হৈরাঙ্ নাহে চল্‌ঙৈদা খোইয়ুম্না পুবা য়ানানবা তারা চাহনদবা লাইজ ঈয়োংতনা শোল্হল্-লক্পগী, অমল্ শীং-কুম্লক্পগী, য়াংলৌ লম্দাঙ্ শাংনা য়াংগোইরক্পগী লাইজ ঈথৌ-লাং, খোম্লাং ঈখৌ লাংলক্. তিল্লাং য়াঙ্দা পক্, শাম্বা পাংগল্ শোন্খ্রব-শিংনা খম্হুং কিকোই হু'ওন্বীদা রাহোম্লক্লে; “হে পল্লেম্ ইমা ! ঐখোয়বু খোম্লাংশু লাম্লে। চাদ-থক্তা নোংগী য়াংলৌ লম্দাঙ্গা শীংলক্পনে, রাবনা হক্চাং পুবা ঙম্দরে; খোঙ্-কাপ্ নাউরৈ থাংবা ঙম্শিন্লক্তরে। পল্লেম্ ইমা অপোক্পীগী লৈফম্ খরা তাক্পীগুগবা ? খোম্লাং খরা থক্চগে।”

হে পারী লূরাং ! অসুম্না লাইরেম্বীগী মফমদা নাউরানা হায়জক্লববু খম্হুং কিকোইনা রাহোম্লক্য়ে; “হে নাউরাখোয় ! হৌজিক্তি তাইবঙ্গী লম্দাঙ্দি মৎহৌরে। তাইবঙ্-পান্গী

চীঙঙ্ লাইনা মশাওক্তৈ। মরম অসীনা অমম্ অঙাল্‌বা হায়না থায়্-দোকতুনা খ্‌দম্‌চাংদম্ খঙ্‌জনবগী থায়বীরিবনে। মরম অসীবু য়েংনা মাঙ্‌লি-তুংলি খঙ্‌না তাইবঙ্ থৌদাং মপৌ রোইনা চংকদবনে। চীঙঙ্ লাইগী লইপাক্ হায়বা অমা তোপ্‌না লৈবা নৎতে। অঙাই তাইবঙ্

(৩০)

পল্লেম্ নমাগী লমদাঙ্‌দি তাক্‌পা য়াবরোই" হায়রম্‌লগা কিকোই মুংওন্‌বীদি শান্‌থ্‌প্‌খিরে। অতু নোংদগী নাউর ওইবশিংদো অরাম্ খোরাংবনদি হেন্‌ভিল্‌লক, তৌনিংঙাইদি লৈরক্‌তা, তবঙ্ মালং ওইনা পল্লেম্ মমা অপোক্‌পীপু থৃলাম্ তোয়না কৌতুনা কপ্‌না কপ্‌না কোযয়েং য়েংলক্‌পদা, অহল্‌শিং অমল্ শীংকুম্‌বগী য়াইবীশিং ময়াম্ চৎপর্ উরক্‌লে। অতু নোংদগী নাউরাশিংনা পল্লেম্ পন্‌থৌ য়াওবরা য়েংগে হায়দুনা অহল্ মীয়াম্‌লক্‌তা চেন্‌শীন্-জরক্‌লে। অতু নোংদগী নাউরাশিংনা রাহোম্‌জৈ; "হে পন্‌থৌখোয়! তাবীয়ু। নাখোয়গী নরক্‌তা ঐখোয়গী পল্লেম্‌বু য়াওবিবরা তাক্‌পী-য়ুগবা? ঐখোয়বু পল্লেম্‌গী খোম্‌লাং লান্‌বনা লাঞ্জ ঈথৌ লাংলেদা" অসি হায়না কপ্‌না কপ্‌না য়াংগোইরক্‌লে।

অস্থম্‌না অহল্‌শিংগী মরক্‌তা চংদুনা য়েংজরক্‌পা মতমদদি পল্লেম্ পন্‌থৌ য়াওরম্‌দরে। অতু নোংদা নাউরাশিংনা পল্লেম্ পনথৌ উরক্‌ত্রতুনা মতমদদি অরাম্, খোরাংবগী মৈচাক্, খাঙ্‌লক্‌পনে, খাঙ্‌বা ঙম্‌লক্‌ত্রতুনা মালেম্ থক্‌তা ওন্‌না থোইনা কপ্‌লক্‌লে। "হা পল্লেম্ ইবেম্‌মা! পোইরৈ কৈদা লৈহৌরবনো!! নপারী নমোম্, ঐখোয়বু মুংশিন্দ্রবরা!! পল্লেম্ ইমা! ঐবু ইমাগী খোম্‌লাং য়িনৌদি থক্‌চগে। নচাদি লাম্‌খিবনা থরায় অসি পুবা ঙম্‌শিল্-লক্‌তরে। পল্লেম্ ইমা ইবেম্‌মা! নঙ্‌বু নচানা রারিবা অসি উবীদ্রবরা! পন্‌থৌগী শঙগায় য়ুম্‌জাও কাবুম্ মরীরা খল্লুবগু, মপ্

ব্রোইবনা অমম্বা, অঙাল্বা মালেম্ য়ীমা লইপাক্, মুমিৎ, থা, য়ীপা, য়ীমা, য়াথং অচূম্ সূনা তুংগী ব্রারম্ থাক্না, মাঙ্গী ব্রারম্ কক্না চংলিবা তাইবঙ মহাক্ অদূশিংদি মহাক্কী মশা অদো লাইগী লইপাক্ কৌবনে। অদূগা মরম্ অসীবু খঙ্দনা য়ীপা, য়ীমা লাই
.............................................................................................................

(৩১)

লৈতবা শঙ্লেল্-য়ায়্ ওইরম্লে! তেরাগী মোন্তেক্ মোন্ছুম্লা খল্লুবশু চংবীলা লাতোল্গা, চাম্লৌ লফূ মতুপ্কা ওইরম্লে। হে পল্লেম্ ইবেম্মা! চাম্লৌ লানা মায়্থা ওই লফূ মতুপ্না মোল্লাং ঙাইখাংনাববু কনানা থোরাঙ্বীবনো!! পল্লেম্ পোক্মাবীরা খল্-লুবশু খম্নুং কিকোহ ওইরম্লে। পল্লেম্, নঙ্বু নচানা ব্রারিবা অসি উদবরা!! পন্থৌ পোক্মাবরা হায়না নীংলুবশু খম্নুং থোঙঙারেল্গী নদাইরেন্ চাঙ্ঙু অরূম্বা, থোইয়ুম্ অঙাইবা ওইরম্লে। শঙ্গী মনুংদা লৈনিংদবগী য়াংগোইরক্পমু তরং মালং ওইরে। লন্দম্ মায়কৈশু খঙ্দবে! পল্লেম্গী থোম্লাং ফংদ নোংগীসু থোমলাং ঈথৌ লাংলে।" অসুম্না নাউরাশিং অদো লল্হাম্ পূঙ্ কেথেল্দা ওন্না থোইনা কপ্চরে। পারী ল্রাং! অশাবা তাহবঙ্ শমু হক্চাংবু মফম অদিদা লোংনা থাঙ্দূনা লেল্লম্বা মফমনি হায়বগী "থাঙ্লেল্ফম্,"সু কৌয়ে। অতু নাংদগী পল্লেম্ মমা উরক্ত্রবা মতমদদি নাউরাশিং অতু শীংকূম্লবা অহন্শিংগী মরক্তা কপ্না কপ্না চঙ্লক্লে। নাউরানা হায়জে; –"পল্লেম্ পন্থৌখোয়! নখোযবু তাবীয়ু। এখোয়দি নাউরা মতম ওইবনা য়াংলৌ লম্বী লম্দাঙ্ খঙ্জদে। নখোয়না চংপা মফম্-মফম্দা এখোয়সু থরা পুবীয়ু। হে পল্লেম্খোয়! নচা এখোয়দি লাইবক্ থীবা নাউরানি, নতূঙ্ ইন্জগে। পুবীরোই হায়রগনা পল্লেম্ পোক্মাবাগী লৈফম্ থরা তাক্পীয়ু।" অসূম্না অহল-লক্তা চঙ্-শীন্জরে হে পারী।

ৱোইবনা হায়বা ৱাবু ৱা কন্‌থোক্‌পা, মালেম্‌ লইপাক্‌ লৈমাবু লাইনি হায়বা খঙ্‌দবা, কোরৌ মালেম্‌ অঙাল্‌বা নুমিৎপু লাংনি হায়বা খন্‌দবা, লোইদাম্‌ থাবু লাই নৎতে হায়রবা, অহল্‌ লাই ৱোইরবশিংনা হায়বা ময়াথংবু নাদা হংপ্‌তরবা, ঐনা হায়বনা অচূম্‌বনি, মীনা

(৩২)

অত্থু নোংদগী অহল্‌ শীংকম্‌বশিং অদুনা নাউরাশিংগী মতৌ উবদা পায়মা মুংওন্‌নরে। মীয়াম্‌ পূম্‌নামক্‌ পায়মা ৱাথল্‌ তৌরক্‌লে ; "খোইনৌখোয়! ঐখোয়মু তাইবঙ্‌ পান্‌দবু পারী-ইমোম্‌শিং লৈহৌবদে। অস্‌ুম্‌না ৱারম্‌গনি। ঐখোয়মু থম্‌মুং শারা-তাল্‌. অমল্‌ থরৈ কুম্‌লক্‌পগী-দমকৃতা পারী ইমোম্‌বু লৌরুবা য়াদবগীনে।" অস্‌ুম্‌না ৱাখল্‌ তৌরুরগা অহল্‌শিংমু থমমোয় লাংযুম্‌ কায়ন. মীকপ্‌লক্‌লে। তাইবঙ্‌-পান্‌দা পীক্‌না নৌনা হুন্‌দোক্‌লন্‌লবা পারী মমোম্‌বু খুদ্‌লাম্‌ তোয়না কোরদুনা থম্‌মুং লৈপাক্‌তা কপ্‌চৈ। নচাশিংগী ৱাখল্‌ তৌরুরগা থম্‌মুং মায়কৈ পাংবা ডম্‌লক্‌তরে। "ইমাগী ইবুঙ্‌ঙো মুংশবা! ইমোম্‌ লাংলেল্‌ ইবেম্‌মা! লাইবক্‌ থীরবী ইচাবু ইমানা তাংবঙ্‌ ৱাখল্‌ তাদ্রিবৈদা হুন্‌দোক্‌লম্‌লেদো। তাইবঙ্‌ নোংশা পান্‌দা ইচাবু কনানা পল্‌লেম্‌ শানা নাউয়োক্‌পিগবা! ইচানা তারা (চাক্‌ লাম্‌-লক্‌লাবা মতমদা কনানা পল্‌লেম্‌ মনা শানা তারা চাক্‌য়িন্‌বীগনি! ৱাক্‌চিংগী উন্‌না ফিভৌ-ফৌ, নিংথেম্‌ হৈকোয় চল্‌লবা মতমদা ইচাবু কনানা নাউকোন্‌বীগনি! লাইবক্‌ থীবী ইচাবু ইমানা করম্‌না হুনদোক্‌তুনা চৎলসিগে! লাইবক ফবা নমান্‌নবশিংদি পল্‌লেম্‌না চান্‌না লাংগোন্‌ববু উরুরগা, লাইবক্‌ থীবী ইচানা মগী মতৌ উরুরগা, ঐগী পল্‌লেম্‌ লৈতবগী ওইনাজফম্‌ লৈতরে খল্‌লুরগা, পন্‌থোগী উখোঙ্‌-তেন্‌দা কোন্‌থুনা মুংশুক্‌-মুংজা-ননা কপ্‌পা, মীৎমা থম্‌বাল্‌লকা অনীমাদা তরংগী লাইজ ঈহৌ, মীকোয় লাইজ থন্‌, খূদাঙ পিফম্‌ লাংববু

হায়বনা অরান্‌বনি হায়রবা, ঐনা তৌরিবা অসীনা অচুম্‌বনি খল্‌লিবা মী মহাক্‌ অদুশিংদি লইখা তাবা হল্‌বগুম্‌বনে। মতম্‌ পুম্‌নামক্‌তা পুক্‌নীঙ, অকাওনীঙ্‌চৎনদনা খন্‌থনবা রোইয়ে। হে— লূরাং! "পোন্‌বী-লাং" কৌবা লাইরীক্‌ অসীগী রা অথোয়্‌ববু পারী

................................................................................................................................................

(৩৩

পল্‌লেম্‌না করম্‌না য়েংশিগে! ইচাগী নতৌ উরুরগা ইমাবু করম্‌ নোং-মনলসিগে" অসি হায়দনা অহল্‌গী য়াইবীশিংনা মীকপ্‌খি পারী লূরাং।

অদু নোংদগী নাউরা য়েংদুনা অহল্‌শিংনা মালেম্‌-থকৃতা ওন্‌না পোইনা মীকপ্‌লিবা নাউরাশিংবু থৃজেং পায়না চিংখৎপিদুনা রাহোম্‌লে; "হে লাইবক্‌ থীবা নাউরাথোয়! লাউ লাইবক্‌ থীবা মশেন্‌নে। নপন্‌ ঐথোয়গা লোয়্‌ননা চৎমিন্‌নশি' হায়না নাউরা থৃজেং পায়দুনা চিংখৎপিরে। অদু নোংদা নাউরাশিংনা অহল্‌শিংবু চেংলৌ খঙ্‌দবগী মালেম্‌দা ওন্‌না থোইনা খাঙলগা মীকপলে। "হা পল্‌লেম্‌, ইবেম্‌মা! ইমা নংবু পোইরৈ কৈদা লৈহৌরবনো! পল্‌লেম্‌ য়াও-দনা করম্‌ম খম্‌নুং লৈপাক্‌তা য়াংগোইরসিগে! তারা চাক্‌ কৈদগী চাগনি! কনাদবু হায়রুগনি! অহীং তাংলৌ অথেঙ্‌বদা কনাগী ময়ূম্‌ মরাল্‌-য়ায়দা চঙ্‌দুনা য়ারেক্‌শিগে" অম্লুম্‌ হায়না নাউরানা পল্‌লেম্‌ মমাবু থূলাম্‌ তোয়না কৌদুনা ওন্‌না থোইনা কপ্‌চৈ পারী লূরাং।

থোঙ্‌ঙাক্‌ অশীথেল্‌; মকোই নুংওন্‌ চীঙ, রাবা ফে লাউবা কম্‌মাঙ্‌ চীঙ্‌বু পাংলকলে। ঙাইনা থেল্‌, অশী থেল্‌দা ঙাইনরে। মকম অদুবু পাখঙ্‌ চাম্‌মা হাল্লগা শানৌ চাম্‌মা ঙাইনা চীঙ্‌ কৌয়ে। মদুদা লৈরিবা মফমদি লাংজিংগী অরাংদা লৈবা চীঙ্‌দূম্‌ মচা অদুনে। মথং চীঙ্‌দূন্‌ মচা অমা লৈরিবা মপং অদুদি "তারা খোম্‌য়ান্‌ চীঙ" হায়না কৌয়ে। তারা খোম্‌য়ান্‌ চীঙ্‌ কৌবদি কদৌ নোংগী হায়রবদি তাইবঙ্‌গী য়াইবীশিং অদুগী মমা মপা ওইবা,

নঙ্ঙোন্দা খাক্চবা লৈতনা তাইবঙ্না পোক্পা, নীঙ্বা, শিবগী লম্দাঙ্ অশেঙ্বব্ তাক্লবনে। পারী! নঙ্না অঙাই তাইবঙ্ পান্বা মীরোইবশিংগী লুচিংহুনা মালেম্ শন্দোকনা তাক্পিরম্ম্ হায়না পাউতাক্পিখিয়ে।

(৩৪)

মচীন্-মনাও অহুগী তারা চেঙ্জেল, তম্লক্পা অহুবু অমল, শীংকুম্বশিং অহুনা থাক্তুনা খোক্তুনা চায়। অরেম্বা অদুনা হায়েংগী হংচিংকী খাক্চহুনা লোইবী চীঙ্হুগী পামেল, শয়ি উপাল্ অমা হৌয়ে। পামেল, শয়ি অহুগী উশাদা মাগী মাগী তারা চয়োন্বু য়ান্হুনা থম্মি হায়বগী চীঙ, অহুগী কোলোয় মমিংথোন্বু "তারা খোম্য়ান, চীঙ," হায়না মিংথোল্লে মফম অহুদা লৈরিবৈদদি পল্লেম পন্থৌ ওইবা অমদি মচা মগু, শাগৈ ঙাইরিশিংনা "হা পারী ইবুঙ্ঙো! ইবেম্মা! হায়না কৌরিবা অহুবু মীংস্না ইরা চেন্, তরং লাইজ শিন্-থানা হীক্না হীক্না কপ্তুনা অরা মৈশা লাংনা খাঙ্দুনা লৈরম্মি। তাইবঙ, মালং-পান্দদি চৎপদি য়াঙম্দা, পল্লেন্ পনথৌ ওইব-শিংনদি খোলজেল, রাংনা, খূলাম্ তোয়না কৌরক্, চৎপদি চৎঙমদা; মালেম, লৈমায় থক্তা ওন-থোইহুনা কপ না লৈ হায়বগী শুনিক্পা, চীঙ" হায়নস্থ কৌয়ে, পারী লূরাং লৈকোয়বা।

অহু নোংদগী শীংকুমবশিং অহুদি কপ না লাউনারহুনা তাইবঙ্পানদা হন্বদি য়াদ্রবনিনা খম্নুং মায়কৈরোম্দা য়াংকোইরকুলে। অস্থুম্না লাক্পনা য়াংবীশিংদে। লাইজ ঈরম, মঙা ফাংবদা রায়থুংলারহুনা মফম অদু ঈরান্থোরকুলে। খরবু চংলে হায়রগা তরং লাইরেম্মা য়েংওয়্নমা থনম লে। খরা য়াংগোইরক্পনা লাংগোল্ মুবা নিংথৌগী চীংঙ্ লাইকোল্নুং ওয়-ওয়নানা থানম্লে। খরবু চংলে হায়রগা থোঙ্ঙাক্ লাইরেম্বী লাইজ খরুঙ ঈমায় চোননা লিবীবু য়োরকুলে। অশীবনা

শমু পাঙ্‌কল, শোন্‌বনা
পামেল্‌ রুপাউ পুনিংবগুম্‌
নাউরা হয়া খোঙ্‌থাঙ্‌ হৈহৃবিনা
লোইদাম্‌ থাব্‌ শমু খূৎনা লাক্‌কে তৌবগুম্‌;

(৪৪)

থেন্‌নাফম্‌, য়াইবী থরায়গীদি পোংথানফম্‌, ইবেম্‌মাগী মশাইকোল্‌ খোঙ্‌ডাক্‌ অশীথেল্‌ য়োরক্লাবদা, চীঙ্‌ও লাইথোঙ্‌ হাংলক্‌লে। তাউজিং হৈকৎনরক্‌লে। খোইয়ুম্‌ লাইগী ফাংথোঙ্‌ পায়নাবক্‌লে। থরায়শিংবু য়ংহূনা লাইজ থক্কৎ লিংবী, তম্‌ফা রাঙম লোল্‌ চীঙ্‌শাঙ্‌ লাইরেমবী পান পোইবী, খম্‌নুং কিকোই হ্যংওন্‌বী পোঙ্‌ডাক্‌ লাই-রেম্‌বীনা মকোই চীঙজেন্‌দা লেপ লগা পল্‌লেম্‌ মমা শকতম্‌ লৌনা তাইবঙ্‌ থরায়শিং অহূব্‌ খূলাম্‌ তোয়না কৌশিন্‌বীহূনা চীন গোয় মপাউ মেল্‌লক্‌ই;—"পারী ইবঙ্‌গো, ইবেম্‌মা লাংলেল্‌হন্‌বী-ও! নখোয়ব্‌ কৈদৌরিবনো? পল্‌লেম্‌ নমা ঐদি মফম অসিদা লৈ" হায়না পাউদোইরক্‌লে। পল্‌লেম্‌ মমাগী য়ারা খোন জেল্‌ তাবদা তাইবঙ্‌ থরায়শিংনা য়েংজরক্‌পদা, পল লেম্‌গী শক্‌তম্‌ উরক্‌লে। পল্‌লেম্‌ পন্‌থৌ কায়নাবক্‌পগী রাজরবা; রাজরবীশিং অহূনা "পল্‌লেম্‌, ইমা লৈরে" হায়হূনা চেন্‌শীনজরক্‌লে। অহূ নোংদা থোঙ্‌ডাক্‌ লাইরেম্‌বীনা "ইমানা থক্কঙ্‌ ঈমায় চোন্‌না থমহূনা লাইজ ঈশিং খিল্‌-লিয়ে। য়াংলৌ লম্‌দাঙ্‌ব্‌ তশাঙ্‌ শীৎনা চৎলক্‌পগী লাইজ ঈথৌ লাংলগনি। তাঙ্‌জ কোরেক্‌পু শমু খূৎনা লৌদূনা লাইজ ঈশিং কনহূনা থকউ" হায়বদা। হে পারী লৈকোয়বা! অহু নোংদা তাই-বঙ্‌গী য়াইবী অহূন পাউখুমজে, "হে পল্‌লেম্‌ ইমা-ও! পল্‌লেম্‌ পন্‌থৌ, ইপারী ইমোম্‌ শেৎন কয়নারক্‌পগী অরা মৈশা লাংবনা খল্‌লুবদা থরায় ঐনা থক্নীংদেয়ে।"

য়ীমায় নোংনেম লাইনা পাংনা
থোঙলেল য়ীমাল কোবা
চীঙথাঙ লাইনা পাংবরম রোননা –
হোঙনেম লৈমুংশি,

(৪৫)

খোইমোম লাইরেমবীনা হায়রকয়ে; –"করিগী থকতাবনো? পারী ইমোম, নঙ খোয়দি তাইবঙ মালং-পানদা হনবদি য়াররোইয়ে। পনথৌ নংতনা পনথৌ শা, পললেম নংতনা পললেম, শাতুনা তাউজিং হৈরাঙ, পীরেল হৈ পায়তুনা পাউথেমববু করিগী য়ারুরিবনো? খোয়নৌ নংতনা খোয়নৌ-শা নংলেল, নংতনা নথংলেল, শাতুনা তাউজিং হৈরাঙ, নীংথিবা, শীঙভেল, লৈরাং ফজবা পায়তুনা পাউথেমবদি করিগী হোয়-য়ারুবনো?" তাইবঙ থরায়গী পললেম মমা ঙইরিবী ইবেমমগী মপাউ তাবদা থকতাববু য়ারোইদোরে। লাইরেমবীগী পাউতাক ফংলবদা শীংকমলকপা য়াইবীশিং অরাম খৌরাংবা মৈচাকনা থাঙ-শুমদ্রতুনা অমগা-অমগা ঈনথোকনাতুনা ঈশিং কোরেক পায়বা হানবা তাননাবনা রা-রা নিননারে। অমনা অমগী খৎতগী মুনতুনা থকনরে। অসূমনা ঈননারকপা মতাঙ, অসিদা পীকলিবা নাউরা অঙাংশিংদি খোমলাং ঈখৌ লাংখিবনা লাইজ থককে হায়দুনা চেন-লীললকপদা খরাও মপালনদি রাংবদগী ফংদবনা খোমলাং লাইজ লামলকপনে য়াংলৌ তশাঙ চংলকপগী লাইজ ঈখৌস্থ লামবনে, থকপদি থক নীংবনা অহল শিংনা লাইজ থকখিবগী খরাঙ মপালদা পকপা ঈশিংদো কপনা কপনা মরৈনা লেকচৈদো। খরাও মপালনা কলবা ঙপপনা নাউরাগী চীনবান অনৌবা উলশাহু তংতুনা চীন-বানদগী ঈনা ঈঙাং পাকতৈনা, ইমু পানফেলনববু লাইজ ঈশিং ওইরবোই নীংতুনা কপনা কপনা থকচববু অহল ওইবশিংনা উবদা, পারী নৌনা লৈহৌবগী ইমোম পীকনা খাইনরকপগী তাইবঙ,

থেংক্রু য়াংকু লৈ,
চিরিক্ য়োম্ফা্ লৈ,
চহুই খাম্পা লৈ,
পুন্সি য়ীব্রাল্ লৈ,

---

(৪৬)

রাখল্ তৌরক্পদা কোরেক্ অহু অহল্শিংনা শমু মখ্ৎনা পায়হুনা কল্লগা লাইজ ঈশিং পীথক্ই। অস্ম্না লাইজ ঈশিং থক্নারবা মতমদদি অরাম্বা খরা কোক্নারক্লহুনা লোইবী চীঙ্শাঙ্ কারক্লে। শিংথা তুরেলগা. ল্ব্রাং ঈগা ঈতিন্নাফম্ লমলেল নম্বুল ঈরান্থোক্-তুনা লোইবী লমদাঙ, ইন্না লম্লেল্ "খোঙ্হাম্পাৎ" য়োরহুনা থোদ্ থক্তা লেপ্তানা উতি শমখোঙ্ শেংনরে। চেঙ্হী শম্বাল্ লাংনহুনা ঈরুজরে। উতি শম্খোঙ্ শেংলে। শীংকুম্লক্পা থব্রায় অয়াম্বশিংদো হৈরু থক্তা ফি ফোরে। লম্লেল্, মুংশেন্খোংদগী শম্চেৎ মিংশেল্ লোদনা খুগা নান্বী ব্রা-শমচেৎ কংনান্ তক্না হাৎলে। নমশা পাক্তৈনরে য়াইবী অয়াম্বদো। অহুদগী তারা চয়োম্ চানারদনা লোইবী কাখৎলক্লে। চীঙদোল্ তম্না কারক্লিবা শীংকুম্বা য়াইবীশিংদো কোয়না কোয়না য়েংলকপদা মুংঙল্লে। অহু নোংগীব্ "মকোই-মুংঙল্ চীঙ্" কোয়ে।

লহান্ নোং মপন্ শিদবা মপ্না মান্বী শন্ ওইনা শাওন্হুনা লাইজ ঈপাক্-থক্তা লৈনা লৈনা মথং মথং তাউথরকপদি অকোন্বদা মপারী পাফল্বনা কোংবা লম্য়েংলক্তৈদা মীংয়েং শান্থৈরকপদি কাওরেল্ শনশি অসিনা তাউথরক্পবু মপ্গী থৌজাল্দি লৈবনিনা খাম্পি মৈরী মচু মান্না মঙাল্ হাইদোরক্পা উরে। অহু নোংদা পাফন্বনা নীংখল্লে;—"মশক্তি ফংতে, মতীঙ্দি লৈয়ে; হয়িনবু শাওন্বরা" নীংখল্লে। পাফন্বনা খন্না খন্না য়েংলিতৈদা নাক্তা

তাইবঙ্‌ নম্ন ময়ায়্‌ চন্‌বনা তেক্‌হৌ লৈ,
নম্ন য়ীরেং মাল্‌লৈ চিল্‌রোল্‌লবদা নৌহৌ লৈ.
চারোল্‌ তরেং ভাল্‌ফং লৈ,
সূরোল্‌ তারক্‌ লোল্‌শিল্‌ লৈ.

(৪৭)

মক্‌শীল্‌লক্‌য়ে। অতু নোংদা পাফন্‌বনা নীংখল্‌খি;—"পোংশক্‌সু খঙ্‌দে; মমাঙ্‌ নোংদসু উভম্‌দে। হয়ি শিদবা লাইনা তাইবঙ্‌ থৌরম্‌ শন্‌দোক নোংগী থৌরাঙ্‌বরা খঙ্‌দে। তৌইগিদি মপ্‌না লাংওন্‌বসু থাচিক্‌লে। পোংশক্‌ অসিগুম্‌বা অমা লৈঙম্‌দেয়ে; কো-লোয়স্‌ খঙ্‌দে। তৌইগিদি ঐতুম্‌ থোল্‌লগে। মপ্‌না তাইবঙ্‌ থৌরম্‌ শনদোক্‌ নোংগী মাল্‌লে। কোলোয় 'শন্‌' থোল্‌লগে। পোংশক্‌সিসী মচুদি মালং অভিংঙা মচুনে। য়োং কৌগে "হায়না কোলোয় 'শন্‌-য়োংমান্‌বা' হায়না থোল্‌লে।

অতু নোংদা পাফন্‌বনা কাওরেল্‌ খূমাঙ্‌ অনী পায়না চিংখংলে। অতু নোংদা পাফন্‌বনা নীংখল্‌লে; "ঐনা পোংশক্‌ অসি খঙ্‌দ্রিবৈদা লাই কনানা উখ্রবদি তুচুক্‌ই হায়ভৈদা মাঙ্‌খ্রগনি" হায়দুনা মতৌ করম্‌ তৌসিগে নীংখল্‌লগা শংলৌ য়েংলে। কোয়না শান্‌খৈ নোংদা পামেল্‌ নাতা মান্‌বা শংলৌ খরা লৈঙম্‌লে। শংলৌ অতু পাফন্‌বনা ফক্‌লে। শন্‌শি হক্‌চাংদা ক্‌প্‌লে। অতু নোংগী শংলৌ অতু "শংকুপ্‌লৈ" হায়মা কৌঙম্‌লে। অসুম্‌ শিদবা মপ্‌না শিশন্‌নবগী মমম্‌দো কোঙগায় অমনা পামেল্‌ শংকুপ্‌লৈদা চঙ্‌খিরে। কোঙ্‌গায় অমনা মালেম দা লৈখিয়ে। অসুম্‌না কাওরেল্‌ চিংখংপা অসি লোইদাম্‌ ছীয়াঙ্‌গৈগী মাক্‌মৈ নোংমা পান্‌বা থা অহল্‌ নোং, কোরৌ খ্রিম্‌শাকৈশদা চিংখংলে। কুকম্‌ চৌঙ্‌খোঙ্‌দা কাওরেল্‌ শান্‌থ্‌প্‌পা লোইদাম্‌ অতুগী থা অহল্‌ নোং, কোরৌ অতুদি লেমলৈ ভা চাইহেদে।

তাইবঙ্‌ শক্‌থোঙ্‌ মাঙ্‌দা লৈ,
চানীঙ্‌ অহাও খঙ্‌না লৈ,
নমু মীন্নুংশি মুংতা লৈ,
তাইবঙ্‌ নমু পোংরোইবগী

(৪৮)

হয়ি মহক্‌ চাব্‌গা পাংথক্‌নে। নম্‌পুরা* সু লেম্‌লৈ হেনবনে, নামুংয়ে†। অশায়ৌঙৈগী মনম্‌ কোঙ্‌গায় অমা মালেম্‌দা লৈখিবলো, নোংচুথা য়োরক্‌পদা খূমু হুল্‌লে। মনম্‌ স্নদোক্‌লক্‌লে, অদু নোংগী 'ইঙা লৈসনম্‌' কোয়ে।

অসুম্‌না পাফন্‌বনা পোৎশক্‌ খঙ্‌গে নীংলক্‌লে। কাওরেল্‌ শনদা মালেমদা কোঙয়াঙ্‌ রা তাবংম্‌ পুনেম্‌লবগা রাহোম্‌লে; "হে কাওরেল্‌ শন্‌ য়োংমান্‌বা! নঙ্‌বু রাক্‌‡ ঐনা খন্‌বদি পন্‌থৌ হয়ি ওইগবরা হায়না খাচিক্‌য়ে। পনথৌ হায়না শাওন্‌বা ওইঙম্‌ নোংদি নদাইরেম্‌ রাক্‌পুদদি নুংঙল্‌বীও" হায়না মীকপ্‌না রাহোম্‌-জরে।

অদু নোংদা পাফন্‌বগী থৌগল্‌ খাজং উবদা, তাইবঙ্‌ মপ্‌না নুংঙল্‌লদুনা কোলোয় রাহোম্‌বারে;—"পারী খোন্‌লাং অতোন্‌বা! পায়মা রাখল্‌ চাউই। ইচাদি ঈপাগী নাক্‌তা য়াংগোইক্‌ও; নপন্‌ কোলোয় থোন্‌বীগে। ঈপানা তোবা শংলৌ থৌরাঙ্‌ মশক্‌ খঙ্‌বা পারীনে। নপা মশক্‌ খঙলে হায়বগী 'পাখঙ্‌বা' হায়না অমুক্‌সু হন্‌না থোন্‌বীরম্‌গে" হায়না কোংম্‌লে। অদু নোংদগী শিদবা মপ্‌না পাফন্‌-বদা রাহোম্‌লে'—"পারী! নঙ্‌বু নপন্‌ ঐনা থৌরম্‌ অনা রাহোম্‌বীগে। নপন্‌ ঐগী শমু হক্‌চাং অসি 'খাম্‌পি মৈ ঈক্‌না লন্‌য়ায়, কাইথিন্‌না, পরোং থোপ্‌ খিল্‌লো। শবল্‌ মৈখূ-খূ. পোংলোয়, হিথারসে'; নপন্‌গী

* নম্‌পুরা=উরোক্‌। † নামুংয়ে=তৌহৈদে।
‡ রাক্‌=নচা।

থরায়্ ময়োল্ চোংনা লৈ,
মপন্ পন্থৌ নাইবা লৈ,
পল্লেম্ য়ীমা খঙ্না লৈ,
পাথৌ মরূপ্ তিন্না লৈ,

. . . . . . . . . . . .

(৪৯)

থৌরম্ ইঙম্ তম্লো। হয়েং নোংদা তাইবঙ্না অমল্ শীংকূম্লগা তম্নাহৌসনো। তাইবঙ্গী থৌরম্ য়াংগেন্বা, লাল্না থৌরম্ তম্বীরম্সে। থাঙ্লেল্ খূংস্থূ পায়রো। নপন্ ঈউল্ লুদোক্লো; কংনবা ফৌদোক্লো। তৌইগিদি নপন্ ঈউল্থু মাঙ্ফদে, থৌরম্ অমা লৈঙম্লি" অসি হায়ঙৈদা, পাফন্বনা মপনগী মউল্ লুদোক্তুনা কংনবা ফোরে। অদু নোংগীবু "ময়ায়্ সূম্তোঙ্পাল্ কংলা" হায়না কৌয়ে।

"হে পারী! নপন্ ঐগী ইহক্চাংশে খাম্পি মৈদা ঈকলো। মালেম্ লৈরোল্ মাপন্না 'কূ' বু শাও। কোরৌ নোংলোল্ মাপন্না 'থক্খল্' সেম্লো। থক্খল্ মখোঙ্দি 'থংচিং, মারজিং, রাংরেন্, কৌরু' মরী অসিনা ওইও। লাই মরীনা চূক্ ওইববু কোলোয়দি 'উচিরা' কৌনসে। কুমিৎ চয়োল্ তরেৎনা 'শীংখল' ওইয়ো। নপন্ ঐগী ইতু-ইমান্না শীং' ওইয়ো। লোইদাম্ থাবূম্ তরা-নীথোয়বু অনী অনী থূপ্লাগা 'লিন্থূপ্ তরূক্' হায়না কৌয়ে। লিন্থূপ্ তরূক্তি 'থরায় মঙা মিগা থানা তরূক'নে। লিন্থূপ্ তরূক্ অসিনা শীং কীন্থাদনাবা উ-য়ুং ওইয়ো। উ-য়ুং তরূক্তু তুদনবা লৈরি অহূম্না পুল্লো পারী। লাইজগা, খাম্পিগা, মালংগা অহূম্না থাংদীন্, লৈরি ওইদনা লাইজ থাংদীন্না ওক্তা, খাম্পি থাংদীন্না থাদা, মালং থাংদীন্না খোঙ্দা পুল্লো। লরাই মপা নপন্গী

মচা মণ্ড তাল্না লৈ,
কাওরেল্ ষণ্গোল্ থন্না লৈ,
তারা অচা ব্রাৎতা লৈ,
পল্লেম্ পন্থৌ রোক্না লৈ,

(৫০)

লুখুম্দা খোং অমা তৌও; লাইজ থন্না ঈহৈয়ো। খোংদা লাইজ ঈশিং হাপ্পা অসিদি তাইবঙ্না লহান্-নোং পললেম্ পীবুক্-মুংদগী নাউৱা অংকোবু ক্ৃয়রক্পদা লাইজ লুরোই থোংলক্তৈনে। অহুম্ ওইবা লাইজ মানা পুজরক্পবু হন্বদা পুখিতৈনে, অহু নোংগী ঈহৈবনে। নপন্ ঐগী শমু খৃৎকি খৃজেঙ্ খৃবাক্কি মওঙ না হুমাই শাও-ও। ইক্নাবা খাম্পিদি মৈরোঙ্দগী লোও পারী। খাম্পি থাদা চৃ। মৈ থৌনি-ও। তরেৎলক্ হন্না কোয়রগা খাম্পি মৈ ঈক্লো। নপন্গী ঈহক্ কোঙ্গায়না মালেম্গী লোয়রেল্ খুনবীরোক্তা লৈ-রোল্ চল্লু। কদৌ নোংগানো হায়তৈদি মালেম্দা ঈতিল্তৈদি অমরক্ শাৎপনে। মালেম্ তাইবঙ্ অপক্মা খৈবীক্ খুন্বী-লোক্তা পোক্পনে; খুনবীলোক্তা হন্গদবনে। নপন্ ঈহক্ তুম্লগা খাম্পি মৈদো লাইজনা মৃৎলো।" অস্মনা মপৃনা তাক্পিরবদা পাফন্বনা থৌরাঙ্ পৃমনানক্ তৌরে।

*** মপল্ তাঙ্ঙা লাংওল্ পাখঙ্বনা শল্ য়োংমান্বা অশীবা শাওল্লিববু তরেৎ থোক্না খাইদোক্তুনা লৌনখি হায়দৃনা "শাকৈ" কৌয়ে। শাগৈ তরেৎনা তরেৎ থোক্না য়েন্থোক্নখিয়ে হায়বদগীমু "য়েক্ তরেৎ" কৌয়ে। অস্মন্না থোক্খিবা মতাঙ্ অসিবু "মৈতিংঙৃ সেন্ত্রেং, কুপ্ত্রেং" মচান্-মনাওনা পান্বা মতমদনি (শল্লাই লারৈ লাথ্প্)।

পারী নাউয়োক্ লৈ,
য়ীমোম্ নাউহম্ লৈ,
খোইয়ুম্ লাইমিং কাউদা লৈ,
হয়ি মিংলেল্ শোন্না লৈ,

(৫১)

অদু নোংদগী পাফন্বনা মপ্গী লুখুমদা কোম্ অমা তৌরে। কোম্দা লাইজ ঈশিং হৈরে। কোম্গী অরাংদা প্ঙ্ অমা চিথেক্ মরী শুবা থোল্লে। পামেন্ উ থারে। মপ্গী লরাই কোইরেল্দগী লংলা অহ্ম্; মৈ, ঈশিং, নুশিংকি মশক্ ওইনা তিংলক্লগা কোম্ ঈশিংদা তাহল্লে। কদৌ নোংগীনো হায়রবদি তাইবঙ্দি লাইজ ঈশিংদগী পোকয়ে। লাইজ ঈশিং ঈপাক্তা হন্খি। অদুগা য়াইবীনা তেংপান্বা মপ্ শিদবা উপাল, মখোঙ্দা লৈরাং লৈনম্ ওইনা তিন্খি; অদু নোংগী সেম্বনে। অসুম্না পামেল্ মখোঙ্দা লৈ, তিংথৌ হাপ্লে। অসিদি কৈদৌ নোংগীনো হায়ভৈদি তাইবঙ্ পান্বদি পল্লেন্ পন্থৌনা পোক্পনে। তিংথৌদি পন্থৌ ঈপানে; লৈদি পল্লেম্ ঈমানে। অসুম্না ওইবা পল্লেন্ পনথৌনা শিদবা উপাল, ওইবা মপ্দগী য়াইবী অমুক্ লৌবীহুনা তাইবঙ্ পাক্লক্পনে।

অদু নোংদগী লৈ, তিংথৌগী মথক্তা মালেম্ লৈশা মত্ম্ অমগা, লোইনোম্ য়াম্ মত্ম্ অমগা থনলগা খোইয়ুম্ লাইরা শোল্লি —"হে খোইয়ুম্ অসি কৌবা খোইয়ুম্না থোংলাম্ ওইবীয়ো। হয়েং কৌবা খোইয়ুম্না পাম্বৈ ওইবীয়ো। হয়েংশিং কৌবা খোইয়ুম্না থোংখোঙ্ ওইবীয়ো। 'মহাক্' কৌবা শিদবনা শমু খুংশম্নান লালঙম্দবা অচৌবা তুরেল্বু লাল্দুনা মপ্গী খুয়াদা শিন্নাবীয়ো" হায়না খুরুম্জে। অদুগা মালেম্ মত্ম্গা, য়াম্ মত্ম্গা, তাইবঙ্ পান্গী মমাদা শিন্নখি। মালেম্না তাইবঙ্

হোঙ্‌নেম্‌ শীল্‌না লৈ,
য়াম্‌ থৈ চাইশীল্‌ লৈ,
নুংঙাই য়াইফ লৈ,
পুন্‌সি নুংশাং লৈ,

(৫২)

শমু হক্‌চাং পোলাংগী মশক্‌নি! য়াম্‌না মত্‌ম্‌না য়াইবী থরায়গী মশক্‌নি। অসিবু পায়দ্‌না শোন্‌খি; "হে পল্‌লেম্‌ লৈম্‌রেল্‌। অসি কোরৌদা (মিং) কৌবা তাইবঙগী য়ুম্‌ ইংখোল্‌ ওইরিবা অসিবু লৈনপ্‌ফা লৈহিংমু, ইমাগী লৈফ্‌ লৌশীন্‌বীরো" হায়না খুরুম্‌খি। অসিদগী "হে তেংপান্‌বা মপ্‌ শিদবা ইবুঙ্‌ঙো! নমু পোংলম্‌চং অসিবু তাউজিং মরু পন্‌, লৈরাং মপাল্‌ থা নুমিৎ শীংবুম্‌ তরেৎনা লৈরাং ওই; তাইবঙ্‌ মহক্‌ কাইনা থম্‌নুং হল্‌রাই তম্‌থ্রবা অসিবু অনৌবা মালেম, সেম্‌বাগুম্‌ মীপোক্‌ য়াইফববু শেম্‌বী শাবীরক্‌ও" হায়না খুরুম্‌খি।

অতুগা হক্‌পু খাম্‌পি মৈশা লাংলম্‌দাইদা য়াম্‌না চিংবা পোংলম্‌ থারগা ব্রা হায়রক্‌য়ে,—"হে তেংপান্‌বগী মপ্‌ অতিংকোক্‌ মরু শিদবা! মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহূম্‌মানা নক্‌ম্‌-নক্‌ম্‌লাংদা হন্‌-জিন্‌বীরো। মিংথৈদি হো হং, রো রং, সো সং" হায়না খুরুম্‌খি। অসিদগী অমুক্‌ খাম্‌পি মৈ লাংখি;—"হে খাম্‌পি মৈথ্রেং অরাবা, কোরৌদা লৈরবস্তু লৈথক্‌তা লৈরবস্তু, অসি কোরৌ নুমিৎতা অমল শীংক্‌ম্‌লিবা তাইবঙ্‌ অসি মৈথা মতোল্‌ লোম্‌নাবগী কৌজরি, ঈরাং কম্‌বাল্‌-লাংশিদা য়াংগোই খোঙ্‌শান্‌বীরক্‌ও। উঁ সনা অপান্‌বা খাম্‌পি মৈশানুবা-ও, নঙাল্‌ অথোয়বনা লৌশীন্‌বীয়ো। উঁ সন্‌ তরং, হো শিদবা। মৈতে সনা লৈপাক্‌ লাইফম্‌লেল্‌গী (শল্লাই) অসিদা পোক্‌পা (মিং) কৌবা অসি লোইদাম্‌ থাজ (থাগী মমিং)

তোললোই মহয় চানা লৈ,
শীঙ্‌লেল্ তোংতম্ পুন্,
লৈরাং খায়োম্ শানা
নতাইরেম্ তয়ুম্ ব্লাক্‌মানা

(৫৩)

অসিগী মাকৃমৈ ( থাবান্ ) অসিগী কোরৌ ( ন্নমিৎ ) অসিগী য়াইফ পুংফম্ অসিদা তাইবঙ্-পান্‌গী মমা শিদবীগী ভাংলৌ খূয়া খাদা চঙ্‌খ্রবনে. লৌশীনবী-ও" অসুম্ হায়না কংলগা খাম্‌পি মৈ চ্‌রে।

অসুম্‌না তাইবঙগী তাইবঙ্ হক্‌চাংবু খাম্‌পি মৈ ঈকৃপা পোৎলোয় হিথাবা, পুরোই লৈকোয়বা. মথৌ য়াংগেল্‌বা, লাল্‌না থৌরম্ তমবীরম্‌ববু লীখূ থৌরম্ কায়দনা নমু তাইবঙ্‌শিংনা অমল্ শীংকুম্‌লাবদা য়াইবী থরায় য়াওদবা মাগী মাগী শমু হক্‌চাং পোলাংবু খাম্‌পি মৈদা ঈকৃনা শাবল্, মৈখূ-খু, লম্‌য়াই কাইগা থিন্‌না নমু মীকপ্‌নানা লৈববু মকোই হুংওলচীংদগী শীংক্‌ম্‌লবা য়াইবীশিংনা উরক্‌পদি অমল্ শীংক্‌ম্‌লক্‌লে তশেংনা খঙ্‌নরে। মহক্ অতু উবদা শীংক্‌ম্‌লবা য়াইবীশিং অতুসু মকোই চীঙ্‌দা মীকপ্‌নরে। অমদি উরহুনা খল্‌লুবদা ব্লাবদা পান্‌দম্ অমা লৈতনা ফে-ফে লাউনা হাইনা খাঙ্‌দূনা লৈনবা মফম্‌নি হায়হুনা "ব্লাবা ফে লাউবা ফম্‌মাঙ্ চীঙ্" হায়নসু তেংথানৈয়ে। পারী লূরাং লৈকোয়বা! অস্‌ম্‌না নাউব্লাশিংনা মকোই হুংওন চীঙ্‌দা পল্‌লেম্, মমা ওইবীবু খূৎলাম্, তোয়না কৌনরক্‌লে; "হা পল্‌লেম্ ইবেম্‌মা! ইমাগী খোম্‌লাং লাইজ ঈখৌ লাংলেদকো; হৌজিক্‌তি তাইবঙ্ মালং পান্‌দা হন্‌বসু য়াদরে। পোইরৈ লম্‌দম্‌সু তাম্‌লে; ইমাগী লৈফম্ য়ৌনবা কনাদবু পাউ-জেল্‌সিবা" অস্‌ম্‌না নাউব্লানা মীকপ্‌লিঙৈদা; অশী কোলোয় পাউ-জেল্, চেক্, খোঙ্‌ভারেল্‌গী মদাইরেম্ কপ্‌ত্রু লাংলেল্ ব্লাখুনু চেক্‌লা মান্‌থিক্ ভক্‌নৌবী, পুজেং লাইনৌ তাবীচা লম্-খুনুদা নাউব্লানা

লোয়্‌না সনা মিকোল্‌ লৈবু,
হুয়া লাউনা কোল্‌শিল্‌জরম্‌গে ।
হুয়া হে, হুয়ি চাশু, হুয়ি চা;
হুয়া চাশু, হুয়ি চা,
তাইবঙ্‌ কয়াং-মুংদা
য়ীচিক্‌ হুন্‌না লেঙ্‌দনবু লৈবীয়ু ॥১৬॥

(৫৪)

পল্‌লেম্‌ মমাগী মফম্‌দা পাউজেল্‌জৈয়ে; "হা—চেক্‌লা লৈচ্রেং থারীক্‌পী কাঙ্‌য়াং রাখুমু! নঙ্‌খোয়বু তাও। নঙ্‌খোয়না তাইবঙ্‌দা য়াংগোইহুনা ঐবু পোক্‌পি পল্‌লেম্‌ ইমাগী মফমদা খোম্‌লাং খরদা নিবীরুগবা" অস্‌ৃম্‌না নহা অহল্‌ য়াইবীশিংনা চীঙ্‌শোং খুমু লম্‌-লৈমা, চেক্‌লা লৈচ্রেং থারীক্‌পীদা মাগী মাগী পাউজেল্‌নরে। হে পারী! অস্‌ৃম্‌না চেক্‌লানা পল্‌লেম্‌ পন্‌থৌ, শাবী-শানৌগী মোংবা মশাইকোল্‌দা শুমাঙ্‌ থান্‌ফম্‌দা লেপ্‌তুনা চেক্‌লানা খোংবদা, নাউরাগী পল্‌লেম্‌ মমানা খাঙ্‌লেল্‌ফম্‌দা খোম্‌লাং শুম্‌থরে। "ইমাগী ইমোম্‌ লাংলেল্‌ মুংশিবী! পারী ইবুঙ্‌ঙো নাউরা চাউদবা! ইচাগী খোম্‌লাং মথাক্‌ অসি ইমানা পুবা ঙম্‌দ্রে। খম্‌মুং লৈবাক্‌তা ইচাবু কনানা খোম্‌লাং ইন্‌গবা! ইমানা শুম্‌লিবা ইচাগী খোম্‌লাং মথাক্‌ অসি থক্‌লগা পুন্‌সি চফম্‌ ওইরোকো, লাইবক্‌ থীবী" অস্‌ৃম্‌না পল্‌লেম্‌ মমানা খাঙ্‌লেল্‌ফমদা খোম্‌লাং শুম্‌থবা অসিবু খম্‌মুং লৈপাক্‌তা পারী-মমোম্‌না থক্‌চরে পারী লৃরাং লৈকোয়বা।

অহু নোংদগী অহল্‌ শীংকৃম্‌বশিংমু পারী-মমোম্‌না খাঙ্‌-লেল্‌ফম্‌দা লাইজ ঈশিং হৈররে। অসিবু শীংকৃম্‌বা অহল্‌শিংনা খম্‌মুং লৈপাক্‌তা থক্‌চরে। মফম অদুদা পাখঙ্‌ চামানা হাল্‌লগা শানৌ চামা ঙাইনৈয়ে হায়বগী "ঙাইনাথেল্‌" কৌয়ে। মফম অসিদগী

হন্‌দোক্‌পা :—

মপাংগল্‌ শোল্‌লবা মীদুনা অচৌবা র্‌ পুনীঙ্‌বগুম্‌,
মখোঙ্‌ থাংবা ঙম্‌দরিবা নাউরা চাউদরিবা অঙাংনা
অতিয়াদা থোক্‌লিবা লোইদাম্‌ থাবু খংনা পায়গে নীঙ্‌বগুম্‌না,
য়ীমায় মায়য়োন্‌না অতিয়াগী মন্‌ঙ্‌দা অনেম্‌বা মায়্‌কৈ থোক্‌পা।

(৫৫)

য়াইবীশিং অহু অমুক্‌ খম্‌নুং ইন্‌দাল্‌লক্‌লে*। য়াইবীশিং অহু হাওরে খা পাংলক্‌লে। য়াইবীশিংবু চীঙ্‌ঙ্‌ অরুম্‌বনা পুহুনা উমং কয়া চৎ, লোক্‌-তায় কয়া লাল্‌, পুচ্‌ক্‌-লাচ্‌ক্‌-লকৃতা শম্‌না য়াংগোই-রক্‌লে। অস্‌মনা পাংলক্‌পনা অমম্‌বা খোংলেল্‌ য়োঙম্‌লে। তাইবঙ্‌না খমনুং তুরেল্‌ কৌয়ে।

অমম্‌বা খোংলেল (খম্‌নুং তুরেল্‌)গী লাল্‌ঙম্‌দবা ঈপাক্‌ চাংজৌ অসিদি লংলা অমনা থোং থাই; শম্‌লাঙ্‌ অমনা পামবৈ ওই; অফবদা তৌজরক্‌পা, লাল্‌লকৃতবা য়াইফ মখৈদি লাল্‌হল্‌লে। নৎতবা অরাল্‌বা চৎলক্‌পা য়াইথিবদি লাল্‌থোক্‌হন্‌দে; হিদেল্‌ অমা লৈ। হি থাংহুনা লাল্‌হল্‌লে। হি অহুদি হিরাল্‌মল্‌ লৌয়ে। হি লাল্‌বীবদি মোরিয়া ফম্‌বাল্‌চা হংঙোই কোনদে ন্‌রাবীনা লাল্‌লে। অসিগুম্‌বা হি অসিবু লাল্‌থোক্‌পদা হিরাল্‌মল্‌ পীনবা হায়হুনা তাইবঙ্‌না অশীবদা শেন্‌ চেন্‌নাবনে। অস্‌মনা খম্‌নুং তুরেল্‌গী লাইজ ঈরাঙ্‌মা লাল্‌থোক্‌লগা য়াইফ নুংঙাই তৌজরক্‌পা কাঙ্‌লুপ্‌না মদোম্‌ মদোম্‌ চৎনৈয়ে। য়াইথিবশিংদি থোঙ্‌ঙারেল্‌গী মদাইরেম্‌না থৌরী কোঙ্‌গোয় পুন্‌হুনা পুরগা মতুংদা কাম্‌বা শল্‌-হোইবনা খুংতা চৈব্‌ল্‌ পায়না হোইহুনা পুইয়ে। য়ারৌ শাদোক্‌পনা নাকৃতা ইন্‌না মাগী মাগী তৌজ মতীক্‌মন্‌বু য়েংহুনা ইশন্‌না ইন্‌নৈয়ে। অস্‌মনা য়াংগোইরক্‌পা অসিনা খম্‌নুং মপুঙ্‌য়ায় য়ৌরক্‌লে।

*খমনুং ইন্‌তাল্‌লক্‌লে=অশীবগী লৈবাক্‌তা লাক্‌লে।

য়ীকায়্‌ খুম্‌নাফম্‌ ব্রোইরবা অব্রাং হারম্‌দগী হৌরগা অরোয়্‌বদা
চীঙ্‌খৈরোম্‌দা মায় ব্রোনজত্নুনা—

হোঙ্‌নেম্‌ লৃব্রাং নিংথৌ পুন্‌সিবগী থোইনা নুংশিরবা পুন্‌সি,
থৈজুপ্‌ মায়্‌থা কোন্‌বগুম কোম্‌ত্নুনা লৈবা পুন্‌সি,

.........................................................................................................

(৫৬)

অদু নোংদগী খম্‌নুং লৈবাক্‌ য়ৌরক্‌লাবদা, খম্‌নুং নিংথৌ থোঙ্‌ভারেল্‌না ব্রাহোম্‌লে; —"হে য়াইবীশিং! নঙ্‌গী নঙ্‌গী নপা নচাশিংনা নঙ্‌খোয়গী মখৌ য়াংগেল্‌লক্‌পগী নপোং-নচৈ লৌরুখো। নঙ্‌খোয়সিনা অমুক্‌ হল্‌লক্‌-নোংদা মহাক্‌ কৌবা য়ারৌ শাদোক্‌-পনা তৌজ মতীক্‌মন্‌ অফ-ফংতা য়েংত্নুনা ব্রায়েল্‌ তৌশে" অসি হায়না শীংকৃম্‌বা য়াইবীশিংদো হল্‌লক্‌লে। অদু নোংদা য়াইবী থব্রায়শিংনা খম্‌নুং মপৃঙয়ায়দগী‡ হল্‌লক্‌পা মতম্‌দি মাগী মাগী শমু হক্‌চাং পোলাং অতুদি শাবল্‌ য়াঙ্‌বী-থক্‌তা উপী ভম্‌জাউ পৈ, কূনা থক্‌তা থোং, লম্‌য়ায় কাইখিল্‌না খাম্‌পি মৈদা ঈক্‌লম্‌লে। অদু উবদা য়াইবীনা শমু মহক্‌চাংবু নু ভন্‌-নোংগী মীকপ্‌লে; "হে নুংশিবা হক্‌চাং নঙ্‌বু খাম্‌পি মৈদা ঈক্‌পসে ঐনা লৈত-নোংগীনিকো। থব্রায় ঐগা হক্‌চাং পোন্‌খ্রাং* নঙ্‌গা লৈমিন্‌নরিবৈগী মতমদদি খাম্‌পি মৈরীক্‌ অমনা শমু হক্‌চাংদা ফাওরম্‌মিদো। হৌজিক্‌তি উপি ভম্‌জাও পৈনা খাম্‌-পি মৈথারবসু খাম্‌পি মৈশা ফাওদ্রেদো; পাম্‌য়দকো নুংশিবা নঙ্‌বু" অস্নূম্‌না মীকপ্‌না তেংথারম্‌লগা য়াইবীনা "ঐনা চঙ্‌লগা শমু হক্‌চাং অসি হিংবা য়াবরা য়েংলগে" হায়দূনা কোয়না কোয়না মীৎ-য়েং শান্‌খৈরক্‌লে।

অদু নোংদা য়াইবী থব্রায়না খাম্‌পি মৈথক্‌তা কোয়না কোয়না পাইত্নুনা য়েংলম্‌লগা তাইবঙ্‌ মহক্‌নুংদা চঙ্‌খিরে। খাম্‌পি মৈনদি

---

‡খম্‌নুং মপৃঙ্‌য়ায়দগী = অশী লৈবাকৃতগী। *পোন্‌খ্রাং=হক্‌চাং পোলাং।

চয়োম্‌নরবা লাংফম্‌ কয়াবু কয়ারক, হন্‌না হেন্‌দোক্‌হন্‌বা পুন্‌সি,
লোইরক্‌লবা পুন সিবু অমুক্‌ হন্‌না খাম্‌খিবা পুন্‌সি,
অদূগুম্‌বা য়ীশিং শোক্‌পগা লওজবা পুন্‌সি,
মীয়ায়্‌ চল্‌লবা মীনা নহা রোইনবা পুন্‌সি, ............................................

(৫৭)

কন্‌না চাক্‌খিবনা মৈশা থাঙ্‌বা গুম্‌ত্রহুনা মহক্‌তগী চোংথোক্‌খিহুনা খল্‌লিবা থক্‌খল্‌গী মথক্‌তা য়াইবী মানা তোংলুরে। অদু নোংদগী থক্‌খল্‌সু খাম্‌পি মৈনা চাক্‌খরে। অস্‌ূম্‌না শমু হক্‌চাং পোলাংবু খাম্‌পি মৈথা মতোল, লোম্‌লবদা য়াইবী মাদি মালেম্‌-থক্‌তা মংফম্‌দা ওন্‌না থোইনা লৈহৌরে। হে পারী ল্‌ৱাং লৈকোয়বা! অস্থুম্‌না লৈহৌরবা থৱায় অসি কোরৌ নঙানি শুবদা, মাগী মালেম্‌ লৈশী থৱায় মিকোল্‌বদা তাঙ্‌জ মরু হুন্‌বদগী চঙ্‌লক্‌তনা মোংবা মশাইকোল্‌দা লৈররে। অস্‌ূম্‌না কোরৌ শীংব্‌ম্‌ তরা-মাথোইনি শুবদা মথৌ য়াংগেল্‌বদা অশৈবনা লৈমুং নোংখোং নোংনাউ শৈবু খোইয়ুম্‌, লাইমিং শোন্‌বা লোইরগা, অমাইবনা অশৈবদা শিন্‌নাহুনা অশৈবনা অতিংকোক্‌তা শিন্‌নরে। অতিংকোক্‌না মহাক্‌ কৌবা লাইদা শিন্‌নরে। মহাক্‌ কৌবা লাইনা খম্‌নুং থোঙ্‌ঙারেল্‌দা শিন্‌নরে। থোঙারেল্‌না য়ারৌ শাদোক্‌পদা হংদনা শাদোক্‌পনা মাগী মাগী তৌজরক্‌পা অফ-ফংতা তৌজ মতীক্‌মল্‌ য়েংদনা ৱায়েল্‌লে। অস্‌ূম্‌না য়াইবীশিং অদু য়াইফবনা নুংঙাইনা থম্‌লগা, য়াইথিনা অৱাবদা লাক্‌নাহুনা চহি কুম্‌ওন্‌গী চরে ফিরোয় থা, পামেল্‌ উক্রোঙ্‌ হোঙ্‌লগা তাইবঙ মীপোক্‌ তান্‌খিয়ে।

***"খোইয়ুম্‌, লাংব্‌ম্‌ অৱাবা" কৌবা লাইরিক্‌তা শিবগী মথৌ য়াংগেল্‌বা, উক্রোঙ্‌ হোঙ্‌বা (কুম্‌ওনগী ফিরোয়)নচিংবা তৌগদবা লাইশোল,-তীন্‌শোল, থৌরমশিং শুগায়না তাক্তুনা য়াওরি। লাইরিক্‌ সিদদি,-মতাঙ্‌ অমদগী পল্‌লম্‌দরে।

পন্‌থৈ অমনে

অহন্গী মতম্ ৱোইরবা দারী কাবদা চীঙ্জাউ কাবগুম্
ৱারবা মীস্পু নহা ৱোইনীঙ্বা লৈগী মশক্ ৱোইবা পুনসি,
মচা চারোল্ তরেৎ য়ৌনা পুনসিখিবা পুনসি,
অদুগা মস্পু স্পুরোল, তরাক্ শুবা ফাওবা হিংখিবা পুন্সি,

(১)

মপাল্ চাংজৌ নাইদ্রবা, হৌরক্ফম্-শাৎলক্ফম্ মপাল-মরা, মরূ-লেম্ফু থিরবদস্পু কনানস্পু খঙ্বা ঙম্নদ্রিবা, ঙম্খৈ পান্দমস্পু লৈত্রবা তেংবান্বা মপ্গী মতীক্তি হায়বা ঙম্লোইয়ে। মাবু তান্ফংনবা লম্বী-লম্দাঙ্ পীনরিবশিংদি কয়ামুক্নি; মপাল্ নাই-দনা য়াম্খরে। লাইরিক্ লাইশুশিং কয়াদবু ওইরবস্পু মাবুদি শীংথাহনা লোইবা থক্ লৈত্রবনি। অসিগুম্বা লোইররোইদববু থরা খজিক্তা পান্দম্ (মপা লাক) না ঐনা থরদং থেংনজখিবা লাইনিং লম্বী লম্দাঙ্বু পন্জরক্কে। সিদা নৎতনা অতৈশিং কয়ামুক্স্পু মপাল, নাইদনা লৈরম্খিগনি। ঐনা লাইনিং লম্বী অমদি ঐগী হৌরক্-শা-লক্ফম্গী মরম থেংনজরক্খিবগী মস্পুংদা "পোন্বী-লাং" "তাইবঙ, লাংবুম, সেম্বা" "নোংলোল্ পথপ্ ৱাচেৎলোল্" "শীংকুম্লোল্" অসিবুস্পুনি। অতুগা "শকোক্ লম্লেল্ অহান্বা" কৌবা লাইরিক্সিস্পু অমা ওইনা তাইবঙ্ মীওইবনা পরৈ চেৎনা নীংজগদবা লাইনিং, ঙাক্না চৎকদবা ফজ-ফজরবা চুম্থুনতা লৈরগদবা, কক্পা ৱাদ্রবা লীচৎ অমদি চীঙ্ঙ্ নোংদম্বা মপ্ মাবু তান্ফংনবগী চঙ্জফম, মরূ ওইরবা, তৌদ-য়াদ্রবা তৌফম্ থোক্লবা লম্বী লম্দাঙ, মখল্-মখা অয়াম্-বশিংদি নীংথিনা শুগায়নস্পু লাইরিক্সিদা ৱাণ্ডেরম্লি। অসিগুম্বা "শকোক্ লম্লেল, অহান্বা" কৌবা লাইরিক, অসিদগী মরূ ওইনা লাইনিং লম্বীগী মরম্দা অমদি মরী লৈনবশিং হাপচিনবা য়াবা থরা মখৈ শৎতোক্চহনা মথাদা পীজরি। অসিগা লোয়ননা অতৈ অতোপ,-অতোপ্পা লৈরম্লিবা লাইরিক্শিংদগীস্পু শৎতোক্চহনা মথাগী মরক্

অদূ ফাওবদা মশক, হোংখিদবা পুন্‌সি,
চাবা থক্‌পা মহাউ খঙ্‌না চাখিবা পুন্‌সি,
মীরোয়বগী নুংশি নুংরোল্‌ মাঙ্‌খিদবা পুন্‌সি,
মদূগী ৱারী তাবদা তাইবঙ্‌ পান্‌বদা পোক্‌পা মীরোয়বগী

..........................................................................................................

(২)

মরক্‌তা মতেক্‌-মতেক, ওইনা মতাং মতাং য়েংদুনা লাইরিকসিদা হাপ্‌চরিবনি।

"শকোক্‌ লমলেল্‌ অহান্‌ব"দগীনি, মখাগীশিং অসি—

ওঁ হয়ি চক্‌কী অহান্‌বদা ঈহান্‌ হান্‌না পান্‌খিবা তাইবঙ্‌ মীগী নিংথৌদি "কাংবা" কৌবনা মচা মাপন্‌ পোক্‌তুনা পাল্‌লে। মানা পান্‌বা মতমদা নীংলম্‌বা লাইনিং লমচংতি অরেপ্‌পা ওইনা লাই নীংঙ্‌; লাইদি 'সনা মহিনি'। অরেপ্‌পা হায়বদি ঐগী ইশাগী লাই মশক্‌ খঙ্‌ববু অরেপ্‌পা খঙ্‌বা কৌয়ে। অরেপ্‌পনা লাল্‌নৈয়ে।

হয়া চক্‌তা মোরিয়া ফম্‌পাল্‌চানা পাল্‌লিদৈদা নীংলম্‌বা লাইনিংদি লম্‌চং অচুম্‌বনে। অচুম্‌বা কৌবদি "থরায়্‌ খঙ্‌ববু" কৌয়ে। লাইদি সরারেল্‌ অচিবনে।

মতুং খুনুংচক্‌ অসিদা পান্‌বদি নিংথৌ কক্‌সু তোন্‌কোন্‌বা, লৈমা উরুম্‌ খাউজোন্‌বীনে। অসিদা নীংলম্‌বা লাইনিংদি কৌক্র নীংয়ে।

অকোন্‌বা কোন্‌ন-চক্‌ (লাংব চক্‌) অসিদা অতিয়া সিদবনে, অপান্‌বনে, অশীবনে লাই অহূম্‌মক্‌না থোক্‌পীরক্‌তুনা থরায়্‌ অয়াম্‌ববু শেমবীগে হায়দুনা শাগৈ শল্‌লাই তরেৎমক্‌ মুমিৎ চয়োল্‌ তরেৎমক্‌, থা তরা নীপোইমক্‌, পুং, খেল্‌, মিকুপ্‌, নাহুম্‌, পাল্‌লিবা অসি খৈরীক্‌পু শিন্‌থোং ভুম্‌না য়াৎপীরে; শেম্‌বীদুনা মতৌ অস্‌ম্‌না থম্‌বী-রম্‌লগা লাইয়িংথৌ অপান্‌বদি মমিং 'ক সনা পাখঙ্‌বা' কৌনা মীসু

পুন্‌সি ময়োল্‌ রোইবা পোৎনা তেক্‌খৎহন্‌বা পুন্‌সি,
অসিগুম্‌বা পুন্‌সিগী মশক্‌ রোইবা লৈ,
মপা মশক তোপ্‌না লৈবা পুন্‌সি,
অপোক্‌পী পল্‌লেম্‌ মমা খঙ্‌বা ঙম্‌জবা পুন্‌সি,

........................................................................

(৩)

লাইস্ন ওইনা লৈপাক্‌কী মপ্‌ ওইনা ফম্বাল্‌গী চাক্‌চা চানা লাইরেল্‌ লোক্‌তা লৈরত্নুা কংলাদা পান্‌খি

কোন্‌ন-চক্ অসিদা লাইনিংদি পাখঙ্‌ববু নীংগদবনে। পাখঙ্‌বা লাইনিং হায়বদি "মহাক্‌ খঙ্‌বা, থরায় খঙ্‌বা, কুরু-লাই খঙ্‌বা, মমা মপা খঙ্‌বা, মহাক্‌কী পৃকনীং শেংবা, চাবা থক্‌পা ঙৌখিবা, ময়ূম্‌ শেংবা হৈবা, ঐনা চৎলিবা লিংজেল্‌বু ঐনা খঙ্‌বা" অস্নমনা কৌয়ে।

অসিগী মতুংদা মৈতিংঙ্‌ নাউথিংখোংনা নিংপৌ ওইত্নুা পাল্‌-লম্‌মী। মাগী হাক্‌থক্‌তা 'মঙাং, লৃরাং, খূমন্‌' অহূম্‌না লাইদগী মীগী মপোক্‌ ওইনা লাক্‌পিরত্নুা থরায় অয়াম্‌ববু লাল্‌বীগে হায়দূনা

***লৈসেম্‌লোল্‌ কৌবা লাইরিক্‌তা চক্‌ মরীমক্‌কী মরম্‌দা য়াওরম্‌লীবদি :— "নঙ্‌নস্ন ঐবু খঙ্‌বা, ঐনস্ন নঙ্‌বু খঙ্‌বা, মনীং-মখা তমবা, মরা লেমফু চেৎনা লৈবা, শীন্ন-থুংন ন্নুংঙাইববু 'হয়ি চক্‌' কৌয়ে" হায়রি।

"হায়খিবা রানা নঙ্‌ ঐগী লেঙ্‌দবা থৌঙম্‌ তৌঙম্‌দবা য়াদবা ওইবা রাখল্‌বু 'হয়া চক্‌' কৌয়ে।"

খুন্নুং-চক্‌ কৌবদি "থকশী কারন্‌ কায়দনা মতীক্‌ চানা মশানা সেম্‌না লৈঙম্‌নবা নঙ্‌ ঐগী রাখল্‌বু 'খুন্নুং-চক্‌' কৌয়ে।"

"নশা ইশাগীতা তোংজ অরাঙ্‌বনা থুম্‌হৎতুনা থক্‌শী-খাশি নাইদনা চৎলক্‌পা ঐগী রাখল্‌বু 'লাংব-চক্‌' কৌয়ে"।

মুংশি চান্নবা মরূপ্ রোইবা তাইবঙ্ সেম্বা মপূবু খঙ্জবা
ঙম্বা পুন্সি,
মহাক্কী পুন্সি অসীগী মন্ঙ্দা মচা-মশু পুক্তা শোইদাবা
মশণ্-মরোক্ থন্না পাল্বা ঙম্বা পুন্সি,
অচা অথক্ রাংতনা পান্বা পুন্সি,

(৪)

ফাওবীরক্লবদা, নিংথৌ নাউথিংখোংদি লাইগী খুয়াদা থরায়্-হক্চাং কৎনা নিজরবগী, লাই অহূম্মক্কী মঙাং কুরুনা নিংথৌগী মপূক্নীং অরেপ্পবু উরবগী, কুরুগী য়ারা অথূমবনা হায়রক্লে;—"হে নিংথৌ অথোয়বা-ও! নঙ্গী পূক্নীং অপামববু হায়য়ো? নঙ্গী পুক্নীং মতুং ইন্না তাক্পীগে।"

অদুদা নিংথৌদি মমীৎতা মপী শিন্থরগা লৈপাক্তা তুনা হায়জখি; "হে কুরু ইপুংঙো! নিংথৌ ঐবু কুরুশিংনা থৌজাল্বীগে হায়রবদি মী ওইরিবা ঐখোয়না লাইনিং লম্চৎ করম্বনা থরায় হক্চাং পূন্না করম্না লাল্সিবনো? পোক্লবদি শিগদবা মরৈরে; তোক্ফরোই। থরায়্না লাল্গদবগী অসিবু কুরুনা অথূপ্পা লৈতনা হায়বীয়ো?"

অদূদা মঙাং লাইনিংহন্না হায়বীরক্য়ে;— "হে নিংথৌ অথোয়বা-ও! চক্ অকোন্বগী অসিদা লাই কুরু মহাক্তি ফংবা ঙম্লরোই। মিংলেল্ শিদববু থোইনা হেন্বা অমা লৈত্রবনে। লাই কুরু মহাক্সিদি মী মরু, মী মহেন, মী মচং, থরায় চঙ্খোন্-বদা মরৈয়ে। তৌবসুং খোইয়ুম্, লাইরম্লেল্, অথোয়বা থরায়, হায়রিবা থৈবীক্না নীংগদবা মতমবু খিজিক্তা হায়রক্কে! হে লাইরেল, মৈতিংঙু! লাই কূরু হায়বদি তারো। অভিয়া মশক্ খঙ্বা ঙম্দবা অমা, নোংথাং কূপ্পা, চূমিথাঙ্, খান্বা মতম্ঙম্, মরোল্ অনীমক্কী

মমা মপাগী মায়য়োক্ থাকম, ৱোইজবা ঙম্‌বা পুন্‌সি,
মচা নিপাবু য়োক্‌চবা ঙম্‌বা পুন্‌সি,
মচা মুপীবুস্থ য়োক্‌চবা ঙম্‌জবা পুন্‌সি,
লাই নীঙ্‌জদূনা লাইবু কাউদবা ঙম্‌বা পুন্‌সি,

(৫)

মমুংদা চঙ্‌দূনা লৈরিবা, মমুং মপাল, অনীমাগী নাতৈ শম্‌নরিবগী মমুংদা প্‌কনীংনা নীংগদবা মহাক্ সিদবা কৌবা লাইদি অসিনে। অথ্‌প্‌পা ল্‌রবা ৱানে। মহাক্ খঙ্‌বা হায়বদি অসিনে। য়েংবদস্থ উদে। নীংদনস্থ হেক্ ফংদে। তাক্‌তুনস্থ খঙ্‌দে। প্‌কনীং লেপ্‌-লবদি অরেপ্‌পা শোয়্‌দনা ফংয়ে। লাই অসিদি নিংশাগী হোন্‌দোক্‌-হোন্‌জিন্‌বদা "হো য়ি" হায়বা অনীমাদি মী খৈবীকনা খঙ্‌ লৈ, খঙ্‌দ্‌নস্থ প্‌ক্‌নীংনবু লেপত্রবদি অরেপ্‌পা মশক্‌ ফাওবা ঙম্‌দেয়ে। অরেপ্‌পা ফম্‌পি খঙ্‌বানদি নিংশা হোন্‌খোক্‌খিবদা লাইনিং চেংলবদি হোনদোক্‌খিবগী খ্‌দোল্‌ অনী মখায়দা অতিংঙাদা ইলং-লংনা চাল্‌না লৈবনে। মাবু তাইবঙ্‌শিংনা ফংজগে হায়রবদি কুরুনা তাক্‌পিবা ময়েক্‌ অদো প্‌ক্‌নীং থিংজিনদূনা (চঙ্‌না) "হো রো সো" অহূম্‌মাবু মমৈ মকোক্ ওন্‌ননা য়াথং অহূম্‌লক্‌ হন্‌না শোল্‌লো। অহু নোংদগী মহাক্‌ হায়রিবা লোয়নবা কুরুশে মীগী মশক্‌কুম্‌না শংসঙ্‌না ফাও-রক্‌কদবনে (থোরক্‌কদবনে)। নীংগদবদি অহীং চীক্‌লবদা তৌও, অরেপ্‌পা ৱানে। হায়রিবা লাই মসিবু চেংনা নীংজহুনা হৌজিক্‌না শেম্‌জহুনা খঙনা থম্‌জো'ও। থাবল্‌ ফরবা নোং মংত্রবা মতমদা য়েংজগনিয়ে। লাইশোন্‌দি " হো রো সো, রো সো হো, সো রো হো, হো সো রো, রো হো সো" ॥ অমুম্‌না শোল্‌লো উগদবনে। অসিবু থম্‌জরবদি হয়েং হল্‌লম্‌দাই মতম্‌ থোক্‌লবদা লম্‌জাওদা ৱাই শংনা চৎপগুম্‌ মনীং তম্‌ববু চংপা ঙম্‌জগদবনে। হৌজিক্‌না খঙ্‌নবা

পুন্‌সিরবদা খোইয়ুম্‌ লাইংগী মিংলেল্‌-মিংথৈ অথোয়্‌রবু শোন্‌জবা
ওম্‌বা পুন্‌সি,

হোঙ্‌নেম্‌ ল্‌রাং শিংথৌ পুন্‌সিবগী পুন্‌সিদি য়াম্‌ত্রবনু হাপ্‌চিন্‌বা
য়াবা পুন্‌সি,

য়াম্‌লক্‌ত্রবা পুন্‌সিবু অমুক্‌ হন্‌না হাপ্‌চিল্‌হুনা পুন্‌সিবা লৈ,

...............................................................................

(৬)

থিহৌত্রবদি হয়েং হন্‌খিবা অরাবা তারবা মতম্‌দা লম্‌থোং ওক্‌কদবনে। মহাক্‌ অসিগী অরেপ্‌পা নীংগদবদি কুরুগী খ্‌য়াদা চেৎনা হুংজহুনা নীংজৌও-ও, থাদোক্‌গনো, অরেপ্‌পা মহাক্‌নে।

নিংশা তানীমক্‌পু খোয়দৌ মহাক্‌পু ওাল্‌না উনা খঙ্‌না নীংগদবা মতম্‌ অমত্তবু হায়গে। প্‌ক্‌নীংদা অকীবা লৈতবা, থরায়্‌ মুংঙাইবা অরেপ্‌পা "হো রো সো" অহ্‌ম্‌ অসিনা খোয়দৌবু ফাগদবনে। হোল্‌লিবা নিংশাবু থিংহুনা নীংগদবনে। খোয়দৌ মহাক্‌কী মমিংদি "লৈয়োলমু লৈয়ামু রো রো নপ্‌" কৌয়ে। খঙ্‌ও। লেপ্‌না তোং; চেৎনা শোন্‌জরবদি তেংবান্‌বা মপ্‌ মহাকপু লীক্‌লাই মচু ওইবা খোইয়ুম মহাক্‌পু লেপ্‌না ফংজগদবনে। মসিগী খোঙ্‌জোম্‌ ওইগদবদি— "প্‌ক্‌নিং ওপ্‌পা, মরাই চুম্‌বা, মপ্‌ক্‌ শেংবা থরায় ওাক্‌পা অরেপ্‌পা কাউদবা, লিংজেল্‌ শেবা" মখোয় তরেৎ অসিবু খক্‌ থাদোক্‌ফরোইয়ে। মসি ওাক্‌না চৎচবা ওমজরবদি থারায়বু লালওম্‌ত্রবা ঈপাক্‌তগী লায়না লাল্‌বা ওমগদবনে। হে নিংথৌ! অশুম্‌না খঙ্‌ও মহাক্‌ কৌবা লাই অহুদি (থৌরায়্‌ মঙামক্‌কী লৈফম্‌দি য়েংকি মীৎতা লৈ, অমনা ওয়গী খ্‌মীৎতনে) মীৎ মমুংগী মশক্‌ অহুনে তাঙ্‌না খঙ্‌ও।

হোল্‌লিবা নিংশাগী মমুংদা লৈরিবা মাগী খোঙ্‌চৎশিংবু নীংথিনা মশক্‌ খঙ্‌না শীজন্‌নফম্‌ খঙ্‌না শীজন্‌নবা ওম্‌লবদি তাইবঙ্‌

সুংঙাই য়াইফনা পান্‌বা ঙম্‌জবা পুন্‌সি,
পুন্‌সি সুংশাংনা পান্‌বা ঙম্‌জবা পুন্‌সি,
শিরম্‌দাইগী অরোয়্‌বদা মহয়্‌ চাবা পুন্‌সিবা লৈ,
অসীগুম্‌বা পুন সিগী লৈরাং অসীবু পুহ্নুনা হায়্‌বদি পুন্‌সিজহ্নুনা

.........................................................................

(৭)

মপোক্‌তা অতাঙ্‌বনে, হীরম্‌ খুদীংমক্‌তা তৌ-ঙম্‌দবা লৈতে। মাদি খ্বাইদগী অথোয়্‌বা, অহেল্‌লবা অমনি। নিংশাগী মরমদা ইরম্‌বা লাইরিক্‌শিংনা অমদি খঙ-হৈরবা লাইনিং অহল্‌শিংনা খ্বাইদগী অথোয়্‌বা, অমা লৈত্রবনি হায়না নিংশাবু চাউনা পল্‌লম্‌মী। "শকোক্‌ লম্‌লেল্‌" কৌবা লাইরিক্‌সিদা য়াওরম্‌লিবদি পূকনীংবু পরৈ চেৎনা ব্রাখল্‌ লীচিং অমতা ওইহ্নুন লাইনিং লম্‌বী চঙ্‌শীল্‌লক্‌পদা অকায়্‌বা পীবা ওইগদববু মৈ. ঈশিং. সুংশিং নচিংবা তোঙান্‌-তোঙান্‌বা পূং মশীং মতম্‌ নাইনা পুরিবা খেন্‌ফম্‌শিংনা লাক্‌পা মতম্‌দা মখোয়্‌বু ফাজীন্‌দূনা লাক্‌শীল্‌লবদি লাইনিং লম্‌বী চঙ্‌শীন্‌বদা য়ারবনি। শকোক্‌ লম্‌লেল্‌দা তাক্‌লম্‌বা মতুং ইন্‌না মখাদা তাক্‌লি।

তাইবঙ্‌ পান্‌বা 'ব্রাখল্‌' অসিদি মালং সুংশিংকা পাংথক্‌ (অমতা)নে: ব্রাংলেন্‌ গাইহাক্তা পোৎথাবা কৌবা লৈতবনে। লাইজ ঈমায় থক্‌ত, তাউবা লৈরাং থম্‌হাল্‌ মনানা তৌবগুম্‌য়ে। এনা য়োগে তাল্‌লক্‌লিবা লাইনিংবু সুংশিংকি মশক্‌ ওইরবা ব্রাখল্‌না কোয়হ্নুম্‌-হুমখিহ্নুনা য়ৌবা ঙম্‌খিদবনে। অসুম্‌ ওইবা 'ব্রাখল্‌' অসিবু কোয়থৌ-থৌরিবদি তাইবঙ্‌গী শম্মু হক্‌চাং-সুংদা ব্রায়েল্‌লিবা লাই মরী(৪) লৈরিয়ে। ব্রায়েল্‌লিবা লাই মরীমক্‌কি লৈফম্‌ খঙ্‌গদবনে। মরী-মক্‌কি থৌরমদি থব্রায়্‌ হক্‌চাং অসিবু মনীং তম্‌না অফবা ফৎতবা ব্রায়েল্‌-লিবনে। ব্রায়েল্‌লিবা লাই মরী অসিগী মশক্‌ খঙ্‌নবা হায়গে। লাই অমনা পূক্‌নীংনে। লাই অমনা লৌশিংনে। লাই অমনা লিংজেল্‌নে।

পুন্‌সিগী লৈরাং অসীবু শীঙ্‌ঙেল্‌ নাচোম্‌ শানা ননাই
য়ীশৈ শক্‌চরিবা নচা ঐহাক্‌না তাইবঙ্‌ নঙ্‌গী মুংশি কোলোয়্‌ মিংলেল্‌গা
লোয়্‌ননা মিকোন্‌ থাগোন্‌নবা পুন্‌সি লৈ অসী তাইবঙ্‌ য়োক্‌পী
পল্‌লেম্‌ অপোক্‌পী য়ীমাগী কোলোয়্‌ মিংলেল্‌ মুংশিববু শক্‌চ-

(৮)

লাই অমনা খোয়্‌জেল্‌নে। হায়্‌রিবা লাই মরী অসিদি কপ্‌ত্র্‌ লাংলেল্‌ য়াখুম্ন "হো য়ি" কৌবা লাই মহাক্‌কি নাউয়োম্‌বু "হো, রো, সো, লো" অস্থুম্‌ হায়না কৌয়ে। হায়রিবা লাই মরী অসি মশক্‌, মতৌ, মশক্‌ মচু মমেল্‌ অফ-ফংতা তৌরিববু তাঙ্‌না খঙ্‌ও। তাইবঙ্‌ পান্‌বগী প্‌কনীংনা নীংলক্‌পা খৈবাক্‌পু লৌশিংনা অফ-ফৎতা য়ায়েল্‌লিবনে। লৌশিংবু লিংজেল্‌না থৌশীল্‌লি। লিংজেল্‌বু খোয়্‌-জেল্‌না থুম্‌জিলহ্নুনা লাক্‌শীল্‌লি।

অস্থুম্‌না তাইবঙ্‌ য়ায়েল্‌ খোদারিবা লাই মরীমক্‌পু মুন্‌না থিহ্নুনা প্‌ক্‌নীং মানা নীংলক্‌পবু লৌশিংনা য়ায়েল্‌লিবনে। মানা চৎপা লমচৎস্থ লম্‌লোঙ্‌ কয়া শুরিবনো ? লিংজেল্‌গী হিদেল্‌ কদায়দা তারিবনো ? খোয়্‌জেল্‌না করম্‌না অফবা ফংতবা য়ায়েল্‌লি হায়্‌না য়ারিবনো হায়বা মুন্‌না থিগদবনে। তাইবঙ্‌ মালংদা মখোয় মরী অসিনা অহীং মুংথিল্‌ নাইদনা য়ায়েল্‌লিবগীবু মতম্‌ করিগুম্‌বদা মতৌ অফবা ফৎতবা পোক্‌হললিবনে। মফম করিগুম্‌বদা মতৌ ফৎতবা কল্‌লক্‌ য়েক্‌নবা থোরম্‌ খৈবাক্‌পু য়াম্‌না ওন্‌না ওন্‌না তৌ-হল্‌লিয়ে। অফবা ফৎতবা অনীমক্‌পুদি য়ায়েল্‌ খোদারিবা মরী অসিবু ঐনা থুহ্নুম্‌ চল্‌লাবদা মপ্‌ কৌবা লাই 'হয়ি' হায়রিবা চাদ-থক্‌তনা লৈথ্রবা মপ্‌ ইব্‌ঙ্‌ঙো তাইবঙ্‌না চার-থক্‌লগা মানা পেন্‌বা চীঙ্‌ঙ্‌ মহাক্‌না অফবা ফংতা অনীমক্‌পুদি মহাক্‌না করি লৈত্রবা তাইবঙ্‌-পান্‌বা অসিগী মৈগী ঈরৈ অসিবু তুংদা থম্‌লম্‌হ্নুনা থরায়না ঈলায়-লায়না লাল্‌থোক্‌পা ওমখি্‌য়ে।

শোন্ জহ্না কোন্ জিন্ জরম্ লগে। "হে—য়ীমা য়ীবেম্ মা, পল্ লেম্, য়ীমানা পোক্পিবা নচা, নচাবু পোক্পী য়ীমা-ও। মীয়োয়্বগী হক্চাং কয়াৎ মন্ ঙ্দা প্ কনীঙ, য়ীঙ্না য়ীচিক্ হুন্হুনা মুংঙাইনা থাদোক্ত্তনা লৈবীয়ু ॥১৬॥

---

খৈরবা

(৯)

পুন্সি লম্লেল্ অথোয়ববু হায়গে চেৎনা তাও। হো নে, রো নে, সো নে, লো নে, মরীমক্ অসিনা হক্চাংবু পরে ওইনা ফারিয়ে। হো না খোয়দৌনে, মৈনে। মৈ কৌবদি অশাববু হায়বনে। অশাবনা পাংগল্ ওই। লৈবা খৈবীক্তা নীংবা, অথৌবা, ময়ায়্ কাবা,

---

***"শিংলিগী রারম্ নিংশাগী রারোল্" কৌবা লাইরিক্তা য়াফম্-শিংগী লৈফম্ হায়রম্মীঃ—

পায়া অমনা লেপ্ তম্ও। অনী ওইনা থ্প্ও ময়ায়্গী মফম্ অতুদি "মুংশিংকি য়াফম্নে।" মফম অতুদগী খুদোল্ অহ্ম্ কাখৎলো। মতুদি "ঈশিংগী য়াফম্নে"। অতুদগী খুদোল্ অহ্ম্ কাখৎলো; মতুদি "লৈপাক্কী য়াফম্" লৈবনে। অতুদগী কাপ্লেল্ অমা কাখৎলো; "মৈগী য়াফম্" লৈরিবনে। অতুদগী কাপ্লেল্ অমা কাখৎলো; "নোংথৌ মতোল্ নোংশিংকি চীঙ্দোল্নে।" অতুদগী কাপ্লেল্ অমা কাখৎলো; "অতিংঙাগী য়াফম্নে।" অতুগী মথক্তা অতিংকোক্ কৌবা মফম্ অমা লৈয়ে। মফম্ অতুদা থরায়না মুমিৎ খুদিং চোংবনে। থরায়না মুংশিংকি য়াফম্দা লৈরবদি হোই-হাম্বনে। ঈশিংগী য়াফম্দা লৈরবদি তিন্চুম্ খানাংবনে। লৈপাক্কী য়াফমম্দা লৈরবদি ল্ম্-থাবনে। মৈগী য়াফম্দা লৈরবদি শাউগৎল্-লেল্কল্বনে। নোংথৌ মতোন্দা লৈরবদি রা-লাল্ হায়নীং চৎনিংদবনে। থরায়না অতিংঙাগী য়াফম্দা লৈরিঙৈদদি কাউশা-লেল্শানরে" হায়বা তাঙ্না খঙ্ও।

(১০)

মুংঙাইবা অসিনে॥ মথং অমদি সো নে। সো মাদি মুংশিংনে; লাক্‌লেল্‌গী নাতৈনি। মুংশিং মহাক্‌তি অমাঙ্‌-অতা (মাঙ্‌খি-তাখিবা) লৈতনা মানা মানা পাম্‌লিবা মশাগী মশক্‌নী, প্‌ক্‌নীংবুম্ থৌরি। মহাক্‌তি থরায়্‌, পান্‌বনে, হিংহল্‌লিবনে॥ মথং রো মাদি ঈশিংনে। ঈশিংদি হক্‌চাংনে খঙ্‌-ও! থরায়্‌. হক্‌চাং, প্‌কনীং অহুম্‌ অসিবুনে খঙ্‌ও॥ মথং লো মাদি লৈমরেল্‌নে। লো দি খোয়্‌দোনে। অনীমক্‌-না তিন্‌নবা মফম দি শয়েঙ্‌গা, খোঙ্‌শাবীগা অনীমক্‌নে। হো, রো, সো লো, মরীমক্‌ অসিগী ফম্‌পি (তিন্‌নফম্‌) খঙ্‌গে হায়রবদি মমুংদা লৈবা লাই মফম্‌ মরীমক্‌তা হো গী মফম্‌নি। সো না রো দা তোংলে। রো দি লৈমরেল্‌নি। মহাক্‌তি খোয়্‌দোনে। লো দি থম্‌বাল্‌ লকা অরোঙ্‌বা অচুনি অসুম্‌না খঙ্‌ও। সোয়দবা লুরেল্‌, লুরবা রানি। মখোয় মরী অসিনা মথং মথং শিন্‌নচুনা মুমিং, থা, থরান্‌মীচাক্‌, চহি ওইচুনা তাইবঙ্‌ পান্‌বা খৈবীক্‌পু পুরিয়ে। মরীমক্‌ অসিনা হক্‌চাং মমুংদা লৈচুনা অফ-ফংতা অনীমক্‌পু তম্‌বী-রিবনে।

মহৌশা ওইবা হোল্‌লিবা নিংশানা চংলিববু প্‌কনীং লুনা খঙ্‌গদবনে। অহান্‌বদদি হো মৈনা চংলে। চংলি চংতে হায়ববু করম্‌না খঙ্‌গদগে হায়্‌রবদি হোল্‌লিবা নিংশা অচু মতাঙ্‌ কুইরবনে, থবেৎ-থবেৎ হোন্‌না কিথি কিরুম্‌না তৌবনে। হোল্‌লিবা নিংশা অচু নাতোন্‌ ওয়ঙুং য়েংঙুং লাক্‌চী মমুংথংবা অনীমক্‌তা শানা ঙানা য়ৈনা চংপনে। অশুম্‌না চংলিঙৈদি মহাক্‌কী হক্‌চাংদা খোয়শাঙ-লিন্‌শাউনা, চোক্‌থ-হুইথনা তৌবনে। অশাওবা রাহৈ-রাঙাঙ্‌ ঙাই-হাক্‌তা ঙায়্‌রে হায়বা খঙ্‌ও। তৌরক্‌লিবা খ্‌দম্‌ অসিবু খঙ্‌লবগা প্‌ক্‌নীংবু লৌশিংনা থেম্‌চুনা, রাখল্‌ তৌনা খন্‌থচুনা ফুংগা লোংজুম্‌

(১১)

(△) শাবা মশক্কা লোয়্ননা মচুবু সনাহিদাক্ ওইনা চল্শিল্লো। মসিগী খোঙ্জোম, ওইগদবা, লোয়ন্গদবদি 'হো হা' লাউদনা অতপ্পা (তপ্থবা), প্কনীং মুংঙাইবা, হরাও-তয়াম্বা অহ্ম্ অসিনা মৈবু ফানৌ ও, অরেপ্পনে। মসিবু ঙম্লবদি মৈনা চাক্পা ঙম্লরোইয়ে হায়বা খঙ্ও।

মথং অমদি মুংশিংকি খেন্ফম্দা চংলিঙৈদি হোল্লিবা নিংশা অত্থু চ্ম্খ্ন্ চুম্না লাকচী অনীমক্কী মথক্তা চংকদবনে। অশুম্না নিংশানা চংলি'ঙদি মহাক্কী হক্চাংদো প্ক্ লিন্গাম্না তিন্চুম, খানিকপনে। চানীং থক্নীংগ্রবনে। প্ক্নীংদি মুংশিবগী মশক্, মুংবংবগী মঙং ওইরক্পনে অশুম্ খঙ্ও। অত্থুগা নচীন্নে, নঙৌনে, নরৈনে অহ্ম্মক্ শায়্না অশঙ্বা মচ্নে, শুন্গী মশক্ (অহাঙ্বগী মশক্ ○) অকোয়বা অত্থুবু লৈনা লৈনা পুশিন্না চিংশিনত্থুনা চনীং তানা য়োংথোও, মুংশিংকি তেন্নে অশুম্ খঙ্ও।

মথং অমদি ঈশিংনা চংলিঙৈগী খেন্ফম্ হায়্গে। হোল্লিবা নিংশা অত্থু খারম্দা হন্থনা মরী চ্ম্খুন্ চুম্না নাতোন, অনীমক্তা পাংথক্ মান্ননা নিংশা অদো চংপনে। ঈশিংগী মশক্তি থা মচেং(◡) শানা মচুনা অঙৌবা অপান্বা ওইরিবনে। হক্চাংদি ল্ম্থবনে। চাবা থক্পা তৌরবসুং হাউত্রবনে। নাতোন্ খোংবনে। প্কনীংদি থৌবনে। অতপ্পা, অশিংবা, অইংবা পোক য়ে। মতম্ অত্থুদা থোক্লবদি ঐনা ঐনা পাম্বা মফম্ অত্থুদা নীংজত্থুনা থরায়বু নিংশাগা লোয়ন্না লৌশিংনা চিংশিন্না মথক্কী মশক, মচুসুং লাক্-শীন না চিংশিন্হল্লো লেপ্না পাঙ্বনে অশুম্না খঙ্ও।

মথং অমদি হক্চাং অসিবু লৈপাক্কী খেন্না পুরিঙৈদি থরায়না লাইপক্তা লৈয়ে। হক্চাং ল্ম্না থায়রে। নাতোন, অনীমক্পু নিংশা

(১২)

মরী চ্‌ম্‌থ্‌ন, চুম্‌না হোল্‌লিবনে। মাগী মশক্‌তি চিথেক্‌ মরী নাইব (□) নে, মচু চুদাদি নাপুনে। প্‌কনীং তপ্‌পনে, মীনা ঙাংন-শানবসু থুম্‌নিংদে, ঙাংনীং-শক্‌নীংদবনে, ল্‌ম্‌না থানা লৈবনে। মতম্‌ অদুদা নাকোংনা তাবগী মুংঙাইবা, মীৎনা উবগী অপাম্‌বা, নাতোন্‌গী মনম্‌ মুংশিবা নম্‌বা মরম্‌ অহ্‌ম্‌মক্‌ অসিগা, মাগী মশক্‌ মচুগা লোয়্‌ননা নিংশাবু ফাজীল্‌লো লেপ্‌না পাঙ্‌বনে অশুম্‌না খঙ্‌ও।

লাই মরীমক্‌ অসিগী মমুংদা নাতোন্‌ অনীমক্‌পু মপুক্‌ থন্‌না নিংশানা চৎলবদি মেহেনত্রি কৌবা অথোয়বা মপ্‌ ওইরিবদো অদুদা মীৎকুপ তরেৎলক্‌ চঙ্‌দনা চ্‌ম-শো ওইরি। (খেন্‌ফম্‌ অথোয়বা মতম্‌ অসিদদি মরোং খোং হায়না কৌবা মরু ওইরিবা শিংলিগী মমুংদা চঙ্‌শীন্‌বা ঙমবা অতাঙ্‌বা মতম্‌ অমনি। মতম্‌ অদুদা লাইনিংব শিংনা পরৈ চেৎনা প্‌কনীং ব্রাখল্‌ লীচিং অমতা ওইদুনা অপাম্‌বা নীংজরিবা অদুদা ল্‌প্‌শীন্‌বা ঙম্‌মী। লাইনিংবশিংনা তান্‌নরিবা অতাঙ্‌বা মতম্‌দু অসিনি। মাবু ওইনাবনি কয়া থৌরাঙলিবসে।) মতম্‌ অদুদা প্‌কনীংদি অফবা তম্‌বা, লৌশিংদি অথোয়ববু ফাওরবনে খঙ্‌ও।

ব্রারম্‌ অমা হায়রক্‌কে। মৈনা হৌরক্‌লবদি হো-গী চৈথেবু রো গী চৈথেনা লাল্‌লো, নন্‌লো, খল্‌লে। হো দি খৌরিদগী থক্‌লোম কাহল্‌গনো। মীৎকুপ তরেৎ শান্‌নৌও, হক্‌চাং ফবনে। মুংঙাইবনে, পুন্‌সি মুংশাংবনে। ঈশিংনা হৌরবদি লো দা থম্‌ও। হো না প্‌ঙ্‌চৈ ওইয়ো, য়ারোম্‌দা হোন্‌দোক্‌ও। মুংশিংনা হৌরবসু সো গী

---

* * * শাকোক্‌ লম্‌লেল কৌবা লাইরিক্‌ অসিদা য়াওরিবসি নৎতবা অতৈ অতোপ্‌পা লাইরিক্‌তদি লৈপাক্‌ ঈশিং, মুংশিং, মৈ, অতিংঙা, মহেন্দ্র অশুম্‌না থেংনবা লৈ, মসিদদি য়াওরম্‌দরে।

(১৩)

প্‌ঙ্‌চৈ য়েনবা নিংশা হোন্‌দোক্‌ও। অশুম্‌না খঙ্‌ও। য়া অসিদি চান্‌নরবা য়ানি। হক্‌ কৈয়ে, পুন্‌সি মুংশাংয়ে।

অতুগা লাইগী মিংলেল্‌ শোল্‌লো। লাইমিংদি য়াহোম্‌গে তাও; "হে রে মকে নহে কারে, হরিতি উইতে মিকিংহিং মিহিংসং।" অসি কৌয়ে। লাইমিং তরানীপাল্‌ অসিদি লাই অহূম্‌মক্‌কী মিং-লেল্‌নে। লাই অসিনা লৈবদি তাইপংপান্‌বা অসিদা মঙাল্‌ ওইনা য়াংনা তেংবান্‌বগী ফম্‌পি ওইনা লৈবনে। মরোল্‌ অহূম্‌মক্‌ শুনা লৈবনে। অহূম্‌ হায়বদি, অমদি অতিংকোক্‌নে, অমনা অতিয়ানে, অমনা অতিংঙানে। অতিংকোক্‌ কৌবদি অহোবা ঈহাঙ্‌-হাঙ্‌বা অত্থুনে; মহাক্‌তি নিংশানে, য়াইবী থরায়নে খঙ্‌ও। অতিয়া কৌবদি অমম্‌বনে, লাইজনে, হক্‌চাংনে। অতিংঙা কৌবদি অরঙ্‌বনে, য়াথল্‌নে। অতিংঙানা ঈপানে; মচুদি অঙাংবনে। অতিংকোক্‌তি অয়াওবনে। অতিয়াদি অমুবনে। অহূম্‌ অসিবু অমতা ওইনা তিন্‌শিন্‌নরবদি লীক্‌লা অরঙ্‌বা ফম্‌পিরেল্‌গী মচু চুদানে। মমিংদি "অংস এংস অংস অং হে রে কৌএ।" অংস না অপোক্‌ অশী অনীমক্‌ তম্‌লি "চীঙ্‌ঙ্‌ অসঙ্‌বনে"। সো অংনা য়াহৌ হৌদোক্‌লিয়ে, মিকপ্‌ থোক্‌হন্‌বনে, "খোইয়ুম্‌ অঙাইবা" ওইরিবনে। হে রে দি পন্‌থৌ মপা কুরুলেল্‌নে। মমিনে, অমনা হক্‌চাংনে, অমনা মমিংনে। অহূম্‌মক্‌ অসিগী তিন্‌-নফম্‌দি অতিংকোক্‌তা তিন্‌বনে। অশুম্‌না খঙ্‌ও। হে নিংথৌ অথোয়বা-ও! লাইফম্‌ অথোয়বা অসিদো লাইনিং লম্‌চৎ করম্‌বনা মহৈ তান্‌ফংসিবনো? করম্‌না শোন্‌হুনা য়ৌরুবা ওম্‌দে হায়বা তাঙ্‌না খঙ্‌ও। অতুডৈ মঙাং কুরু শিদবনা হায়রম্‌য়ে। হে নিংথৌ-ও! ঐগী য়াথং অসিবু নিংথৌ প্‌ক্‌নীং চঙ্‌না তাবীয়ু। থরায় হক্‌চাং প্‌ম্‌নামক্‌কী লম্‌লেল্‌ অথোয়্‌বা হায়গে, "তাইবঙ্‌ পান্‌বা অসিদো

(১৪)

পোক্লবদি অরেপ্পা ঈকায়ববু হেন্বা লাইনিং অমা লৈতে। অরেপ্পা কৌবদি মহৌশাগী অতৎপা লৈতনা করি-করিদস্থ মতোম্না উরুরগা মথন্নগী ঈকায়বা খঙ্ববু শাউদরবা সিবু অরেপ্পা কৌয়ে। অসি-গুম্বা লেপ্লবা মীবু লাই কুরু মহাক্না লেপ্না লৌবীরে।"

অসিগুম্বা শকোক্ লম্লেল্গী মমৈরাইদা য়াওরিবা খাগেম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা খাগেম্না লাংগোল্-লুখোইনে, য়ূম্নাম্ তোম্বনে, খাইথেম্ তেন্বনে মায়চৌ অহূম্মক্কী মফম-লাংদা লাইনিংবগী মরম্ অক্প্পশিং হংজখি। "হে কুরু অহুম্মক্ ! নিংথৌ ঐগী লপাম্ববু হায়জগে। লৈপাক্কী থবক্. নিংথৌগী মথাদা মীওইনা পোক্লবা ঐখোয়বু পোক্লবদি শিগনি হায়বা মরৈরে। ব্রারম্ মসিগীদমক্ মহৈ-মশিং করম্বনা, লাইনিং লম্চৎ করম্বনা, থৱায় অয়াম্-বনা লাল্সিবনো ? লাই কনাবু চেৎনা নীংসিংবনো ? থৱায়্ ওইরিব-শিংনা মীৎনা উরিবা লাই কৌবস্থ কনানো ? অমম্বদা কনা মশক্ উদনা লৈবা লাইস্থ লাইশক্ করম্না খঙ্সিবনো ? মরম্ অসিবু থূপ্পা লৈতনা কুরু অহূম্মক্না হায়বীয়ো" হায়না হংজরবদা। কুরু অহূম্মক্না হায়রক্য়ে,—"হে নিংথৌ অখোয়বা-ও ! ব্রারম্ খোইনা লুবসিবু হংলে। হায়দনস্থ ফংলরোয়। সনা য়াথং মতুং ইন্না ঐখোয় অহূম্মক্না হায়রিবসিনে। হে নিংথৌ পূক্নীং চঙ্না তারো।"

"হৌজিক্তি কোন্ন-চক্ অসিদদি মৈতৈ ঐখোয়গী লাইদি নপুথৌ পাখঙ্ববু হেন্বা লাই অমা লৈতে খঙ্ও। লাই চহূম্ হুম্কু-তরামাথোই হায়্দুনা লৈরিবা— নোংপোক্, কৌব্রু, থংচীঙ্, মারজিং, রাংব্রেন্, পিশুম্ লাইরেম্বা, লাই সরারেল্, অতিয়া অহুম্মা, থমলাংবা, থোঙ্গারেল্, নোংপোক্ নিংথৌ, মুমিৎ, থা, মৈ, ঈশিং মুংশিৎ, থৱাল্পিচাক্, লাইখিংথৌ সনা মহী, হুনি, নারোং, লাইরেম্মা

(১৫)

পান্‌থোইবী, য়ুম্‌জাও লৈমা, কালিকা, লাই হনুবা, লুচিংলিবশিং ১০৮ নে। লাই হনুবী লুচিংলিবীশিং ১০৮ নে। লাই অয়াম্‌বা অসিদি থৌ পুরিবা মশেন্‌নে। মসি খৈবীক্‌পু মবুথৌ পাখঙ্‌বগী মঙাল, মমি মশেন্‌নে মসিবু মুন্‌না খঙ্‌ও। নবুথৌ পাখঙ্‌বগী চক্‌-চক্‌ খুদীংদা মীশু লাইশু ওই অশুম্‌ খঙ্‌ও। হে নিংথৌ-ও! লাই শিদবা অসিদো মরোল্‌ অহূম্‌ মক্‌কী লাই অথোয়বদি মহাক্‌নে। হৌজিক্‌তি য়েংঙ্‌নসু উদরে। নীংঙ্‌নসু মশক্‌ তাংদাংনা উবদি ঙম্‌লরোইয়ে! মমিংদি মতা-রিয়ে। মরম অসিদি থরায়্‌ অয়াম্‌বনা খঙ্‌বা ঙম্‌দ্রবা রানে।"

হে নিংথৌ খাগেম্‌বা-ও। মপূ কৌবা লাইদি হায়রিবা অসিনে চেৎও। লাই অসিনা য়াবা লাইনিং লম্‌চৎপু রাহোম্‌লক্‌কে। পাখঙ্‌বা লাইনিং হায়বা অসি "থরায় খঙ্‌বা, মহাক্‌না মহাক্‌কী হক্‌চাংবু উজনা লৈবা (উজবা ঙম্‌বা) অদুগুম্‌বা, অমম্‌বদা ঈকায়বা খঙ্‌বা, চাবা থক্‌পা ভৌথিবা, য়াহীপ্‌ মতাঙ্‌ খঙ্‌বা, ময়ূম্‌ শেংবা হৈবা, মানা তৌবা থবক্‌পু মনিল্‌, নাইদ্রবা, মহাক্‌না নীংবা মহাক্‌না খঙ্‌বা অদুবু মীৎকুপ্‌, অমতা কাউদ্রবা, থরায়্‌ হক্‌চাং অনীমক্‌পু পাম্‌মুবা লৈদ্রবা, মপা মমা লাই কুরুগী রাবু লৈপাক্‌তা তাহন্‌দ্রবা লম্‌চং খঙ্‌লবা, ঐনা চৎপা লিংজেল্‌বু থরায় ওইরিবা খৈবীক্‌না য়াপিরবা" অসিবু নবুথৌ পাখঙ্‌বনা হরাওনা থৌজাল্‌, থোইনা য়াবীয়ে।

হে নিংথৌ-ও! খোইয়ুম্‌ লাইগী রাবু থূপ্‌না লৈরিবদো থিজৌ-ও। মীরম্‌চং অসিদি থরায়্‌ কনাগুম্‌বনা চৎপা ঙম্‌দবনে খঙ্‌-ও। মহৈ মতীক্‌ করম্‌বনা ফংবা ঙম্‌দবা রাহৈনে। মীওইবনা অসিবু চৎপা ঙম্‌লবদি 'মী মরু, মী মহেন্‌, মী নচং, থরায়্‌ চঙ্‌থোল্‌লবা' কৌয়ে।

হৌজিক্‌তি মীংনা উবা লাইবু খজিক্‌তং হায়্‌গে, লুরেল্‌ লূরবা রানে। লাই অমদি মুংশিংনে, সো নে। লাই অমদি ঈশিংনে,

(১৬)

য়ো নে। লাই অমদি মৈনে, হো নে। লাই অমদি লৈপাক্নে, হয়ানে। লাই অমদি নোংথৌনে, হয়িনে। লাই অমদি মুমিৎনে, থবীনে। লাই অমদি থানে, থাবানে। লাই অমদি থরাল্মিচাক্ নিংথৌ শিদবনে, উথুনে। লাই অমদি কুরুনে, অন্চিনে। লাই মাপন্মা অসিগী মপ্দি লীক্লা শিদবনে। লীক্লা শিদবগী মপ্দি তাইবঙ্ পান্বগী মপ্ অশাইগী অন্চি সিনে। মাদি মচীন্ লূকৃয়ে, মনম্ হুল্লে, মমৈ হাইগংলে। তাইবঙ্ মপ্ অন্চি অসিনা লাই মথোয়বু পুথোক্পদি তেংবান্বা শেম্গে নীংলদুনা মানা রাখল্ তৌরে। অকোক্পা অতিংবা অমম্বদা ঐনা ঙাল্লি। ঐসু ইমীৎ ঙান্না উরি। ঐনা লাংওন্ রাগ্রকিদি মহৌরকনিয়ে। ঙাল্নবা থৌরাঙ্গে নীংলদুনা য়েংকি মীৎতগী লাই অমা পুথোরক্লে;—"থবী" কৌয়ে। মীৎ ওয়দগী লাই অমা পুথোক্য়ে, "থাবা" কৌঙম্লে। মহাক্তগী লাই অমা পুথোক্লে, উথু কৌঙম্লে। অত্তুদগী অন্চিনা তেংপান্বা শেম্লগে হায়না নীংহুনা "রুং" হায়না ঙংবদা মত্ম্ অমা ওইনা তাশীল্লক্লে। "হুঁ" হায়না ঙংবদা মীকি মশক্কুম্বা অমা থোক্লে, মচুদি লীক্লা য়াইরঙ্চান্নে। মায়কৈনা ফিজেৎ ওইনৈয়ে। "য়েং" হায়না ঙংবদা মশাদো তংখায় তারে। লাই অদো

---

তাইবঙ্ মালেম্ পুম্বা শেম্লক্পা অঙ্গিগী মতাঙ্ অসিবু "পাখঙ্বা লাইয়োল" কৌবা লাইরিক্তগী থরদং শৎতোক্তুনা শকোক লম্লেন্দা য়াওরিবসিগা মান্নত্তুনা মতাঙ্সিদা পীজরি— "হোঙ্নেম্ লুরাং লৈকোয়বনা মঙাং লাইনিংহন্দা রাহোম্খিয়ে। হে ঈয়ু লাইবু নীংবা-ও! ঐখোয় তাইবঙ্ পান্বা অসি মপ্না করমনা শেম্লম্বনো মথং শীৎনা লীবীয়ো তাজগে। অত্তু নোংগীবু মঙাং লাইনিং হন্না

(১৭)

য়েংকিনা "হয়ি" কৌয়ে নীপানে। ওয়রোম্‌গীনা "হয়া" হায়না কৌয়ে, নীপী ওইবীনে। হয়ি অসিনা "লুঁ" হায়না ঙংবদা অনীমক্তো অমতা ওইনা পূল্‌শীল্‌লিঙৈদা "সঁ" হায়না ঙংলে; সো শিদবা পোক্‌লে। "য়েঁ" হায়না ঙংলবদা অনী থোক্‌লে। অমরক্‌ "লুঁ" হায়না ঙংলে, অনীদো পূন্‌সিন্‌নরে। পূললিঙৈদা "রঁ" হায়না ঙংলে; রো শিদবা পোক্‌লে। "য়েঁ" হায়না ঙংলে; অনীমা খাইদোক্‌লে। অমরক্‌ "হুঁ" হায়না ঙংলক্‌পদা হো শিদবা পোকলে।

---

ব্রাহোম্‌লক্‌য়ে। হে লূব্রাং লৈকোয়্‌বা তারো ব্রাহোম্‌লক্‌কে, "তাইবঙ্‌ অসিদি করিগুম্‌বা অমৎতা লৈরম্‌দেয়ে। ঈকোক্‌ কোক্‌না, ঈমম্‌ মম্‌না ঈতিং তিংনা লৈরম্‌য়ে। অমম্‌বা লাই অমৎতা ঙায়্‌রম্‌য়ে। অমম্‌বা লাই অত্নবু হায়নরি। শিদবা মপূ উদবা লাইয়িংথৌ মশক্‌ মওং লাক্‌ঙম্‌দবা হায়নৈয়ে।০। লাইনিংবা অমা হায়বদি মপূ কুরুনা—লূব্রাং লৈকোয়বা! অসুম্‌না লৈবদগী লাই মানা তাইবঙ্‌ শেম্‌গে নীংদনা মনিংশা কাম্‌থোক্‌লক্‌য়ে। মালংবসে খম্‌গোল্‌গা লোয়্‌নন্‌না থোকরক্‌য়ে। মালংবনা ঈঙ্‌না মেংনা লিরি হুন্‌বদা অয়িংবা মনিলদগী লাই অনী ঈশিং থোক্‌য়ে। ঈশিংগা নুংশিংকা চায়নবদা য়াম্‌না শারে। খাম্‌বী মৈত্রেং অরাবা থোক্‌য়ে। পোৎশক্‌ অহূম শুরে। অহূম্‌ অশে তরঙ্‌ অহাঙ্‌বদা লৈয়ে। মালংনা মাঙ্‌দা থারে। ঈশিংনা য়ায়দা থংয়ে। খামবী মৈনা তুংদা ইল্‌লে। লাপ্‌না য়েংবদা শাংনা উরে। মথেক্‌ অহূম্‌ শুরে। মরু লূক্‌য়ে। মনম্‌ পোল্‌লে, হুল্‌লে। মমৈ হাইগৎলে। অত্নু উবদা অমম্‌বা লাইনা মমিং থোল্‌লে। "অগ্নি ফিত্নপ্‌ অহূম্‌" কৌয়ে। অগ্নি ঐ অসি থোক্‌পদা অমম্‌বদো কোক্‌লে ঙাল্‌লে। অগ্নি ঐনা থল্‌লে। ঐসে করি তৌসিগে থল্‌লে। কোরৌ মালেম্‌ তাইবঙ্‌ শেম্‌লগে নীংলক্‌লে। অগ্নি

(১৮)

"য়েঁ" হায়না ঙংবদা অনী থোক্‌লে। "লূঁ" হায়না চংবদা অনীদো পূল্‌লে। "লে্ঁ" হায়না ঙংবদা লম্‌লৈমা লৈমরেল্‌ শিদবী পোক্‌লে। অনরক্‌ "লূঁ" হায়না ঙংলে; অনী পূল্‌লে। "শ্রেঁ" হায়না ঙংবদা মোম্‌বু শীংচা খোম্‌বী পোক্‌লে। "লূঁ" হায়না ঙংবদা অনী পূল্‌-শিন্‌নরে। "নে্ঁ" হায়না ঙংবদা নোংথাং লৈমা পোক্‌লে: অশুম্‌না খোইয়ুম্‌ লাইয়াম্‌ পুথোক্‌লবগা মালেম্‌ শেম্‌খিয়ে।

---

ঐনা "ব্রেঁাং" হায়না ঙংবদা মতুম্‌ ওইনা তাশীল্‌লে। মতূম্‌সিনা অমুরক্‌ "হূঁং" হায়না ঙংবদা তন্‌বা নীপা অমা থোক্‌য়ে, য়াম্‌না ফজেয়ে; পান্‌দম্‌ লৈতেয়ে। মচুদি লীক্‌লানে। মায়কৈনা ফিজেং ওইয়ে। লাইসিনা খল্‌লে। ঐনা তাইবঙ্‌ শেম্‌গে ব্রাখল্‌বসিদি ঐ লৈবগী ঙাল্‌বনে। ঐনা থূপ্‌চীন্‌হুনা থবক্‌ তৌরবদি মম্‌খিবা তারে। অমম্‌বদা থবক্‌ তৌবা য়াফরোই। অঙান্‌বা লাইবু হান্‌না পুথোক্‌খিগে হায়রবদা য়েং থংবা মীংতা মখূং য়েংকি খূবী মরূনা "হো" হায়দনা শোল্‌লগা তক্‌পদা লাই নীপা অমা থোক্‌য়ে। কোরৌ মালেম্‌ লৈহৌফম্‌দা থম্‌লুরে। য়ামনা ঙাল লে। মমিং "থবী সেংকোয়্‌রেং অপান্‌বা" হায়না কোএ। ঙাল্‌লবদা থরায় মুংঙাইবগা লোয়ন্‌না ওয়গী খূংতা ওয়্‌গী খূবী মরূদা "রো" হায়না শোল্‌গা তক্‌লে। লাই নূরা অমা থোকলে। কোরৌ মালেম্‌ লৈহৌফম্‌দা থম্‌রুরে। ঈঙ্‌না ঙাল্‌লে "থাবা নোংদম্‌ হৈবা" কৌয়ে।

মৈনা ব্রায়না তাংনা শম্‌হৌবদি লব্রাই লেল্‌ফুদগী লাই অমা পুথোক্‌য়ে। স শোল্‌লে: মমিংদি ওথু তাল্‌তুম্‌লেল্‌ মৈনায়বা কৌয়ে; কোরৌদা থম্‌লুরে। ময়েক্‌ থোক্‌লবা তাইবঙ্‌ মপূদি মালং, লাইজ, খাম্‌বী অহূম্‌না ওইবনে। হে লূরাংও! মুংশিংকি মচুনা অশঙ্‌বা, ঈশিংগী মচুনা অরূবা, মৈগী মচু অঙাঙ্‌বা, মচু অহূম্‌না তিন্‌ববু লীক্‌লা মচু

(১৯)

নোংপোক্ অপানববু খুরুম্‌না ইজরক্‌কে। নোংপোক্ অপান্‌ববু খুরুম্ খাজংনা ঈরাংচৌও। তাইবঙ্ পান্‌বা অসিদা সো শিদববু হেন্‌বা অথোয়বা খোইয়ুম্ লাই অমা লৈজ্রবনি। য়ুপ্‌ঙ্ শল্ অরেম্‌বা কৌবস্থু মানে। লাংলেপ্ শন্ অপোয়্‌বা কৌবস্থু মানে। লাই মঙোন্‌দা লৈমরেল্ চঙ্‌তুনা থ্‌প্‌তুনা লৈ। লাই মহাক্‌তি কাইরৈমা মথুল্

---

কৌয়ে। লূ্‌রাং লৈকোয়্‌বা! মুনা ঙাঙ্‌লবদি মুমিৎ থোক্‌য়ে। অক্কবা মচুদগী থা পুথোক্‌য়ে। তাইবঙ্ মী শেম্‌লবদা থানা হক্‌চাংনে। মৈনা প্‌ক্‌নীংনে। মুংশিৎনা থব্রায়নে; লাই অহূম্‌মক্ অশে ওইরিবনে। থব্রায়, হক্‌চাং, প্‌ক্‌নীং খঙ্‌গদবনে। হে লূরাং লৈকোয়বা-ও।

লব্রাই কোক্‌তা শংগোল্ অমা লৈয়ে; মোইরাং শংগোল্ কৌয়ে। মুংশিৎকি মকোল্‌দি মাবু থাবদি য়েন্‌দা মাঙ্‌গী য়াচঙ্‌বা কৌয়ে॥ মৈগী শংগোল্‌দি নান্‌পম্ শংগোল্ কৌয়ে। মুমিৎ তংখায় চন্‌বদা থায়য়ে, মুমিৎ য়ুংবদা য়াচঙ্‌বা কৌয়ে॥ খোয়্‌দৌ মথাদা শংগোল্ অমা লৈয়ে; লূ্‌রাং শংগোল্ কৌয়ে। ঈশিংগী শংগোল্‌নে। মুমিৎ তাবদা থায়ে; মুমিদাং য়াচঙ্‌বা কৌয়ে॥ শন্‌বোইদি মপ্‌গী মনাক্ য়োবা য়াদে। অতিংঙাদা পাইদনা লৈয়ে। তাইবঙ্‌দা চাক্‌নী-ফিনিয়ে। মাগী মমিংবু কশা মীংৎপা মীয়েৎ শা কৌনরিয়ে, হে তাইবঙ্‌ও। মঙাং, লূ্‌রাং, খুমন্ অহূ্‌ম্‌মক্কী মিংথৈদি "মীৎশাখা, মীৎ মরু কৌয়ে" খোইয়ুম্ লাইমিং অসিদি কাওরেল্ শঙ্গোল্ অহূ্‌ম্‌মক্‌কী ফম্‌বী ওইবা লাইমিংনে। শঙ্গোল্ (শন্‌কোল্) অহূ্‌ম্‌মক্‌কী লাই নিংবদা মিংথৈ অসি শোন্‌গনি। মুমিৎনা ঙাংনা লানা থোরক্‌য়ে হায়বগী "মঙাং" কৌয়ে। মুমিৎনা লূ্‌না রাংনা থোরক্‌য়ে হায়বগী "লূরাং" কৌয়ে। কোরৌ মুমিৎনা খূ্‌না মম্‌না তাথিয়ে হায়বগী "খুমন্"

(২০)

থুংদবী কৌয়ে। লাই অসিদো অহীংদি নীপাগীস্থ মত্‌ ওইনা লৈরে। নীপীগী মৱা ওইনা লৈরে। লাইবক্‌তা শম্‌জীল্‌ চিল্‌লগা পন্‌থো কৌবস্থ মথ্‌ম্‌য়ে। লৱাই লুতোন্‌দা হামুল্‌ পরৈ লৈরগা ঈপা কুরু কৌবস্থ পাউথুম্‌য়ে। লুতুং শম্‌জীল চিল্‌লগা পল্‌লেম্‌ কৌবস্থ পাউথুম্‌য়ে। লাই অসিনা থৱায়্‌ মি ওইরিয়ে। য়ুপ্‌ঙ্‌ শন্‌ অরেম্‌বা

---

কৌয়ে। হায়রিবা নোংঙাল্‌লকপগা, সুমিৎ য়ুংবগা, সুমিৎ তাবগা অহ্‌ম্‌ অসিদা থোইয়ুম্‌, অহ্‌ম্‌ য়াথোক্‌পা মতম্‌নে। শঙ্গোল্‌ অসিদগী থাৱীবা শল্‌ অসিদি থোইয়ুম্‌ লাইনে। তাইবঙ্‌ পানবা থৈবীক্‌পু শন্দোক্‌পিগে হায়বগী থাবনে। অদু নোংগী চীঙ্‌ঙ্‌ মাঙোন্দগী শন্দোরক্‌য়ে হায়বগী কোলোয়বু "শল্‌" কৌবনে। থোইয়ুম্‌ মাগী ফম্‌বী শঙ্গোল্‌গী মমিংদি "লৱাং শঙ্গোল্‌, নান্‌পম্‌ শঙ্গোল্‌, মোইরাং শঙ্গোল্‌" অস্থম্‌না কৌয়ে। শঙ্গোল অসিমক্তি তাইবঙ্‌গী শমু হক্‌চাং-স্থংদা লৈরিবনে। মফমশিংদি লৱাই কোয়রেল্‌-থক্তা অমনে; থোয়দো থক্তা অমনে, থোয়দো মথাদা অমা লৈবনে। শঙ্গোল্‌ মফম্‌ থূদীংগী শল্‌ মহাক্‌স্থ মমিং হোংবনে। মোইরাং শঙ্গোলদা লৈরগা "নোংপোক্‌ চীঙ্‌থং শল্‌" কৌয়ে। নান্‌পম্‌ শঙ্গোলদা লৈরগা "মান্‌বী হৈরোম্‌-কাও" কৌয়ে। লৱাং শঙ্গোল্‌দা লৈরগা "কাওরেল্‌, নোংদম, শল্‌" কৌয়ে। অস্থমনা মাগী মাগী শঙ্গোল্‌গী মমিং হোংনা হোংনা য়াথোক-লকয়ে। নোংপোক চীঙ্‌থং শল্‌দি লৱাই কোয়রেল্‌থক, মোইরাং শঙ্গোল লৈয়ে। মান্‌বী হৈরোম্‌ কাওদি থোয়দো মথক্তা নান্‌পম্‌ শঙ্গোল্‌ লৈয়ে। কাওরেল্‌ নোংদম শল্‌দি থোয়দো মথাদা লৱাং শঙ্গোল্‌ লৈ॥ মোইরাং শঙ্গোলদগী নোংপোক্‌ চীঙ্‌থং শল্লা থাৱকপা মতমদি অয়ুক্‌ চীঙ্খে অঙন্‌বদা থারক্‌য়ে। মাদি মালং সুংশিৎ

(২১)

কৌবদো অতিয়াদগী পাইখিত্নুনা থব্রায়্ ওইরিয়ে। অত্নুগা পন্‌থৌ মপাদা থুংলুরে। মপাদগী মমাদা থুংলুত্নুনা পীরে। থব্রায় কৌবদি (শুন্) তরঙ্ অতিংঙাগী মতম্‌শুম্‌বনে। থব্রায় মহাক্‌পু মশক্ খঙ্‌গে হায়রবদি থা অহ্‌ম্‌দা শুবা অঙাংগী মীৎয়েংদা মীৎক্‌প্‌তনা য়েংবা তম্‌ও, য়েংও। অত্নুগা মশক্ অফোঙ্‌ববু চোংথোরক্‌কদবনে। মহাক্‌কী মওঙ্‌দি থবী য়্‌ম্‌গী মশক্ মওংনি। লাই অসিদো তাইবঙ্‌ পান্‌বা খৈবীক্‌কী থব্রায়্ ওইরিবনে কাইরৈমা ময়্‌ম্‌ মখুল্ থুংদবীনা মিংলেল, শিদববু ওইরিয়ে। মহাক্‌কী লাংওন্‌না লাই কশা ওইরিয়ে। মহাক্‌না অপাম্‌বা মুংশিবা তাল্‌লোয়, মচা, পাম্‌মু মুংশিবা মশক ওইরিবনে। খৈবীক্‌পু ওন্‌না ওন্‌না থোক্‌হল্‌লে। লাই অসিগী লৈফম্‌দি লাইবক্‌ শল্‌লাই মরুম্‌দনে। মফম্ অত্নুদা লৈবা মশক্ অত্নুবু য়েংবা হৈও। অশাইগী হায়খিবা (মথক্‌কি লমায় ১১৩ শুবদা য়াওখিবা) মপ্‌না তাক্‌পা

---

শিদবনে। তাইবঙ্ থব্রায় ওইনবগী চীঙঙ্‌ মানা য়াথোক্‌ই। শল্ মাগী মচুদি শীঙ্‌ঙেল্ তিংথৌ লৈ ওইনাবনে। তিংথৌ মতোল্ কৎকনি। মিংখৈদি "ব্র্‌ঁ ব্রেঁাং য়েঙ্। য়িঙ্‌ ফ্‌ঙ্‌ কেৎকক্ লাচীঙ্‌। ব্র্‌ুঁং মাকিক্‌ ব্রোক্ ক্‌ক্‌। ব্রুঁং য়িঙ্ হুঙ্‌ সন্ তরেং লিয়াম্‌পা। ব্রুঁং লৈচিল্ পুল্‌ চিপূল্‌লেল্‌। লিক্‌লা পুল্ য়িয়োম্‌পা। লৈহীঙ্‌সঙ্। য়িপ্‌ংথোক্; য়িয়াম্‌পা। মিরি হীঙ্‌ লৈয়োম্‌পা। ব্রুঁং হুঁং সন্ তরং সো শিদবা"। অসি হায়না শোন্‌থুনা কৎকনি।

নান্‌পম্ শঙ্গোন্‌দগী মাল্‌বী হৈরোম্‌ কাওনা থারক্‌প' মতম্‌দি মুমিৎ য়ুংবা মতমদা থারক্‌য়ে। মহাক্ অসিদি থাম্‌বী মৈনে। তাইবঙ্ পাংকন্ হাপ্‌নবগী চীঙ্‌ঙ্‌ মানা য়াথোক্‌ই। শল্‌গী মচুদি মুঙাংনৈয়ে। খোইয়ুম মাবু থুরুম্‌বদা কৎকদবা লৈদি ইরিকশিবীবু শীঙ্‌ঙেল্‌ ওইনাবনে। ইরিকশিবী মতোল্‌ কৎকনি। খোইয়ুম্ মাগী

(২২)

"হু র স" মিংলেল, অহূম্ অসিবু ওন্না ওন্না শান্নজরগা অশাইগী মশক, অত্থবু উগদবনে। মশক অত্থ মীওইবগী শিগদবা, শিরোইদবা লেপ্না হায়গদবনে। লাই অসিগী লৈফম্দি লাইবক, শল্লাই মরুম্দগী থোরক্কদবনে। অত্থদা লৈবা মশক, অত্থ য়েংবা হৈও। মতম, করিগুম্বদা থৌরম, অচীন্বা পোক্লবস্থু তাঙ্না য়েংও। লাল চঙ্গে হায়রবস্থু তোয়না য়েংও। শক্তম্ অত্থবু উদ্রবদি লৈথোক্ও, চঙ্লূ-য়াওরুগনো। চঙ্লূ-য়াওরুরবদি শিগদবনে। লাই অসিবু হাও, অরাম্বনা উজরবদি লৈমা নিংথৌনা চাল্লে। নিংথৌ মচানা ফংলবদি নিংথৌ ওইবা ফংএ। লৈমা নিংথৌনা খঙ্লগা হন্জবী ওইয়ে। লাই অসিবু চেৎনা নীংজরবদি লাংফম্স্থু কোক্য়ে; হক্চাংদগী তীন্থুং-লায়্থুং মথন্না লোইনা মাঙ্খিগদবনে। লায়থুং লৈত্রবদি লাংফম্স্থু লৈররোয়, পুন্সি মুংশাংবা ফংবনে। হে নিংথৌ খাগেম্বা-ও! ঐথোয় অহূম্মক্না

লাইমিংদি "ব্রূং চিরি। ব্রূং চিখোম্। ব্রূং চিব্রাক্। ব্রূং চিরিং। ব্রূং চিতক্। ব্রূ চিসো। ব্রূং ব্রূল্লারি। ব্রূং চিখা। ব্রূং চিথুম্। ব্রূং সন, তরং হো শিদবা।" অসি হায়না শোন্তুনা কৎচগনি।

লব্রাং শঙ্গোলদগী কাওরেল নোংদম্শন্না থারক্পা মতমদি মুমিদাং য়াচঙ্লক্পনে। মহাক অসিদি লাইজ ঈশিংনে। তাইবঙ, হক্চাং ওইবা খোইয়ুম্নে। চীঙঙ্ মাগী মচুদি অশংবনে। খোইয়ুম্ মাবু থুরুম্বদা কৎকদবা লৈদি নোংলৈশংবু শীঙঙেল, লৈ ওইনাবনে। নোংলৈশং মতোল কৎকনিয়ে। মিংখৈরেল্দি— "ব্রূ মৈম্ৎশং। ব্রূং তরংঙাং। ব্রূং ঙাল্তুহীঙ। ব্রূং ঙাল্তু ঙাং। ব্রূং সঙ্তরঙ। ব্রূং কেম্লুবী। ব্রূং মৈহীঙসঙ। ব্রূং মীৎতোরেং। ব্রূং সঙ্নূবী। ব্রূং মিরিংহিং লোয়াবা রো শিদবা।" অসি শোন্তুনা কৎলগা থুরুম্গনি।

(২৩)

হায়্‌রিবা অসিনে। অসিবু মী-পুক্‌ তপ্‌তরবদি খঙ্‌বা ঙম্‌লোইয়ে। লৌশিং মপ্‌ঙ্‌ ফাবা মীতনা লেপ্‌না খঙ্‌বা ঙমগদবনে। লাইশক্‌ অত্থুবু উজরবদি নায়বা মতমদা প্‌ক্‌নীং থানা য়েংগদবনে। অসুম্‌না য়েংলবদা লাই অত্থুনা লেপ্‌না তাক্‌পিগদবনে। মুসিং মশীং লাক্‌না খঙ্‌নবা অসি, হয়েং হায়বা মতম তাক্‌পিগদবনে। লাই অসিদি ঐহাক্‌, অসিগী থরায়নে। লাইশক্‌ অরেপ্‌পা অত্থুবু উরবগা মঙংদি মথোক্‌, কারক্‌পগী নীংথিবা অত্থুনে। মচুদি অশংবা হীকোক্‌ অথক্‌পা মচু অত্থুনে। মনম্‌দি কাং অহীংবনে। মাগী মঙাল্‌না মুংশিং ওইরিয়ে। মুংশিংতি মহাক্‌কী শাদোঙ্‌ কাং ওইরিবনি। লাই অসিবু মপাল্‌-লম্‌ পুথোক্‌না মাঙ্‌দা থম্‌না নীংজগদবনে। মিংলেল্‌দি "হয়ি" কৌয়ে। লাই মহাক্‌তগী শিরক্‌পা মঙান্‌না ঈপাদা থুংলরে। ঈপাদগী ঈমানা য়ারে। অত্থু নোংগীবু ঈপ্‌ঙ্‌শন্‌

---

মতম অহূম্‌ অসিদি "থরায়, হক্‌চাং, প্‌ক্‌নীং" অহূম্‌গী মশকনে। লাইমিং অহূম্‌ অসিবু খঙ্‌জরবদি "থরায়, হক্‌চাং, প্‌কনীং" মশক্‌ খঙ্‌বা কৌয়ে। মসিবু "মহাক্‌ মশক্‌ খঙ্‌বা" হায়না কৌয়ে। লাইনিং পরৈ চেৎপদা লোইদাম্‌ থাজহল (শজিবু) দগী কোরৌ মাক্‌মৈ থা অহল্‌ নোংদা লংমাইজিং থোক্‌লবদি ফিরোল্‌ মচুদি অঙাংবা শেৎলো; লাইগী মুমিৎ কৌয়ে। তারা চাক্‌ শীৎলো। মায়ওন্‌দি লাইজী পাংনা ওল্‌লো। নিংথৌকাবা মুমিৎতি ফি অঙৌবা শেৎলো। নমায় নোংপোক্‌ ওল্‌লো। লৈপাক্‌পোক্‌পা মুমিৎতি ফিজেৎতি হিগোক্‌ শেৎলো। মায়ওল্‌দি থা পাংনা ওল্‌লো। য়ুমশাকৈশ মুমিৎতি ফিজেৎতি অশংবা শেৎলো। মায়ওল্‌দি থা পাংনা ওল্‌লো। শগোল্‌-শেন্‌ মুমিৎতি ফিজেৎতি উরেং মচুনে। মায়কৈদি নোংচুপ্‌ ওল্‌লো। ঈরাইগী ফিরোল্‌দি ঈশিং অরূবা মিংশেনগী মঙান্‌ মচুনে। থাঙ্‌জ

(২৪)

কৌয়ে। ঈপা ঈমা অনীমক্তা থব্রায় অমা লেম্না লৈরে হায়বগী মমিং অরেম্বা কৌএ। অরেম্বগী মমিংদি "শাইরেপ্ তাইরেপ্" কৌয়ে। (লাইরিক্ অমদনা "শারেম্ তাইপীরেল্" কৌএ।) শাইরেম্ হায়বদি লুরেল্ লুরবা লাইরোল্নি খঙ্ও।

হৌজিক্তি লাংতে শন্ অপোয়্বগী রাবু রাহোম্গে। অশাইগী মুংশিং অপোয়বা অত্থুনা ঈপাগী লীক্লাবু ঈমাগী ঈনা তাঙবল্ ওইনা শেম্ল্বগী লাংশল্লে; অত্থুগী লাংতে শন্ কৌয়ে। পাং মহাক্তি ঈমাগী হক্চাংনে। ঈপানা থব্রায়নে। ঈমানা লাইনে। রারম্ অমস্থুং ইহাক্কী লাইদি ঈপানে; ঈপাবু ঈপাং কৌয়ে। ঈমা কৌবদি ঈপাগী ঈ অত্থুবু লৌথুনা ঐ অসিবু থাব্ম্ তরা ফানা ফাদনা থম্লে,

মুমিংতি ফিজেৎতি অঙাংবদগী হন্খিবা নোংমৈ কোরী মচু শেংলো। মায়কৈদি শন্থোঙ্ ওল্লো। হায়রিবা অসিদি প্ক্নীংনা খোইয়ুম্ লাই অত্থু শংশঙ্ মাঙ্দা নীংশিংথুনা লেপ্হল্গদবনে। মায়কৈ নীপাল্মক্কী ময়ায়্দা লৈবা "হূঁ স" কৌব খোইয়ুম্ অথোয়্বা লাইবু নীংশিংও। চাঙঙ্ মহাক্ অত্থুদি মঙাল্ তরেৎনা চুনিথাং ওইনা ইকোয় কোয়রিবনে। মঙাল্ তরেৎ কৌবদি শল্লাই তরেৎকি মচু ওইরিবা ফিজেৎ অত্থুবু হায়বনে। তরেৎমক্না তাইবঙ্পান্দা পুথোক্-তুনা শাগৈ শল্লাই তরেৎ কৌনা চংনরিবনে। মপ্ হায়রিবা লাইস্থু মহাক্পুনে। লাই অসিবু কাউগনো। হোরেল্ তমলম্দাই মতম্দস্থু লাইকম্ অথোয়বদা থম্লগা তম্ও। চঙজগবদা থোঙ্দি থব্রায়গী চঙ্ফম্ লরাই লেল্ক্নে। লাইশঙ্গী মমিংদি হী মরু লাইশঙ্* নমবোল্বা কৌবনে। উয়্ঙচুক্ ময়্ঙনা কোল্-খাবা, লাইরেল্ অঙৌবনা কোল্থিংবা (কোল্খিলবা) হায়বা লাইশঙ্ অত্থুনে।

* হী মরু লাইশঙ্=মুক্তাবল্লি লাইশঙ্ ॥

(২৫)

ঈ মাঙ্‌লে হায়বগী ঈমাং কৌয়ে। অসিগীদমক্‌পু ঈমাবু লাই হায়বনে। লাই অনীসিগী মমিং হায়গে। "লৈমরেল্‌দি লৈয়াম্নু কৌয়ে। লৈয়োল্‌মুবীশু কৌয়ে।" লাইমিং অসিদি মুপী নহানা লৈরোং খোঙ্‌কাপ্‌ ব্রাংলবদা ঈশিংদা শোন্‌ত্নুনা পীথক্‌ও ফবনে, শোয়দনা লাক্‌পনে খঙ্‌ও।

হৌজিক্‌তি লাই অত্নুবু নীংজরিঙৈদা প্‌কনীং ব্রাখল, চোইদনবা লীক্‌ চৎনগদবা লাইমিংদি "হে রে" অসিনা চৎলো। লীক্‌ মহাক্‌তি

---

"অসি, হয়েং, হংচিৎ" হায়বা লাইদি হায়গে। "অসি" হায়বা খোইয়ুম্‌দি য়োয়মায়ায় মুমিৎ মানে। মাদি থান্‌বী মৈনে। মানা তাইবঙ্‌গী পন্‌থৌ ইপানে। মাবু খঙ্‌লবদি মপা খঙ্‌বা কৌয়ে। "হয়েং" হায়বা খোইয়ুম্‌দি লাইদাম্‌ থাজনে। মাদি লাইজ ঈশিংনে। তাইবঙ্‌গী পল্‌লেম্‌ মমানে। পল্‌লেম্‌ মশক্‌ খঙ্‌বা কৌয়ে। খোইয়ুম্‌ মাবু খঙ্‌লবদি পন্‌থৌ ওইবা মপ্‌ শিদবা ফংজগদবনে। "হংচিৎ" হায়বা খোইয়ুম্‌দি থরাল্‌মিচাক্‌ নোংথৌ শিদবনে। মসিদি তাইবঙ্‌গী য়াইবী থরায়নে। লাইমিং খোইয়ুম্‌ অহূম্‌ অসিবু তাইবঙ্‌ ফিত্নুপ্‌ ওইবা নাউয়োম্‌নে। "প্‌কনীং থরায়, হক্‌চাং মশক্‌ খঙ্‌বা" কৌয়ে। "ঐহাক্‌, মহাক্‌ নহাক্‌" হায়রিবা অসিস্নু অহূম্‌ অসিবুনে। "ঐহাক্‌" হায়বদি অসি কৌবা খোইয়ুম্‌বুনে। "মহাক্‌" হায়বদি হয়েং কৌবা তাইবঙ্‌বু শেম্‌বীবা 'লোয়নবা" কৌবা লাই অত্নুনে। "নহাক্‌" হায়বদি হংশিৎ হায়বা খোইয়ুম অত্নুনে। অহূম্‌ ওইবা লাইমিং অসিবু খঙ্‌জরবদি "ঐ" কৌবা লাই অত্নুবু লেপনা ফংলগনিয়ে। ঐ লৈবা মফম্‌দা ঐহাক্‌ লৈবনে। ঐ কৌবা লাইদি তেংবান্‌বা মপ্‌নে। মরম অসি লৈবগী তাইবঙ্‌ পান্‌বা হিংবনে। ঐগা ঐগা তিন্‌নবনে। ঐ লৈত্রবদি ঐহাক্‌ লৈতরে।

(২৬)

লীকলায়নে হায়না নীংও। তাইবঙ্পান্দদি ইরিক্শিবীগা, নোংলৈ-শংগনা খেৎকদবনে। লীক্ মশীংদি ১০৮ (চাম্ম-নীপাল্) নে। কন্নিংগী লীক্ মরু ১০৮ (চাম্ম-নীপাল্) শুহল্লিবনো হায়রবদি লীক্ হায়বা লাই অদুদি তেংবান্বা মপ্ মহাক্নি। তাইবঙ্ হক্চাং ওইবনি। চীঙ্ঙ্ মাগী লম্বীদো মাঙ্দনবা থিবনে। তাইবঙ্ পান্বা ঐখোয়দি মপ্ মাগী লীক্ল্নি। তাইবঙ্ হক্চাং-মুংশিদা লাই ১০৮ (চাম্মা-নীপাল্) লৈবনি। শিংলি পাফল্ ১০৮ (চামমা-নীপাল্) না পুরিবনি। মিহুল ১০৮(চান্মা-নীপাল) শুবনি। মপ্ মাগী মিতম্না তাইবঙ্ হক্চাং ওইখিবনি। তাইবঙ্ মপ্ মহাক্কি পথাং-পুথাং কায়দবা "লীকলম্ য়াঙ্বী" অদুবু তাইবঙ্ পান্বা ঐখোয়না লীক্লাঙ্ পরেং লেংবগুম্ তৎফদবা লীখ্ল্বু মপ্গী খ্য়া তান্জবনে। লীক্লাঙ্ পরেং অসিবু তাইবঙ্ হক্চাংদা প্ন্শীল্লবদি লীক্না কোক্নে। লংশুং লেংলিবা লীক্ল্গী মচান্ ভানীগী লং অদু পুন্শিল্লবগা অমতা শুপ্না লেংলিবা লীক্ল্গী মথক্তা তোংলিবা অদুদি 'মহাক্' কৌবা লাই অদুনে। লাইদি লীক্ল্ স্প্না তিন্ববু হয়ি লাই মরু

ঁ অহান্বগী অঞ্জি অদুনা ওইখিবা নীপাদো মানা "য়েঁ" হায়না ঙংলে। মথন্তগী মশক্তা ধবাক্তা তংখায় তারে; অনী থোক্লে। য়েং থংবদা নীপানে, মমিং "হরি' কৌয়ে। মমিং "হয়ি শিদবা" কৌয়ে। ওয় থংবা তংখায়না নীপীনে, মমিং "হয়া" কৌয়ে। অশুম্না পুখোক্লম্লগা অনীদুনা "হুঁ" হায়না ঙংদুনা "রুং" হায়না ঙংবদা অমুক্ পুন্শিন্খিয়ে। অদুদগী হুঁংনা খল্লে (হয়ি শিদবনা খল্লে); "মৈ, ঈশিং, মুংশিং অশে মপোক্ লাংওল্ তাহল্লগে, খোইয়ুম্ লাই শেম্লগে" নীংলদুনা, হুঁং শিদবনা "সোং" হায়না ঙংবদা লম্বাইদা অভিয়া শিদবা মুংশিং পোক্য়ে। অমক্কা

(২৭)

শিদবা অতিংকোক্‌নে। তাইবক্ত, মীদা হায়ঙৈদি "হী মরু লাইশঙ্‌" হায়বা মফম্‌ অত্তুনে। শমলাংগী লিল্‌ফু ময়োল্‌তুনে। লীক মরু ১০৮ (চাম্‌মা-নীপাল) মাদি লাই ন্‌রা ১০৮ (চাম্‌ম-নীপাল্‌) মক্‌নে। লংগুং লেংলিবা অত্তুদি লাই হয়ি মহাক্‌নে। হয়ি হয়া অনীনা লাই নীপী ১০৮ (চাম্‌ম-নীপাল্‌) পুথোক্‌তনা মখোয়না থরায় লাখা পোক্‌য়ে। থরায়গী মমা অপোকপীনে। লাই ন্‌রা ১০৮ (চাম ম-নীপাল্‌) নীংলবদি মমা নীংবা কৌয়ে। মমাবু নীংজরগা মপা মরু শিদববু ফংগনিয়ে। মপা ফংজরগা অরা অনা খৈবীক্‌ কোক্‌কনিয়ে। রারম্‌ অসিগীদমক্‌ লীক্‌ পায়বনে। লীক্‌ মাবু চংপদি মপা মরু শিদববু তান্‌-ফংনবা মমাবু নীংজবনে; রারম্‌শে চেৎলবনে। চেংনব লীক্‌চৎতি চ্‌মব্‌ল্‌ কিশি (শুমেরু) শোক্‌লম্‌লগা অমমম্‌ শোক্‌লক্‌পনা চ্‌মব্‌ল্‌ কিশি (শুমেরু) হেক্‌ শোক্‌লগা কিশি চ্‌মব্‌ল্‌ (শুমেরু) রাংমা লান্‌থোক্‌কনো; অমারক্‌ তন্‌না হল্‌লক্‌ও; লাল্‌থোক্‌হৈদে খঙ্‌ও। লীক্‌ চৎলক্‌পা অদো কিশি চ্‌ম্‌ব্‌ল্‌ (শুমেরু) হেক্‌ য়োবদা "হ র স" হায়না রাংমা লান্‌থোক্‌লবদি অহূম্‌লক্‌ হন্‌না লাল্‌লবদা মৈ, ঈশিং, মুংশিৎ

---

হন্‌না "রু' হায়না ঙংবদা খোয়দোদগী সনাগী মহী ওইনা চেন্‌না থোক্‌-লবদা, হুংনা খ্‌বাক্‌তা য়ারে। মহীদো লাইগী মশক্‌ ওইরে। মমিং সনা মহী লাইয়িংথৌ অণীবা কৌয়ে। অমুক্‌কা হুং হায়না ঙংবদা খাম্‌বী মৈত্রেং অরাবা কোঞ্জিন্‌তুথোক্‌পা ওইরে; শিন্নুংদা শাংলে। অমুক্‌কা "রেং রেং" হায়না ঙংলে, মোমনু শীংচা খোম্‌বী শাংলে। অমুক্‌কা "নেং" হায়না ঙংবদা নোংথাং লৈমা পোক্‌য়ে। মৈনা রায়না তাংনা শম্‌না হয়িগা, হয়াগা; ওয়গা য়েৎকা লেপ্‌য়ে। অদু নোংগীবু হয়ি শিদবদি কোরৌ থকতা চোংথৎতুনা লাইরেল্‌ তাউরোইনাই কৌতুনা মতোক্‌ তোক্‌লেল্‌ লিশিং অমা পান্‌খরে। লাই মাগী

(২৮)

অহ্ম্মক্ ফ্ক্পা লোইহুনা লাল্লে, লাল্থোক্হৈদে, হল্লক্-কদবনে। ন্নারম্ অসিগীদমক্ লীক্ পায়রবদি অসি খঙ্গদবনে। অসি খঙ্ব্রবদি তৌহৈদেয়ে। অসিবু খঙ্দনা মীশু পায়রি; ঐস্থু মীমাঙ্দা নীপা শাগে হায়বদি তৌকুনো। লীক্ পায়গে হায়রবদি পল্লেম্ নীংও, পন্থৌবু নীংজৌও। লাইবু নীংবদি প্কনীং ন্নাখল্ চোইফরোইয়ে।

হৌজিক্তি লাই নীংগদবা ন্নাবু হায়গে। লোইদাম্ থাজ অহান্বদা কোরৌ নোংমাইজিং থোক্লবদি খোইয়ুম্ লাইগী অথোয়বা মুমিংনে, অশেঙ্বনে। তরা চাক্ শীংলো (হেল্লো), লাইবু নীংও। মত্ঙ্গী কোরৌদি তরা চাবস্থু য়াই হায়না খঙ্ও। নীংবদি থা অহল্ নোংদগী নীংলগা, থা অহল্ অমা য়ৌও। থালিল্দগী হৌহুনা নীংলবদি থানিল্ অমা য়ৌও। অতিয়াদগী সনা মহী, পাখঙ্বদা লাই খৈবীক্না তরা চাক্ কংপা, হৈ কংপা, লৈ কংপা য়াই। লাইনা চায়য়ে চিল্লে, মহৈ ফংয়ে। হয়ি হয়া অঞ্জি তেংপান্বগী থন্নায় পাল-ন্সিববু, য়োক্নবা মখোম্না থোক্তনা লাই, মী য়োক্লি।

---

খোয়দা সনাগী থম্বাল্ শাংলে। থম্বাল্দগী খোইয়ুম্ লাইয়াম্ শাংলে। লাইশিং থোক্পা লোইবদা, মালেম্ শেম্গে নীংলে। মপারী মমোম্ তরুক্তা ন্নাহোম্লে; "পারীখোয়, ইমোম্খোয়! মালেম্ কোরৌ শেম্শে। তাইবঙ্ ক্ম্মৈ শান্নরসি" হায়দনা মপ্না লাংওল্লে। তাইবঙ্ মপ্না হায়খিয়ে— "পারী অতিয়া শিদবা নঙ্না কোরৌ নোংলোল্ মাপল্ শেম্লুরো। পারী অশীবা সনা মহী নঙ্না মালেম্, লৈরোল্ মাপল্ শেম্ও হায়না তাক্পীরক্পবু মপারীনা শেম্খিয়ে।" মসিগী মখাদা মালেম্ শেম্হুনা মথং মথং ওইরক্পদি পাক্-চাওনা লৈখিবনা মখা তানা হাপতরে।

(২৯)

মালেম্‌দগী থোক্‌পা মখোম্‌, হৈ, লৈ, তরা চাক্‌ অসিদি মশানৌগী খোম্‌লাং মথংলেল্‌না থক্‌ফ-চাফদবগী চাদে, থক্‌তে, চিল্‌দে। অহু-নোংগী লাই মহাক্‌তি পুকনীং নৌনা মুংশিববু লৌয়ে। অহু নোংগী লীক্‌ চৎতুনা লাইমিং শোন্‌বনে খঙ্‌ও। খোইয়ুম্‌ লাইবু নীংবা, লাইদা কৎপগী থৌরম্‌ হায়গে। অয়্‌ক্‌তা নীংবদি শম্‌প্রেৎ চিল্‌লো। লৈদি তিংথৌ কৎলো। লাইদি নোংপোক্‌নে। নোংপোক্‌ হায়বদি মুংশিৎপুনে। মুংশিৎ হায়বদি স শিদবা অতিয়ানে। মুমিৎ য়ুংবদা নীংবা ফিজেৎতি তবুল্‌নে খঙ্‌ও। লৈদি ইরিকশিবীনে, লাইদি থংচীঙ্‌নে। থংচীঙ্‌ হায়বদি হ নে। হ হায়বদি পাখঙ্‌বা মৈনে। খঙ্‌ও। মুমিৎ তাবদা নীংবা লাইদি ফিশেৎতি লোলৈনে। লৈদি নোংলৈশংনে, লাইদি কৌব্রুনে। কৌব্রু কৌবদি র নে। র দি মহীনে, মহী সনারেল্‌নে। খঙ্‌ও। লাইনিং অহুম্‌ অসি নীংলবদি নহাল, মপোক্‌কী অফবা লৈরবদি চহি ৩০০ পুন্‌সি মুংশাংজৈয়ে। ফৎতরবদি নীংলবদি মহাদা শিদে। লাইনা থাবা চহি ১২০ অসি য়ৌনা পুন্‌সিয়ে খঙ্‌ও।

অথেংবা অহীং নোংয়ায় মতম্‌ য়ৌরবগা থব্রাল্‌মিচাক্‌ নিংথৌ শিদবদা চঙ্‌গদবনে। হক্‌চাং পুম্‌নামক্‌ কাংগ্রু নম্‌শা, লৈ মনম্‌, মুংশিবা ফিরোয় মশীং ব্রাংহন্‌দনা কংলো। লাইমিংদি "থোপ্‌ লুরেং" কৌয়ে। হায়রিবা খৌরম্‌ অশে হৌজিকনা শেম্‌দনা থম্‌লগদনে। হয়েং মতম্‌দা মাগী মফম্‌ য়ৌনবা তাল্‌গদবনে। হী মরু লাইশঙ্‌শে মশক্‌ খঙ্‌না হৌরক্‌তনে। থব্রাল্‌মিচাক্‌ নিংথৌ শিদবদগী শজীকনা চীক্‌থোরক্‌লে। থবানা পুথোরক্‌তুনা থাদা পীরে। থাদা চঙ্‌লবগা কোলোয় মিংদি "থুপ্‌পী শংনু" কৌয়ে। থাদগী মুমিৎতা চঙ্‌লক্‌-তুনা লৈরে। মমিংদি "তে তনৌ" কৌয়ে। অহু নোংদগী মুমিৎতগী

(৩০)

লাইজ ঈশিংদা থুংলরে। মমিংদি "হো য়ুং" কৌয়ে। অদু নোংদগী খাম্বী মৈদা চঙ্লক্লে; মিংদি "হো য়ুং হো" কৌয়ে। মুংশিংতা চঙ্লক্লে, মমিংদি "হ স" কৌয়ে। মুংশিংতগী পন্থৌ মপাদা থুংলরে। মমিংদি "মি মি হো" কৌএ। ঈপাদগী পল্লেম্ ঈমাদা চঙ্লক্লে, মমিংদি "হো হো ঈমা তাংসাং" কৌয়ে। অসিদগী তাইবঙ্পান্দা ক্কাওরক্লে "পোইরৈতোন্" কৌএ। মিথৈরেল্দি "হো রো হা কি রে হে" কৌয়ে। অদু নোংদগী কুরুদা চঙ্লে, কোলোয় মমিংদি "মী মরু" কৌয়ে। হায়রিবা থবায়গী লাইমিং মিংথে অশুবা শুপনা হায়গে। "থ্প্পী সংমু তে তনৌ হো য়ুং হো য়ুং হো, হো সো মি মি হো হয়ি মতাংসাং পোইরৈতোল হো রো হা কি হে" কৌয়ে। ময়েক্ মমিং মিংথৈ কুন্থ্রা, কোরৌ কুন্থ্রা কোনৈয়ে। লাইমিং কুন্থ্রাসিনা মীকৌ অথোয়বনে, মিংথৈনে। লাংগোল্ লুখোই মায়চৌনা রাহোম্লে; হে খাগেম্বা ও! তাইবঙ্ পান্দা মুংশাংনা লৈগে হায়ঙৈম্ম অসিনা লেঙ্হৈমুংশে হায়না নীংগনি চৎলসি হায়ঙৈশুং ৩০ (কুন্থ্রা) অসিগা ঙাঙ্নগনি। মীগীশুং লাকুউ য়াগনি হৈরাঙ্ নাহে চল্ঙৈদা মি কৌনগদবা লাইমিংনে। মসিবু পোরৈতোন্দা কুরুনা রাহোম্খিয়ে। নিংথৌ খাগেম্বা অদু নোংদগী লাইনিংবা হৌখিয়ে। "থরায় ঙাকপনা নশাবু কন্থুনা শেন্দনা অরেপ্পনা লাইনিং ওইগদনে।" হে খাগেম্বা! থরায়-মিং-লাইনিং কৌবদি শকোক্ লম্লেল্নে। অশুম্না খঙ্ও। হে পোইরৈতোন্না হায়রম্বনে। ঈপা কুরুবু ফংজরবদি লাইবু নীংবা হৌজিল্লক্লে। ঈপা কুরুবু ফংদ্রিঙৈদি লাই নীংলে হায়ফরোইয়ে। লাইবু নীংগে হায়রবদি থরায় মঙাবু ঙাক্নবা কোরৌ মমিং রাংননবা শাগোল্নৌও। লাইনিং কৌবদি শকোক্ লমলেন্নি। শকোক্ লম্লেল্ কৌবদি "থরায় খঙ্বা, নিংশাগী লেলফু মশক খঙ্বা"

(৩১)

য়ারম্ অনী অসিনে। হে মীওইবা পোক্লবদি শিও, শিরগা অমুক্ পোক্ও। নপারী তেশীন্না, নমোম্ হঙ্গিন্নৌও। হন্দোক্-হঙ্গিন্না পোক্লো। অয়ূক্, থাঙ্খূম্, হাংলো। মুমিদাং থাঙ্খূম্ শংলো। থাঙ্লেল্, মখূম্ হাংগন্নু। মুংশিং মরা তাউরবদি ফংতে হায়বা খঙ্ও। থায়নভৈদা ঙান্বা খাইথবা থোংঙাই তেম্ফবনা পোইরৈতোনদা য়াহোম্লমবা য়াবু লাইবু নীংনবা মরম্ শুনা হায়বীরময়ে। ঈয়ুরা চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না কোন্না মোহোবা য়ানে। হে নিংথৌ অথোয়বা-ও! অসিবু নঙ্ঙোন্দা য়াহোম্লবনে। ঈপারী অরুবা, ঈপূরি অচেংপা য়ানে। পোইরেতোন্বু কুরু নাইনা লাইবু নীংনবা তমবীরম্য়ে। ঈপারী ঈপূরী অহান্বা শকোক্ লমলেল, কৌবসিনে। মী ওইনা পোকলবদি মপা মপূগী লাইরিক্ অসিবু হেন্ববু লৈতরে। কুরুসিনা থরায়নে, ঈপানে। ঐগী অথোয়বা লাল্ননবা য়াকৃয়ে হিনে হায়বা খঙ্ও। ঐখোয় অহূম্মক্না "শকোক্ লমলেল্ অহান্বা চক্পরোল্ অহুইব' বু ইবনি। ঈপূনা হায়বগী হন্না হন্না হায়রবনে। য়ারম্ অসি মঙাং নিংথৌ নাউথিংখোংদা হায়রম্য়ে হে খাগেম্বা-ও। কুরু ঐখোয় অহূম্মক্কী মিংথৈবু হায়গে, "মীৎশরি, মীৎশাখা, মীৎ মরু" কৌএ॥



---

থৈরবা

# অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | পোন্‌বী-লাং | মমল | লুপা | ১৫.০০ |
| ২। | চীঙদা শাংপা ইংঙাল্লৈ | ,, | ,, | ১০.০০ |
| ৩। | খুনুং কোক্কায় মপী | ,, | ,, | ১.০০ |
| ৪। | মতমগী খোঙলৈ তাকপা পুয়াশিং | ,, | ,, | ৮.০০ |
| ৫। | কেগে চায়না পুঙ্<br>( ঐতিহাসিক ড্রামা ) | ,, | ,, | ৬.০০ |
| ৬। | সন্দ্রেম্বী-চাইশ্রা | ,, | ,, | ১০.০০ |
| ৭। | মৈতিংঙু চরাইলোংবা | ,, | ,, | ৮.০০ |
| ৮। | লৈমা চন্দ্রিকা<br>( ঐতিহাসিক ড্রামা ) | ,, | ,, | |
| ৯। | কংলৈ ফম্বাল থাদোকপা<br>( ঐতিহাসিক ড্রামা ) | ,, | ,, | |
| ১০। | খূবাক ময়ি য়েংনবা | ,, | ,, | ২৫.০০ |

ছাপা নম্ফম : জে, এম, প্রিন্টিং ৱার্কস্, য়াইস্কুল জন্মস্থান, ইম্ফাল।